# শ্রীশ্রীগোবিন্দায় নমঃ ।

# সংকীর্ত্তণ মহাত্ম্য ।

---

ইজবা—

শ্রীকোঞ্জেংবম ধন সিংহ

ইম্ফাল।

জুলাই ১৯৭১ ইং

মমল লুপা ৬৫০

নম্ফম.—দ সরস্বতী প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।

# ( মৈতৈ লৈপাক্কী )

লাইগী মপোক্কা মীগী মপোক্কা য়েন্নরকপা মতম ইং খৃঃ ৫১৮ দা মৈগী মপোকনা নিংথৌ ওইখি। নিংথৌ সামৈরাংদগী হৌই॥ লাইগী মপোক হাইবসি পোকপসু শিখিবসু খংদবা মিবু লাইনি হাইনা লৌই মৈরেনা।

১। শ্রীরাধা কৃষ্ণ নিংবা মৈতৈ ধর্ম্ম অসি চহি ৭২৬ শুরে॥ ইং ১২৪২ দা থিংবাই শেল তাংবা নিংথৌগী হাকতক্তুগিনি। নং-চুপকী মখি কৈনরকপা।

২। লাইপুন্নমক্কী মপূদি রাধা কৃষ্ণমি শিব দুর্গ নি হাইনা লাইনিং লাখি অসি মৈতৈদা চংলকপা অসি নিংথৌ পুন্সান থাবগী হাকতক্তনি ইং ১২৪৭ মাগী মতম তৌজিক চহি ৭২১ শুরে।

৩। বৈষ্ণব ধর্ম্ম হাইবসি শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী হাক্ত কতগী মসিগী লাইনিং লাখি অসি চংলকখি॥ মসি ইশোক ১৬২৬ তা চন্না হেন্দুন নাম লৌই॥

ইং ১৯৬৯ দনি। লাইরিক ইখিবা

চন্দন যাত্রা, রথ যাত্রা, ঝুলন যাত্রা, ফুল দোল যাত্রা, রাস যাত্রা, বিজয়া দশমী যাত্রা, আস পুন্নমক অসি ইন্দ্রচুমনা মহারাজনা হৌদোকলমবনি।

ভক্তি তিন প্রকার সাধন ভক্তি ভাব ভক্তি প্রেম ভক্তি ভক্তি অঙ্গ চৌসষ্টি প্রকার শ্রবন কীর্ত্তণাদি ভেদে নয় প্রকার নাম সংকীর্ত্তন ভেদে ভক্তি অঙ্গ পাচ প্রকার।

# "নীংশিংজবা"

ঐনা ঙসি পাক চাওরবা সঙ্কীর্ত্তণগী লাইরিক্কী পুকৈদা পিকলবা লাইরিক মচা অমত্তং ওইজবা অসি ঐগী থৌনা অমসুং শক্তীনা নংচদে। মণিপুরগী লাই ওইরিবা ওঝাশিং, পণ্ডিতশিং অমদি অথং-অহৈ কয়ামক দগী কোইনা চৎচঙ্লে। মচাক কয়া হংজ থিজরুরগা ইজবনি। হাইরিবা ওঝাশিং অদিনসু নৈবু য়াম্না সুংশিনা তাকথোকপিরকপা অদুগা মগাংডৈগী থৌ থবা ওঝাশিংনা থম্মীরম্বা অকৈবা চেক্লেং কয়ামরুম হেবঙনা পিবিরকপগী মপান্দগী পাংজরবা ঐনা ঙসি পিরুব লাইরিক মচা অসিনতং ইজঙ্কুনা কোংবা ঙমজবিগনি ঐনা য়াম্না থং হৈরে হায়রুনা হঙ্বা নংচদে। য়াম্না অভাং ওইরবৈ অমসুং পিশক পিকংনিদে মতমদগী ঙসি ফাওবা "মৈতৈগী সঙ্কীর্ত্তন" হায়রবদি পুং ইশৈ, ভুগোহ অমাদ নট চোলোম অসিগা থরাই হকচাং পুম্মক কংথোকপ্রবনি। মরম অসিনা ঐনা নৈনজারিব হায়রম অসিদা ওঝাশিংদগী থংজ উজহৌবা অমদি হৌজিক লৈরিবা ওঝাশিংদগী কোইনা থীজহুনা মৈতৈ সঙ্কীর্ত্তনগী সাহিত্য দা। খঙ্জন্তুং মতেং ওইগদ্রা অমদি ওঝাশিংগী তোবিমল উৎপা ওভনা ঐনা ঙসি মৈতৈ সঙ্কীর্ত্তনগী সাহিত্যাগী থোঙদা অমসুং ওঝাশিংগী চরন্দা লাইরিক মচা আসমতুং কৎচবনি। হৌজিক হৌগংলক্লীবা পুকচেল চাউরবা চাউরবী লাইরিক লাইশু হৈরবা, লোইম জ্ঞানগী মঙাল মতিক চনা ফংলবা ইবুংঙোশিং ইয়বেমশিং অমসুং সঙ্কীর্ত্তনগী প্রেমিক থিবিক্লা

পুক্লিংদা মকম মরাং থংহৌদনা য়াম্না হুংঙ'ইবা অমা কাওবে। ইবেমাগী মমল য়াম্লবা মকমবু কাইথোকপীভুনা লাইব্রিক অসি পাখিরগা মথং-মনাও ইবদা অমদি পাম্না প'ন্দুপ না'ইবা থরা য়াংপনচিংবা তাকপিরকপগীদমক ঐমা হুম্ন-হন্না থাগংচরি। অছুগা অমম্নুং হৌজিক মতমগী নহারোলনা মাইকৈ অসোমদা পূক্লিং খিংজিনবা য়াংনরবা তঙ্গা অসিদা থম্লাই চকচাং য়াওনা পাবিবা অমম্নুং ঐখোয় খুদিংমকস্তু মনিপুরগী হান্না চংনরমলিবা অমম্নুং চংম্নিবা সঙ্কীর্ত্তনগী চংনবী পুম্নমক থংবদা কান্নে অমম্নুং থংদবা য়াত্রবনি হায়বগী মোং অমা পিখিরকপগুম তৌই। মরম অসিনা লাইরিক অমা ইবদা করি করি মচাক চংবগে হায়বা কাওবা মুম্না থংজত্রবা থোকন্ত থোকউবা, অনিং-অনিংবা পংথমদা থম্বা ঐগুম্বা অসিদা থৌনা অমস্নুং তুংগী আশা পিখিবগীদমক ঐনা য়াম্না হুংশিনা হকাই খুম্নব উৎচরি।

ঐনা লাইরিক অসি কোংগে নিংজবা মতম কুইরবনি। ঐগী খুদোং চাদবা কয়ামক্রম লৈবদগী ফোংজবা ডমজত্রে। মরম অসিদগী ঐহাক্না মনিপূর সরকারগী মতেং নিজবদা পূংচেল চাউরবা ইডুকেসন দিপার্টমেন্টনা য়াম্না হর'ওনা মতেং থরা পিখিরকপদগী ঐগী নিংজববু মহৈ য়াল্লহনখিখি। অসিগুম্বা অহল ওইরবা তঙ্গা অসিদা নিংহ থুংহনখিবা অমদি নিংহন্নহনবিরবগীদমক উক্ত সরকারগী অওম অথৌশিংগী মকমদা য়াম্না নোংলুক্না তৌবিমল উৎচরি। স্বরসতি প্রেসকী মেনেজর অমদি হুংশিরবা ইচিল ইনাও পুম্নমক্কী মকমদা ঐনা তৌবিমল উৎচরি।

ঐনা লাইরিক অসি ইজবদা, হংজরুবদা তাকপিরকপা

ওজাশিংগী মকমদা হয়া-হয়া খুরুমজরি। লাই ওইপ্রবা অহৈবা কয়া থম্বীরম্বা ওজাশিংগী চরন্দস্থ য়াম্না নোল্লুক্লা ভক্তি কৎচরি। ঈশৈগী ওজাশিং, প্রেমিশিং অমদি ইবুংঙো ইবেম্মাশিংনা সঙ্কীর্ত্তন মহাত্ম্য" কৌবা লাইরিক মচা অসিবু থরায য়াওনা পাবিহ্নুনা অয়ান-অহুই, চিংথ-নাম্ব কয়ামকম তাকপিরক্লবদি; ইকোক থোংনা য়াম্না হরাউনা য়াজরি। লাইরিক অসিগী, বাঙ্গলা অমস্তুং সংস্কৃত য়াওবা অসি ইমালোন্দা হন্দোকপদা অয়ানবা য়াওবা, বানান লানবনচিংবা অহুগা লোইমা খিক থিক্লরগা থোকউ থোকউবা ইবা ওইনা তৌখিবা হায়বদি মথং-মনাও থবা নাউকাৎতবগুম তৌবনচিংবসে হেক ওবমখৈ হোৎনজহ্নুনা মথংগী খুৎনমদা শোইদনা চুমথোক্লবা হোৎনজগে। মতম্না থয়া ঐঙোন্দ খুয়োৈনখিবনা তাঙ্গা অমা ওইথিবদগী অথং-অহৈ ওঝাশিং তাম্নবা য়াংহৌবননি। মসিগী অপারাধ পুম্নমক ওঝাশিং অমদি পাবিরিবা ইবুংঙো ইবেম্ম খিবিক্লা তাকপিগনি নিংঙৈ।

তাং ১১ ৪ ৭১

নোম্লুকচরিবা

শ্রীকোঙ্গেংবম ধন সিংহ

কৈশামথোং লাইশ্রম লৈরক

# ৱাহৈ খরদং

শ্রী কোঞ্জেংবম ধন সিংহ ওঝা দোহাইনা লেংবা 'সঙ্কীর্ত্তণ মাহা-
ত্ম্য' লৌবা লাইরিক পাবা ফংজনবা য়াম্না নুংঙাইজৈ। সঙ্কীর্ত্তণগী
মরমদা "[illegible] সমাজনা পুনারিবা ভাব নিংথন" খণ্ডবা তমহন্নবা
লাইরিক অ'সন হোৎনরি শ্রীনাম সঙ্কীর্ত্তন্না মীওইবগী পুন্সি-ইচেলগী
কর্ম কনবা হায়বগা নিংথিনা লৈরি। অতুগী মথক্তা মণিপুরদা
সঙ্কীর্ত্তণ করম হৌখিবা অদুগা হৌজিককাওবসিদা চংশরক্লিবা হায়বগী
মওং মথং মখাক্তা লাইন ইতিহাসগী থারাদা উৎনবা হোৎনরি। মতু
হোৎনরকপদা সঙ্কীর্ত্তনবা হন্দোকপা য়াদ্রবা শ্রীরাধ কৃষ্ণগী হক্ত শ্রী-
গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী [illegible] মতা' চানা চানা তৈনরি শ্রীরাধা
কৃষ্ণগী রাস লীলাদু মৈতৈ বৈষ্ণবশিংনা করম হায়না পুথৎলক্লুনা
মওং অমা তাহনখিবগী রাসলীলাগী তৈনখ্রনা উৎলি [illegible] থাচং
লোংচং মতুং ইন্না কীর্ত্তনগী রাগ রাগিনীগী বিচারসু নিংথিনা কুপ্না
তৈনবদা নত্তনা মওং-মতোং চিংবগী রারোলসু ওগায়না তাক্লি।
লাইরীক অসি পাবগা নাম সঙ্কীর্ত্তণদি খনাও অথুবগী ইথৈ পঙ্গলক
শাক পণ্ডিত- তৌনবগী কসা তাক নত্তে হায়বা অদু খঙবা ঙম্মী।

ওঝা অসিনা লাইরীক অসি পুথোরক্লুনা শিংথানবগী ওইনা
সমাজ সেবা অমা তৌরে হায়নিংঙি।

লাইরীক অসিগী হৌজিক কালগী বিরাম চিহ্ন মরাম ওইনা
শীজিন্নবা মরম [illegible] মীদা খরদি নুংঙাইহন্নোই। অতুগী মথক্তা
সংস্কৃত শ্লোকশিং অদুদা বানান লানবা শব্দ য়াওরি। অতুগা মৈতৈলোন
মরম্ম শীজিন্নবা সংস্কৃত শব্দশিংগী মখক্তসু বানান লানবা য়াওরি।
মতুং [illegible] পুথ [illegible] অয়ানবশিং অদু যাওহনবা হোৎনববদি
[illegible] কনী!

অরোয়বদা ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ খাদা চংজত্তুনা লেখকী খে ঁর্জেগী
টংেল মংঙা [illegible] প্রার্থনা তৌজরি। ইতি

শীতলজিৎ

তাং ২২।৭।৭১ ইং

থাজকম খঙনরক্কবা, মৈতৈগী কজরবা, শেংলবা চৎনবী কয়া অর্থ থ'দবনা মরম ওইতুনা রস য়াওরক্কবা মতম্মু; অতুগী মথক্তা হিরম অ'সিদা লমজিংবি'বা ওঝা গুরু রাৎপনা অচুম্বা ফজবা কয়া অ'সিবু থংলক্কবা মতাং অসিদা ধর্ম্মদা পুক্রিং কৎলবা অহললম্মমা। অসিগুম্বা লাইরিক কয়া পুথোকপিরনা মহারোল-শিংবু থংহনবা চুম্মী। ওঝাগী অসিগুম্বা লাইরিক অসিমক মৈতৈ সমাজগী চৌর'ক্রবা মহারোলশিংবু শেমগৎপিবদা যাম্না মতেং ওইগনি থৌরে অমম্মুং পু'ন্সিদা পাংথোককম থোকপা থৌদাং কয়া পাং-থোকপিখিদুনা পো'থাবা যারবা মতাং অসি কাওবদনু অসিগুম্বা লাইরিক কয়া হৌবদুনা নোংমদা হনবা কৈজবা মতৌ অসিবু ঐনা হকাইথুম্মবগা লোয়ননা থাগৎচব ওমজদে।

রাজকুমারী মুখরা দেবী
কৈশামথোং
তাং ১১ | ৪ | ৭১ ইং

# মৈতৈ কীর্ত্তণ অহানবা

## য়াওরিবা মতাং

# মৈতৈ কীর্ত্তণ অহানবা

শ্রীশ্রীরাস লীলা,—মৈতৈনা লাই হরাওবা মাসি কুপ্না য়েংশিল্লবদি অমতনি।

মৈতৈদি হৌরকপঁওদগী শিব পার্ব্বতী নিংঙকই, শ্রীরাধা কৃষ্ণগা শিব পার্ব্বতীগা মশা অমতনি, হৌজিক্কগী চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী ঈশ্বরবু থাজরকপা ১স্নুং ভক্তি লৈবকপা মৈতৈ লৈপাকনি, পুরাণ কয়া শাস্ত্র কয়া পাবদা মৈতৈনা চংলকপা ধর্ম্ম লমচং শাস্ত্রদা হাযবা পুন্নমক রাত্তনা চংলমই মৈতৈনা কনাগীস্সু ভাংজবা য়াওদনা তৌবকপদা থবক পুন্নমক ওসি ফাওবা কাইদনা সমাজদা ১স্নুং য়ুম য়ুম খুদিংদা উবা ফংই মসিমক্কস্সু চাওথোকচনিংঙাই ওই মৈতৈ মচা মশুনা। মৈতৈ হায়বা জাতি অসি য়েহেল্লোঁওদগী ঈশ্বরবু থাজরকপা মীশকনি অরিবা পুরাণ কয়াদা বেদগী রাগা মান্নবা কয়াস্সু উব ফংই ১স্নুং গুরুবু খুকনজবা রাহৈ খুদিংদা গুরুগী য়াথংনি হায়বনচিংবা কয়াস্সু তাবা ফংই হৌজক ফাওবদা মতুংদা থোকলক্কদবা থৌদোক কয়াবু মমাংদনা লেংথোকতুনা থনমই জাতি অমগী তৌকম থোকপা মবম পুন্নমক মৈতৈ জাতিগী অরাংপা লৈবক্কে কলাবিদ্যাগী মরমদস্সু অস্ত্রবিদ্যাগী মরমদস্সু থাংগী তাগী লিকুং তেনগী অরামবাইনচিংবা হকথেংনবা লান্, লারুপা ফানবা নমনবা পুন্নমক্তা ১স্নুং চিত্রকলা-নচিংবা পুন্নমক অসি কনাদগী ভমলুদনা মৈতৈগী তোপ তোপ্পা

লৈরকই। লাইরিক কয়া পারগা মৈতৈগী মগুণ খংবা ঙমই মহাভারতকী মতমদসু ব্রাহ্মণ লৈবগী রাবি থেংনজে মতুংদসু অতৈ ব্রাহ্মণ চংলকখি জগোইগী মরমদসু লাইগা মীগা তিন্নরিবৈগী জগোই ঙসি ফাওবসু উবা ফংলি। যন্ত্রগী জাৎতসু শাস্ত্রদা য়াওবা মমিং মযাম অহু খবমখৈদি ঙসি ফাওবা লৈরি পু গী জাৎতসু হবাওপুং, লানবুং, তালয়েপুং মতম মতমগী কুমৈগী মতুং ইন্দুনা পুং কয়া লৈরমই। ঈশৈগী শৈশক কয় রাগ রাগিণী আলপ কবা কয়' ছন্দ সুর ঙসি ফাওবা তরু তকুব' মৈতৈগী তোপ তোপ্পা লৈরি' শকাব্দ হৌরকলবদা খুয়োই তোম্পোক হায়বা নিংথৌ অমা পালখি পাখংবগী ধারানি শকাব্দ ১৬ তা চহি ১১০ পুন্সিখি মাগী হাক্তক্তা পুং অমসু তিংই খুহুপ ১২ শাই পুং অহু শাদিন লানদিন্দা শিজিনৈ। হরাও কুমৈদা থরাই য়াওবা ফিজেৎ লৈতেংতুন' জগোই শাবা নিপা জগোই নুপী জগোই হাযনা ঙসি ফাওবদা উবা ফংলি মতমগী মতুংইন্দুনা অওনবা কয়ানা হোংদোক্লুনা লাকলবসু লাই হাক্তক্তগী চৎলকপা ধর্ম্মদি থাদোক্কে। পুং ঈশৈগী থবক্তা যাম্না চাওখৎখি মৈতৈগী কীর্ত্তণ থাদোক্লনা চৎথবকই মতম অমদা এমিং মখল মখল হোংহুনা উক্রোং হোংবা হায়নবা হৌজিক্তা সম্বৎশব মুমিত্তা ছত্র য়ুংলিবা ঙমদবনা ছত্র যাওদ্রবসু সম্বৎশব শোল্লি মসি লাই হাক্তক্তগী চৎলক্লবনি মাসুম তৌহুনা চৎথরকপনা শকাব্দ ১৩৭৬ শুবদা অমুক হেন্না পু ঈশৈদা মপাল নাইদনা চাওখৎখি মোইবুং খোংব', বাশি খোংবা, পেরে খোংবা মন্ত্র কয়া কযানা মপুং ফাখি, মতম অসিদা ক্যাম্বা মহাবাজনা পাল্লি বিষ্ণু লাৎপসু হৌদোকখি মাহু হৌদোকলবসু মৈতৈগী হান্না চৎলকপা ধর্ম্ম অহু মাংদে মৈতৈ ধর্ম্মগী

মনুংদা অতুম তিনশিল্লি বিষ্ণুগী আরতি তৌই মৈতৈগী ছন্দনী মৈতৈগী কীর্ত্তণনী যন্ত্রসু মতম মতমগী ছন্দগী সুরগী মতুং ইন্দুনা যন্ত্র মওং মওং হোংঙকই মখোলসু হোংলকই বাগ রাগিণীগী সুরদি থোইনা হোংদে। পুং হায়বসিসু হায়না লৈরবনি চাওবা পিকপগী মরমতন হৌজিকসু অরিবা ১সুং পুংজাও মওং অন্দ্রোদা উবা ফংই মতমগী চাওখৎলকপগী মতু ইন্দুনা হৌগত্তুনা চেংহনা হরাওনা অপেনবা পোকবা ভাল শিজিন্নহনা য়ৈনবকপনা হৌজিক ফাওবদা মীওোন্দগী তাংলুদনা মৈতৈগী অশেংবা সঙ্কীর্ত্তন উবা ঘংল মতুম তোহনা চৎথবকপনা ওসিফাওবদা উবা ফংলি ব্রাহ্মণ কয়া কযা চংলকং অবাকপা মীশিংগী লমচৎ ব্যবহার কযাসু মৈতৈবা তিনখি র ভাং লাইশোন খর হোংলবসু মৈতৈগী লমচত্তি হান্নগী খাংদে ক্যাম্বা মহারাজগী হাক্তঙা চহিগী অনৌবা অহানবওইনা চৈ, থাবা হায়না অমসু হৌদোকই হিবাং লোহনা শকাব্দ ১৪০৬ তা মথং নামোই খুবাই ওনবনা চৈথাবা ফাল্গুনগী পুন্নিমাদা মহাপুরুষ শ্রীচৈতন্যপ্রভু অবতার তৌই নবদ্বীপ্তা ১সুং মনিপুরদনা শ্রীবিষ্ণুপুজা তৌবা হৌই। মৈতৈগী সঙ্কীর্ত্তনা রাহৈ খর ওস্তোক্লনা রাম, কৃষ্ণ, গোবিন্দ, হাযনা শৈশকপা হৌহ। মসিসু মৈতৈ কীর্ত্তণদা অতুম তিল্লি। মথং মথং চরাইরোংবা নিংথৌগী হাক্তঙা ব্রাহ্মন অরিবদগী দীক্ষা হরিনাম মহা মন্ত্রসি ফংহ। লৈপাক মীযামশু লোইননা মথং নিংথৌ গরিবনিরজ হাক্তঙা মৈতৈ সঙ্কীর্ত্তণগী মতুংদা রাহৈ ওস্তোক্লনা বঙ্গদেশ পাঙ্গ হাযনা মিং থোন্দুনা শৈশক অমা মৈতৈদা তিনশিল্লকই মতুংবু হৌজিক বঙ্গদেশ পালা হায়না খনবি, রাহৈ খরদং ওস্তোকপদনি মৈতৈগী পোৎশক ভাকনি পুংসু মৈতৈগীনি কর

তাল হায়বা মমিং অসিদি হৌজিক ফাওবা শিজিন্নরি মমিং অসিদি মৈতৈগী লোন নত্তে। অসুম তৌহনা পোশক কয়াগু বীদেশী লোন্দা চৎনবা কয়াগু লৈতবা নত্তে। ধর্ম্মগু রামান্দি ধর্ম্ম হায়হনা রামজি প্রভুবুসু সঙ্কীর্ত্তন্না পূজা তৌই। ধর্ম্ম অসি মতম কুইনা চৎলমদে মতুংদা শ্রীযুক্ত গরিবনিৱাজগী হাক্তক্তা শঙ্কীর্ত্তন্দা সকাব্দ ১৬৫১ দা কোয়েং রেংপা হৌদোকই মহাকথক্তা মৈতৈগী পুন্না ২২২ সু মৈথাখি মাসিদা মৈতৈগী লৈখা তাবা হৌখি হাইরিবা ২২২দা নত্তনা অফং অকংবা লাইবিকশিং অসি থিত্তনা মৈদা থাদোকখি লাইরিক অমা ফংবদা মৈতৈগী কান্নরবা লাইরিক তাক্তনি মাহুদগী মৈতৈগী মরুফংনা লৈখা তাখি। মথংগী ভরত শাইনা নিংথৌ ওই মথক্তী রারি অসি চাওনা লৈখ্রে মথংদা নাম সঙ্কীর্ত্তণদা শ্রাদ্ধা তৌখি শকাব্দ ১৬৮১ দা ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ ওই ঈশ্বর শ্রী শ্রী গোবিন্দবু উপাশক ওইখি শকাব্দ ১৬৯৮। খৃঃ ১৭৭৬ কার্ত্তিক শুক্লা দ্বাদশিদা ইরাইগী রেবতী নক্ষত্রদা শ্রীগোবিন্দ মুর্ত্তি অবির্ভাব- গী। গরিবনিৱাজ মহারাজ হাক্তক্তা লাইবিক কয়া পুরাণ পুথা কয়া মৈ থাগ্রবসু মৈতৈগী কলাবিদ্যা শিল্প বিদ্যা য়েকপা শাবা নিংথিজবা থাং, তা জগোই কীর্ত্তণ মৈতৈগী ঙঃ তোংতানহনা লৈবিবা কয়াবু মুৎথৎপা তমখিদে মৈতৈগী সংস্কৃত্তা লোইনা তিনশিনখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ হরি ভক্তিগী নিংথৌনি নিংথৌ অসি মমাংদৈদা প্রহ্লাদনা ধ্রুবনা তৌখিবগুম মহাকথক্তা শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ হায়বা মহাযজ্ঞসি মহাকথক্তা থোকহনখি হরি সঙ্কীর্ত্তণ হায়বা মীং অসি শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা ইং ১৪৮৫ দা অবতার ওই চহি ১৭ তা গয়াদা তীর্থ যাত্রা তৌই মতুংদা হরে কৃষ্ণ নাম

কীর্ত্তণদা ভাব সমাধি ওইখি শ্রীবাস গৃহদা অদ্বৈতনা চিংবা ভকশিংগা লোইনদুনা হরি সঙ্কীর্ত্তণ হৌদোকই ১৫০২ দা ইং। মথংদা ঠাকুর মহাশয়না খৃঃ ইং ১৫৮৩ দা অহরাত্রি সঙ্কীর্ত্তণ ঈশ্বরগী পেন্নবা নাম গুণ লীলা কযানা সাধকা লোইননা সঙ্কীর্ত্তণ মওং অমদা তৌখি। মথং মণিপুরদা খৃ: ১৭০৫ দা মণিপুরগী সঙ্কীর্ত্তণ অসিদগী হরি সঙ্কীর্ত্তণ হায়বা মিং অসি হৌনবগী চৎনবী মওং অমদা লৈরে। মথং ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম দীক্ষা ওইরবদা খৃঃ ১৭৭৬ তা শ্রীশ্রীগোবিন্দ লে থোকুনা নাম মন্দিরদা শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন্না মাংওইননা সাধক ওইদুনা সিদ্ধকা শ্রীশ্রীমহারাসবু সঙ্কীর্ত্তণগী মুত্তিনা ইবুংঙোগী চবন্দা কৎচখি। মাসিগী মুমিত্তগী সঙ্কীর্ত্তণবু নট পালা হায়না মিং থোনখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পুং থোল্লি মতোন ইবু ঙো ঙোব্রাম শাইনা ঈশৈ হল্লি, শ্রীধর শাইনা দুহাব চৎলি, ওঝা প্রেমানন্দনা মহারাজগী পুঙ থৌগল তৌই মতুংদা ওঝা প্রেমান্দবু হঙবা হাপ্পুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল পুহনখি মমাংদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী য়াথংদগী তেথাঙদগী শ্রীশ্রী ভাগবত লেংথোকউই মণিপুরদা ভাগবত ধর্ম্ম হৌদোকই বাদেশীগী শাস্ত্র কয়া বেদ কয়া শ্রুতি স্মৃতি কয়া চংলকলবসু মৈতৈগী ধর্ম্মদি মুৎথত্তনা ওসি কাওবা চৎলকলি। অসিগী মমাংদগী ব্রাহ্মণ কয়া কয়ানা চংসক্লুনা শাস্ত্র কযা কযা পুথোরকই অতুম ওইনমক মৈতৈগী ধর্ম্ম মযেং তাদে ধর্ম্ম হায়বসি জীবাত্মানা পরমাত্মাদা চংজবগী লম্বেলবু অথোইবা খিবতনা কদায়না অশঙ্বা পান্নে ওইবগে হায়বা সংসার চাওখৎনবা লম্বেল য়েংবা ঈশ্বরবু ভগবানবু পুজা তৌজবা জীবনা ঈশ্বরগী পেন্নবা হোৎনবা পান্নে কয়া কয়া থিদুনা যেংলকপতানি

মৈতৈগী অহানবা চৎলকপা ধর্ম্মগা অকোনবা চৎলকপা বৈষ্ণব ধর্ম্মগা অমতনি হায়না শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ঙ্রুমেন ১মুং মহা ঙ্রুমেন হায়না পাখংবগী সিদ্ধিদগী পুথোকপিরমই পাওতাক কয়া লৈংথোকাপিবমই সঙ্কীর্ত্তণ মহা যজ্ঞনা লান্নাসি হাযদুনা হৌনবী পুন্নমক তাকপিরমদুনা মৈতৈগী তশেংলবা হরি সঙ্কীর্ত্তণ মহা যজ্ঞ অসি ফাওবা মুত্তন। লৈরকপনা পিরগ্রবা জাতি মণি যামখিদ্রবা মৈতৈবু দেশ মণিপুরগা লোইননা চাওখ্রবা পৃথীবীনা শক খংখ্রে। নিংথো আসগী হাক্তক্তা লৈরমলবা যন্ত্রসি গী মমিং পুং, মঞ্জিরা, করতাল, রাম করতাল, ধুংলাক, বঁশি, শেনা ং, তারকং, খাংাস, শরিক,ঝাল মাঙ্গং, অরিবগী করতালদগী অমৌব মচ পাজাগী করত ল মওং অমা হোংস কলে হান্নদি রাম করতালগী মওংদগী খব পোংথোকপা মরিদি কাপ অমুক শাংবনা চৎনরমহ। মটু পাজা থোকলকপদগী করতাল মরি খুহুপ অমুক শাংলকলে বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মঙ্গং চনবা শাস্ত্র কয়া য়েংনদুনা ধর্ম্মগা মরি লৈনগা সঙ্কীর্ত্তণ শেমদোকলকলে হৌনবী কয়া পুথোকলকলে বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অথেংবা রাস লীলা কুঞ্জরাস, মহারাস, বসন্ত রাস, হায়না চহি খুদি গী শ্রীগোবিন্দগী সেবা চৎলকলে মসিদমু নত্তনা অষ্ট কাল সেবা নিত্য লীলা ভজন গোষামী কয়া কয়াগী পদ কর্ত্তা লৌখদুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌরকলে মমং তনা হরি সঙ্কীর্ত্তণ পোকলকলে রাগ অচৌবা সঞ্চাব তিনতাল, মেল, তালচপ, মেলকুপ হাইনা রসগা লোইননা লৈংথোকলে রাগীনকমু রাজ মেল, তালচপ, চালি, মেলকুপ, ভঙ্গি পরেং হায়না কয়া কয়া শেমদোকপিরে শ্রীগোবিন্দনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী ১মুং খবগী মশক ওইরবা ওঝাশিং কয়াগী

পুকনিংদা লেংশিনবিহুনা পোৎশক পুন্নমক সিদ্ধি ওইহল্লে অমাংবা খল্লোকনিঙাই লৈতনা। হৌনবী চৎনবী কয়া কয়াগা লোইননা অনৌবা যুগ অমা ওইররে মসিকাওবদা মৈতৈনা মমা গী চৎলকপা ধর্ম্মস্‌ থাদোক্কে অমতা ওইনা ভিন্নহুনা চৎথরকই মতম অতুগী ওঝাদি প্রেমানন্দ, রসিকানন্দ, বসানন্দ ওঝা অহুম অসিনা পু গী ঈশৈগী রাগ রাগিণী কযা কয়া পুথোকপিহুনা ওঝাসিংগী কৃপাদগী হরি স্কীর্ত্তণ মপুংফারকই মথংদা ময়াম্না খংননবা গুরু ভক্ত ত ম্বনচিংবা নিত্য সেবাগী নিত্যাচার অষ্ট কাল সেবা কৃষ্ণ ভক্তি যুগোল উপাষনা শ্রীধামনবদ্বীপ শ্রীবৃন্দাবন শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্রনচিংবা হরি ভক্তিগী মবম থিহুনা তীর্থ গঙ্গা যমুনা কাবেরী দ্বারিকা হরিদ্বার কাশি গযা গদাবরি দ্বারিকা হরিদ্বার সেতুবন্ধনচিংবা বদরী নারাণ কুরুক্ষেত্র ভারত ভূমিগী তীর্থস্থান পুন্নমক শক খ লকলে দেশ বিদেশ কয়াদগী বেদ শাস্ত্র তন্ত্র মন্ত্র যন্ত্র অনৌবা মওং অমা ওইনা চৎনবকলে। অসুক য়াম্না পুশিল্লকলবসু হায়না মণিপুর মৈতৈগীসু রাত্তনা সুবিকা জ্যোতিষগুম্নবা পাণ্ডিৎশিংনা যেৎনহুনা মৈতৈনা শিজিনন্নমই অতুসু হৌজিক মাংখিদে পুন্নমক অস মৈতৈদা লেইনা তিনশন খ মাস য়োৗবরা ফাওবদা হৌজিক ফাওবদা মৈতৈগী ধর্ম্ম মাংখিদে মবম অসিনা মৈতৈগী ধর্ম্মসু অচুম্বা ওইবা তাই অচুম্বদা মতম মতমগী ফজবা লৌখত্তুনা লৈ নাচোম শেম্বগুম মাইকৈ ১০গী ফজবা পুশিল্লকৃনা মৈতৈগী শেংলবা ধর্ম্মদা ভিনবনি। হান্নগী শিব পারবতী শ্রীরাধা কৃষ্ণ শ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরী লক্ষ্মী নারান হাযবিবা অসি অমতনী অনি ওদে হায়বিবা পুন্নমক অসি শ্রীগুরু গৌরাঙ্গগী কৃপানা পুন্নমক অসি খংহনবিরনি। শ্রীগৌরাঙ্গবু অথোইবা ঈশ্বরনি

হায়না কলিগী পাপী তাপী পুম্নমকপু লানবীনবা অবতা'ব তৌবিরবনি হায়না বৈষ্ণবশিংনা লৌই। পরমাত্মাগী মশক ওইরবা জ্ঞান অত্মবু জীবগী থমোইদা তাকপীদুনা অমম্ব। কোকহনবিবিবা শ্রীগুরুগী মশক ওইববা শ্রীগৌরাঙ্গবু মৈতৈগী সঙ্কীর্ত্তণদা অহানবা সাধক্কা শ্রীগৌবচন্দ্রিকা শকুনা সঙ্কীর্ত্তণ মুর্ত্তি শাগত্তুনা অবাহন তৌনবী মরমদি ভাগবত ভক্ত ওইবিবা বৈষ্ণবশিংনা কলিদা উপাষনা ওই-গদবা ঈশ্বরগী মশক।

নানা তন্ত্র বিধানেন কলাবপি তথাশৃনু॥ কৃষ্ণবনং ত্বিষা কৃষ্ণং সাঙ্গপো উপাঙ্গাস্ত্র পার্ষদং যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তণ প্রায়ৈযজন্তি সুমেধস ॥ ( কলিগী ) হরি সঙ্কীর্ত্তণ মহা যজ্ঞঃ ॥

( মতৌ অসুম তৌদুনা।

মাহারাজ গুরুদেব, ভাগ্যচন্দ্র বৈষ্ণব ধর্ম্মগী নৈনরকপা শাস্ত্র কবাগী মত ॥ নৈনবা ॥

১। ( অখণ্ড তত্ত্ব ) ২। অগ্নি তত্ত্ব সৃষ্টিগী থবক তৌবা প্রজাপতিনা ১০দা মিথুন শেমই। হৌরবিবা মিথুনসিগী অংশ শকক অনি লৈই। মাদুদি ( সধারণ ) প্রানবমযি প্রাণ অন্ন, অগ্নি, সোম, প্রাণ বাক অন্নাদ অন্ন ( মনু দা পোৎশক অমর্তনি ) রা অমরোমদা শুক্লাপক্ষ কৃষ্ণাপক্ষ দিবারাত্রি চন্দ্র অসুম্না বর্ণনা—

৩। ভগবত পুরাণ অগুণ বিভূ গুণময়িসদ সদ্রূপ আত্মা মায়ানা মরম ওইদুনা সৃষ্টি শেমহ ॥

( শাস্ত্র পুম্নমক্কী মত )

রাধা তন্ত্র লক্ষ্ম তন্ত্র, ললিত মাধব, লোচন রোচণী টিকা, ললিতা ত্রিশতী ভাষৎ, শক্তি সঙ্গম তন্ত্র, শব্দ কল্পদ্রুম, শিবদৃষ্টি সোমানন্দ,

( অনুরাধা )

অনুরাধা (ললিতা) অনুরাধা নক্ষত্র অমগী মমিং ওই ॥ অন্ত কৃষ্ণত্ব—শ্রীগৌরাঙ্গ দেবগী অন্তকৃষ্ণত্ব কৃষ্ণবর্ণং) অতুগা বহি, গৌরত্ব (ত্বিষা) অকৃষ্ণং শ্রীগৌরাঙ্গদি রসরাজ মহাভাব অসিগী এককপনী। অদুনা অন্তঃ কৃষ্ণ বহি গৌর ॥ গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা গৌরাঙ্গ স্বরূপ ওইবা অবতার তৌবনি হায় ॥ অদুনা গৌরাঙ্গ দেবনা রাধিকাগী শুভ্রভাব কান্তি কংলিবনি, অন্ত কৃষ্ণ বহি গৌরওইবনি ॥ ভাব আসদা অবলম্বণ তৌদুনা সরূপ গোস্বামীনা ইসি শ্লোক অমা মাংদা অসিনি ॥ (রাধাকৃষ্ণ প্রণয় বিকৃতি হ্লাদিনী শক্তিস্মাৎ) হায়বা শ্লোক অদু অমুম্না আত্মা অমতা ওইরবসু শ্রীবৃন্দাবণ ধামদা দেহ ভেদ ওইনা শাগ্নবা লীলানি ॥ হন্দক্না অনিদু রাধা ভাবদ্যুতিসুবলিত "চৈতন্যাখ্য" ওইনা উৎপিরকপনি ॥ রাধা কৃষ্ণ এক স্বরূপনি লীলা আস্বাদনগী-মতক রূপ অনি হান্নবতনি ॥ রাধা কৃষ্ণ যুগল পুনশনা রস রাজ মহাভাব অসিনা এক রূপ ওইনা অবতার তৌবগী তাংপৈহা) কররনো ?

তাংপৈবা অহুম

১। রাধাগী প্রেমগী মহিমা অদু মঙং করম তৌবিগবা ॥

২। রাধানা আস্বাদণ তৌরিবা কৃষ্ণগী মাধুর্য্য মংহম ॥

৩। কৃষ্ণ সম্বন্ধি ওইবা প্রেম আস্বাদণ তৌবগা রাধানা সুখ সুংভাইবদু করম তৌরিগবা ॥

প্রেমতনা মরম ওইবতনা ঐগী কৃষ্ণ অদ্ভুতমধুরিমা অদুবু রাধা প্রেম্না মরম ওইদুনা করম্না আস্বাদণ তৌরিগবা (৩) অসি অমসুং

ঐবুতা অনুভব ভৌদুনা রাধানা কংলিবা সুখ অতুমু করমতৌরিগবা মাসিতগী খংনিংবগী অপাম্বনা ভাব যুক্ত ওইদুনা শচীগর্ভদা জন্মগ্রহন তৌই ॥

( কৃষ্ণদাস কবিরাজগী চৈতন্য চরিতা'মৃত )

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যসি করম্বা সম্প্রদায় লোৎগে হায়বগী মত নৈনবদা মহাক্না দীক্ষা কংখিবা ঈশ্বর পুরি অসি মাধবেন্দ্রপূরীগী অথোইবা শিষ্যনি ॥ গৌরগণোদ্দেশ দীপিকা, অনুরাগ বল্লী, ভক্তি রত্নাবল্লী মচিংবা লাইরিকগী খংবা ঙমই ॥ মাদুদি মাধবেন্দ্রপূরী অসি মাধ্বগী সম্প্রদায়নি শ্রীজীব গোস্বামীনা শিখিবা ভক্তি (এতদ্বৈষ্ণব বন্দনং সর্ব্বাসিদ্ধিপ্রদম) মাধব সম্প্রদায়গনণং শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি প্রদম ॥ উক্তি অসিদগী খংবা য়ারে মাদুদি শ্রীজীবনা গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায় অসিবু মাধব সম্প্রদায় হায়না উৎখ্রে ॥ শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যমু মাধবেন্দ্র-পুরিবু প্রেমভক্তিগী আদি প্রচারকনি হায়না পুকনিংদা নিংখ্রে, হায়বনচিংবদি বৃন্দাবনদাস ঠাকুরনা ইবা চৈতন্য ভাগবতগী খংবা ঙমই। অতুবু মাধবেন্দ্রপুরীগী প্রশিষ্য ওইরবা চৈতন্য দেববু করম্বা বৈষ্ণব সম্প্রদায়দা লোগদগে হায়বদুদি অরেপ্পা লৌবা ঙমদে ॥ শ্রীচৈতন্য প্রভুনা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মসি মহাকী পাষদগনগা লোইনমা শাগৎলম্বনি ॥ গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অথোইবা গ্রন্থশিংদগী মুল তত্ত্ব খংবা ঙমনরী ॥

( য়াম্না শময়না খরদং )

শ্রীকৃষ্ণমা পরম ব্রহ্মণি মাগী শক্তি মাবা শক্তি রূপ ওইদুনা সংসারসিদা শন্দোকুনা লৈরিবনি ॥ শক্তি অহুগী মতুং ইন্না রূপ

মরাম মখল পুন্নমকসি পুহনবনি মাহুমী মখিং বিলাস শক্তি॥ মাসিসু মখল অনি ওই প্রভববিলাস বৈভব বিলাস॥ ১। শক্তি প্রভববিলাস অসিগীনা ব্রজদা এক গোপীশিংগা লোইননা রাসলীলা শান্নবদা এক গোপী এক কৃষ্ণ ওইখিবনি॥ ২শুবনা শক্তি (বৈভব বিলাস) গীনা শ্রীকৃষ্ণনা বাসুদেব সঙ্কর্ষণ প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ, অমসুং (চতুর্ব্যুহ) রূপ লৌরিবনি॥ শক্তিগী মখলদি বাসুদেবগীনা বুদ্ধিগী, সঙ্কর্ষণ চৈতন্যগী, প্রদ্যুম্ননা প্রেমগী, অনিরুদ্ধনা লীলা॥

পঞ্চরাত্রগী মতে অমনা প্রদ্যুম্ননা পুকনিংগী (মনগী) অমসুং অনিরুদ্ধনা অহং জ্ঞান (নাপাল) গী দেবতা ওইরি অমসুং শত্ত রজ তম গুণগী অকনবা শক্তিগী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণনা মশা মসং বিষ্ণু ব্রহ্মা, মহাদেব, রূপ অকমপ্রত্তব ওই, লোই॥ হায়রিবদি ভগবানদি অমা। অমগা অতোপ্পা খুদম্নপতগী মাসি কানদাদ হায়রবা, ওইরবনে। শ্রীকৃষ্ণগী লীলাস্থানদি গোলক, মাসি মখুৎতগী খোংপুবা শক্তিদ (প্রেম) মাতনা ভক্তগী অসংবদা সঙ্গীত লীলা ভত্ত শংগী থমোয়দগী মহাভাব আবির্ভূত ওইরকনি। মসিগী বাখিক্তা কনপুন্নবগী হ্লাদিনী শক্তিনা শ্রীকৃষ্ণগী মহান প্রেমভাব শক্তি, ব্রজ গোপীসিংনা শুদ্ধ প্রেম ওইনব, উদ্ধবনচিংব ভক্তশিংদসু বিশুদ্ধ প্রেম অভিলাসি ওইহনবা॥

শ্রীকৃষ্ণদি পরমাত্মা রূপ পুন চৈতন্য স্বরূপ, অমগা জীব জ্ঞান চিৎশক্তিগী অধিকারদি লৈবা কুপাখবা অংশন। থাদোকবা হায়রবা অংশি অংশ রূপনি কৃষ্ণ পরমাত্মনা সর্ব্বশ্রয় রূপনা জীবনা আশ্রিতরনি॥ মতুং মতকে অমদনা পরমাত্মা জীবাত্মাগদি তোঙান

তোঙান ওইবনি মগুণ খাইদুনা লৈ। জীবনা ঈশ্বর পরমাত্মাদগী তোঙাম্নবসু মাগী কৃপাদগী ঈশ্বর প্রেম কাওজদুনা আনন্দ তুংভাইবা কংলবা মহাপুরুষ অতপু ঈশ্বরদগী "তোঙান২" অদুমক লৈ॥ গৌড়ীয় বৈষ্ণবা চার্য্যশিংগী বৈদান্তিক 'মত" অচিন্ত্য ভেদা ভেদ রূপকী মখল খংবা ওমই॥ রাম কৃষ্ণ গোপাল ভাগ্তারনা হায়খি॥ চৈতন্য সম্প্রদায়গী দর্শনিক মত অমসুং নিম্বার্ক সম্প্রদায়গী দ্বৈতা দ্বৈতগী মত, বৈষ্ণব সম্প্রদায়শিংগী মরক্তগী গৌড়ীয় বৈষ্ণব ভক্তিগী মার্গ অসিনা মোক্ষ কাননবগী অগতা ওইরবা লম্বিনি হায়না লৌখি॥ ঐকান্তিক নিষ্কাম ভক্তিগী ভাব মখল মচা লৈ,॥ সান্ত দাস্য সখ্য বাসল্য অমসুং মাধুর্য্য অসিগুম্নবা ভক্ত মখাক মতা পাংলী প্রেম হায়বা পোৎলক অসিনা ভগবান শ্রীহরি, কৃষ্ণগা রস স্বাদণ তৌনবগী খুদুমগী অদোকবা উপায়নি॥ প্রেম অসিগা লোইননা করে কৃষ্ণনাম সঙ্কীর্তণ তৌগদবনি হায়বগী মক ওইবা প্রেম ভক্তি হায়বসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লৌখি, অমসুং প্রেম ভক্তিদা লুপখি, মণিপুরদ প্রেমভক্তিগী মুর্ত্তিমু শ্রীশ্রীহরিসঙ্কীর্তণ দগী যজ্ঞনা প্রেম ভক্তিগী মুর্ত্তি ওসি কাংবা তালি॥

( শ্রীগৌরাঙ্গ বাক্য সনাতনদা তাকপা )

হে সনাতন ঈশ্বরনা অগ্নি পিণ্ড ওইরবনা জীবনা মাংগী স্ফুলিঙ্গ॥ পরম ব্রহ্ম অদুগী পিকপ্রবা ক্ষুদ্র অংশনি॥ ঈশ্বরনা "বিভূ" চিংনি জীবনা অণুচিংনি॥ অগ্নি মৈনা মচান শন্দোকপগুম্না ঈশ্বরনা শক্তি পিখিদুনা জগৎসিদা আস্বাদন তৌরিবনি॥ অদুম্না জীবসি ঈশ্বরগী বুপপ্রবা মবিক অমনি, কৃষ্ণদি আনন্দ মহ ওম্না

পুরুষনি ॥ জীবনা আনন্দ অহুগী দাসনি অহুনা জীবমথৈ কৃষ্ণদাসনি ॥ মরম অহুমা কৃষ্ণবু কাওরবা মমাই হেক লৈখোকপদা ত্রিপাপ জ্বালা মায়াগী বোমদা হেক্না তামবনি ॥ মায়া অমুদগী হেক ওনখৎপা ওমনবদি করি উপায় লৈ হায়রবদা, শ্রীগুরুদা দেবতা বুদ্ধি প্রিয়তা বুদ্ধি স্থাপন তৌরবা লেংঙ্গবা ভক্তিমা ভগবানবু ভজণ তৌজবতনা জীবগী অথোইবা উপায়নি ॥ ১। গুরুদা দেবতা বুদ্ধি, ২। গুবদা প্রিয়তা বুদ্ধি। ৩। গুবদা সাধুগী কৃপাদা। ৪। গুবদা শাস্ত্রগী কৃপাদা উপদেশতা ॥ সাধন ভক্তিগী ফলনা প্রেম পোকলকই প্রেম অহু ফলগা কৃষ্ণসুখ আস্বাদন তৌবা ওমলকই কৃষ্ণ প্রেম সুখহুতবু তাম্নরিবনি জীবনা ॥

১। কৃষ্ণতত্ত্ব অদ্বয়। ২। গুবদা জ্ঞান তত্ত্ব হহু কৃষ্ণগী তত্ত্বনি। জ্ঞানগী অর্থবু সৎ চিৎ কী অর্থবু আনন্দ সচ্চিদানন্দ হায়বাসনি শ্রীকৃষ্ণস্বরূপ ॥ কৃষ্ণগী আনন্ত স্বরূপ ১ ব্রহ্ম ২। পরমাত্মা, ৩। ভগবাণ ॥

১। ব্রহ্ম কৃষ্ণ নিরাকার

২। পরমাত্মা স্বাকার পরিবারদি লৈতে।

৩। ভগবান কৃষ্ণ পরিবার লৈ, নন্দেরণন্দন্

১। জ্ঞাণ সাধকনা ব্রহ্ম, । ২। যোগ সাধকন পরমাত্মা। ৩। ভক্তি সাধকনা ভগবাণ মহাকী পরিকর লৈ।

ভগবাণ অমুক রূপ অহুম, সয়ং রূপ তদেকাত্মরূপ গোপবেশ বেণুধর নবকিশ্বর নট্ট বর ব্রজেন্দ্রনন্দণ শ্রীকৃষ্ণ সয়ং রূপ ॥ শ্রীকৃষ্ণগী লীলা ধাম অহুম, গোকুল, মথুরা, দ্বারিকা, অমতনি মকম মকম

মতম মতমগী বিচিত্র বিকাশ ওইবনি ॥ ভক্ত জণশিংনা ভক্তশিংনা ভজন তোননবনি ॥ শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অহুম ১। পূর্ন, ২। পূর্নতর, ৩। পূর্ন তম। দ্বারকাদা পূর্ন মথুরাদা পূর্নতর ব্রজধামদা পূর্নতম ॥

কামগন্ধ হীন ওহবা গোপীশিংগী নির্ম্মল প্রেম নির্ম্মল প্রেমিকা শিংগা লোইননা "রাসলীলা" মাতুদা কামদেবগী পুকনিং কাওবা মথিত (ওইনৈবা) ওই ॥ মাহ (জ্ঞানমাংবা) পোকহন্দুনা মশামকপু মোহিত ওইহল্লি শুদ্ধাংশনা ॥ অহুনা কৃষ্ণর মদণ মোহন গোপী মন-মথদা (কাখৎপা) তোংহুনা মন্মথদা মন মথে মদণ মোহণ হায়র্বনি ॥ নেংনা জগত অসিদা পৃথিবীদা ত রগা মহৈ মরোং থোকহনবনি ॥ নবজলধর শ্রীকৃষ্ণনা জগংসিদা লীলামৃত ধারানা নোং ওহনা চুহনা জগৎ আস হৈংহল্লি ॥

খাংদগী থোইবনা কৃষ্ণমাধুর্য্যনি ॥ শ্রীকৃষ্ণলীলা অপুম্বগী মনুংদা নর লীলানা অথোইবনি ॥ রাখাল বালক, গোপ গোচারং খুত্তা বংশী কোক্তা চুড় থবাক পুক্তা লৈপরেং বণ মালা হকচাংদা লাইবক্তা চন্দণ ললিত ত্রিভঙ্গ ॥ শ্রীগোবিন্দ জয়তি ॥

(শ্রীগোবিন্দনা জয় ওইসনু)

১। অতৈগী অবতারদি শাস্ত্রনা সৈনা ওই শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী সৈন্যদি অঙ্গ উপাঙ্গনা ওই, অঙ্গ হায়বদি অংশ, অদ্বৈত নিত্যানন্দ প্রভুন, অঙ্গ অনিংস সৈনানি ॥ শ্রীবাসনচিংবনা পবিত্রদ সৈনানি সৈন্য কৰণীনে পাযণ্ড দলনগীদমকনি ॥ নিত্যানন্দনা পাষণ্ড দলন বাবানি অদৈতনা হুঙ্কারদা পপ পাসণ্ডী চেনখী ॥

কৃষ্ণবর্ন ত্বিষা কৃষ্ণং সাঙ্গ প্র পাষদম্ যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তণ প্রায়ৈ বজন্তি হি সুমেধসঃ ॥

মত্রে ॥ বেদ থংবা বেদ নিষ্ট কয়া ওই বেদ থংনবাসিংগী মশুংদগী চেনদা মপানদতা থংবা মশুংগী প্রান থংদবনা বেদ চৈরকহু বেদনিষ্ঠ ওইবা খবক জ্ঞানিতনা তংনা লৈবনি ॥ জ্ঞান ওংবগদি জীব ব্রহ্ম অভেদনি নিংলবস্থু ভক্তি হীন ওইদে ॥ কোটি ২ জ্ঞানিগী মশুংদা অমতমক মুক্ত ওই ॥ অদু ওইরবদি লেংবিযু কৃষ্ণ ভক্ত হায়বসি কয়া য়ামগ্রিক্রবা ॥ ১ম্ভ এক কৃষ্ণ ভক্ত অদুদি কদাইবু কৌই, কৃষ্ণ ভক্ত—কৃষ্ণ (খরক সং ভক্তাদি নিষ্কাম ওইবা মশাগী মুংঙা- ইবা নিজসুখ বাসনা লৈতবা অতুতনি ॥ মাদি শাস্ত্রনি (অচঞ্চল) মপুক্নিং য়াংলবনি ভুক্তি মুক্তি সিদ্ধি কামি ওইদে ॥ ব্রহ্মাণ্ডসিদা নানা জো নদা কোইর কোইবগনা হয়া হয়া পোকলকপন ভাগ্যবান ওইবা জীব অমতনা গুরু কৃপা কৃষ্ণ কৃপা ভজনা কাঙক্ষা ফংইবনি মহৎ কৃপাদুংনা কৃষ্ণ ভক্তি ফংই ॥

ব্রহ্মাণ্ড ভ্রমিতে কোণ ভগ্যবাণ জীব,

গুরুকৃষ্ণপ্রসাদেপায় ভক্তিলতাবীজ ॥ মহৎ কৃপা য়াওদনবি কনামতনা ধর্ম্ম ভক্তি ওইদে ॥ অন্তর্য্যামি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য গুরুগী ঈঙ্গিৎপু জীবনা ইলাই লাইনা ফংবা ঙমদে ॥ কৃষ্ণদি সাধারণ মহান্ত ওইনা নত্রগা গুরু ওইনা কৃপাপিবি ॥ কৃপা ফংইবাসিদি সক্ষাৎ উনবরনত্তে গুরু চৈতন্য রূপগা ইঙ্গীৎতা ফংবনি শিক্ষা গুরুদি কৃষ্ণগী মহান্ত সরূপনি ॥ ভগবাণ বদ ইদনো কদাইদা লৈ সাধু সঙ্গ, তৌজবগী কৃপানা আকর্ষন তৌবিবনি ॥ ভজন মওাল ফংলকলবদা মরাইবক খীবনী হাইররোই ভাগ্যনি ॥ হাইগ্রিবা ভক্তি লতা বীজ অদুদা ইশিং চাইরগা হৌরকপনি ॥ ঈশিং চাইবা হাইবসি

শ্রবনকীর্ত্তণনি ঈশিং চাইরগা বীজদু হৌরকপগুম শ্রবণ কীর্ত্তণনা ভজন ইচ্ছাগুগী উপায় অথোইবনি ॥ বীজদগী অঙ্কুরমথোণ ময়োন্দগী লতা ঈশিং চাইদুনা চাওরগা কায়ন সমক্রু ওইজয়ে উরি অদুনা কল্প বৃক্ষ শ্রীকৃষ্ণগী চরণ আশ্রয় তৌজয়ে মথং মথং লৈ শাংলকলে ম হ য়াম্লকলে ক'রি উহৈনে, করিসু নত্তে প্রেম ফল ॥ পরম ফল উহৈ অদু'দি ( ধর্ম্ম অর্থ পুরুষার্থ ) মরিনি অতৈ তৃনতুল্য জ্ঞান নাপিগা মাম্লনা থনগ্নে ॥ কৃষ্ণ'প্রেমগী মহাওবু থংলবদি অতৈদি লাইগ্নে ॥ শুদ্ধ ভক্তগী মফমদদি কৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা বাঞ্ছা অমা লৈতে ॥ কৃষ্ণগী পূজা নত্তনা অতৈ তে'ন্দ্রে ইন্দ্রি পুম্বদা কৃষ্ণ অনু শীলন ওইগ্নে ॥

১। বিগ্রহ দর্শণ মিৎনা মুত্তি উজবা ॥

২। নাকোংনা নাম গুণ শ্রবণ ॥

৩। নাতোম্না প্রসাদিগী তুলসী মনম লৌবা

৪। ইন্দ্রি মতানা নাম কীর্ত্তণ তৌওবা ॥ থুরমজবা

৫। হকচাং নক্লা গন্ধ মাল্য শোকচবা অনু ভব তৌবা

৬। খুৎনা মন্দির ম র্জনগী ভাব ॥

৭। খোংনা তীর্থ ভ্রমণ তীর্থ চৎচবা ॥

৮। পুকনিংনা লীলা স্মরণ তৌজবা ॥

৯। বুদ্ধিনা মননা সঙ্কল্প গ্রহণ তৌবা ॥

১০। অহঙ্কার নাপাল তৌবদা কৃষ্ণগী মনাইনি হাইনা নিংজবা

১১। চিত্ত থমোই মপুংদনা কৃষ্ণ'প্রেমণ কৃষ্ণতবু কোইথি থিজবা ॥ য়াউরিবা ইন্দ্রি ১১ একাদশ ইন্দ্রি অসি তনা সেবা কৎ চবা কৃষ্ণগী ভাব থমহনা ইন্দ্রি শিজিন্নবদো ভক্তিনি ॥ স্বসুখ বাসনা হীনা কৃষ্ণসুখ সাধিণী সেবা ॥ ব্রজ গোপীগী ইন্দ্রি তৃপ্তিগী ভাব লৈতে

মধুর রস অহুতনা অপেংব, ভক্তিনি ॥ মখোইদি র তিদ রতি অহুম লৈজবনি শুদ্ধ মাধুর্য্য মরিনী শ্রীকৃষ্ণগী নিংথিজবা আশ্চর্য্য উরগা কম্রিশু সঙ্কুচ চিংনবা শাওগিংবা কেনিংব থংদিদে ॥ কৃষ্ণনা নোক্লগনি শাংগনি হাইবগী করিসু কিবদে ॥ অমনা যশোদাদা ব্রহ্মাণ্ড স্বরূপ উৎনবগসু মচানি হাইনা অহুম মখল্লি বাসল্য প্রেমংতা লুপ্তুনা লৈ ॥ কৃষ্ণনা তৌরম্ব, ওইখোক্তবা কম্বা উৎলবসু শ্রীদাম সুদাম খোইনা সখ্য ভাব মরূপ চানবগী ভংতা অহুম মখল্লি ॥ মধুর রস পুম্নীবি শ্রীরাধিকানা বন লম্বিদা চৎপা, তমলক্তরে রারে হাইবদা ঐবু পুম্নমা চংশিয়ু কৃষ্ণনা বেস, অতুদি ঐগী লেংগোল্দা তেংউ অসিনি ॥ মধুর রসগী অযোৎপদা তম্মলান সেবা হইচাংনা শোক্লবা সেবা তৌজবা ॥ রাস লীলাদা নক্ষুং তিংমু হেনা উ ত্রে রাধাগী প্রান বহুলভবকী ভাব লংনা অতৈ অমতা থপ্পে ॥

ঈশ্বরদা নিষ্ঠা বুদ্ধিগী মমিং শমঃ

ঈশ্বরদা ইন্দ্রিয় সংযমগী মমিং দমঃ

ঈশ্বরদা অয়াবা থা হুনা জিহ্বোপ স্তরা—ধৃতি

১। শান্তরসগী মখোদি করিনো কৃষ্ণ বিনা তৃষ্ণাত্যাগ কৃষ্ণবু যাওলগনা অতৈ তৃষ্ণা খোয়াংবগু হেক থাদোকপা ॥ শান্ত ভাবতি হুপ্তাইবসু অরাদসু নত্তবা কিবা, ফাওই সর্গগুমদা মসুং নরককুণ্ডদা থবক অনিরক্তা শান্তি শাবই ॥ কেবল কৃষ্ণতদা মমত্বাগী ভাবতদা থমবা তমদে শুধু কৃষ্ণগী স্বরূপ জ্ঞানতবু উই ॥

২। দাস্য মাসিদসু ঐগী হাইরা অরানবা, নাপন যাওরকই সেবাগী ভাবতি যাম্না লৈ ॥

৩ সখ্য সখ্যদাদি দাস্যদগী হেন্না মমতা ভাব হেল্লি মপানগী ওইনা কোৱৈ শননৈ ( জীব কৃষ্ণর নিত্যদাস ) ॥

৪। বাসল্য ঐগী ইচা'নি হাইবগী মমতা ভাব বাম্না উৎলি কনানা মু'শিবদগী অত্তান মারন কুবা য়ৈবা কাওবা ওমই ॥

৫। মধুর মধুর রসদা হাইরিবা থবক মথৈসি লোইনা য়াওই কৃষ্ণ প্রেম সেবা কৃষ্ণরস সম্ভোগ পুন্নমক্তগী মথক্তা কান্ত ভাব অঙ্গ দান সেবাসি অতৈগা য়াওদবাসি য়াও? ॥ অদুনবি স্বাদ অদু য়'ম্না হেনবনা চমৎকার ওইবা ভা'ব অসি লৈব'নি ॥ মথক্তা হা'ইগ্রিবা ভাব অতৌসমু ইমান মান্নবা য়াওরিবনি অদুনা মধুর রসনা শ্রেষ্ঠ'নি হাইরিবা ॥

১। মীৎ ফংজবনা ভক্তবু উজবিবনি,

২। দেহ হকচা'ংসি ফংজ'না ভক্তগী চরণবু সোবচনা ফংজরিবনি ।

৩। লৈ, জাংনবা ফংজবনা ং গী গুণ কীতর্ণ তৌজবা ফংজরিবনি ॥

৪। ভক্তগী থমোংদা শ্রীকৃষ্ণনা ম৩য় পুন্নমক্তা ক'দনা লৈবিরি ভক্তের অধিন ভগবাণ ॥

( শ্রীজীব গোস্বামীনা হাইখি )

ভগবাণ ( ভগ শব্দগী অর্থ ) ঐস্‌য্য অসিনা বিবিধ বিচিত্র শক্তিদাগ তৌই অদুনা পুন বিক'শত শাস মান পুরুষ অদুমক ভগবাণ ওইরে ॥ পরমাত্ম এখা ও.সুং ভগব শগী বিবরণ পিবদা ॥ ১ ॥ শক্তি বর্গনা মরম ওইদুনা ধর্ম্মগী অকমবা শক্তিগী জ্ঞান অদুবু ব্রহ্ম,

২। চিৎ শক্তিগী অংশ স্বরূপ জীব শক্তিদি মায়া শক্তি অনিসিগী মপু ওইবা অথংবা পুরুষহু পরমাত্মা ॥ ৩॥ অহুগা পরিপূর্ন সর্ব্ব শক্তি পূম্নমকনা মাগী ওইরবা মহাক অহু "ভগবাণ" ভগবাণগী অচিন্তা অনন্ত শক্তিযু সাধারণ ওইনা অহুম থোকনা লৌই ॥ অমর রঙ্গা স্বরূপ শক্তি, স্তত্থ্রে জীব শক্তি, বহি রঙ্গ মায়া শক্তি, অহুম সিনি স্বরূপ শক্তিনা প্রকৃতিগী মাংমদনি অহুমা অপাকৃত মহুংগী নিত্য গোলোকধামগী বস্তুনি ॥ অহুগা জীব শক্তি ১স্থং মায়া শক্তি অনি অসিনা প্রকৃতিদা ওইবা শক্তিনি ॥ অহুনা প্রকৃত ওই শ্রীভগবান্দি স্বয়ং শক্তি মথল অহুম পূর্বনি ॥ মূলনি ॥ মায়া শক্তিগী মহুংদা গুণ মায়া অমসুং জীব মায়া॥ ত্রিগুনা ত্মিকা প্রকৃতিনা গুণ মায়া অমসু: জগৎ ব্রহ্মণ্ড অসি প্রকৃতিনা ওইরিবা গুণ মায়াসিনি ॥ জীবশিংগী মায়ানা আশক্ত ওইখিহুনা ভগবানদগী মায় গুপ্তোক্তনা ভগবাণগী স্বরূপ শক্তিগী জ্ঞাণ ফংবা ওমদে ॥ ভগবৎ জ্ঞাণদা অজ্ঞ ভাব ওই ॥ ভগবাণগী স্বরূপ শক্তি অহুমক ভগবানগী অধ্যাত্মগী। ভগবাণগী অধ্যা মহাগী তাৎপার্য্যদি ভগবৎ দিচ্ছা ॥ হাইরিবা স্বরূপ শক্তি আত্মা মায়াগনি ভগবাণগী চিৎ শক্তি। অহুননি ভগবাণগী পুর্ন সরূপ্তা বদ্ম অহুম লৈরে শৎ, চিৎ, আনন্দ, হাইবদি শচ্চিদানন্দ স্বরূপগী মথল অহুম অমুক লৈরে ॥ সন্ধিনি, সংবিৎ, হ্লাদিনি. হ্লাদিনি শক্তিনা অহুমগী মহুংদা অথোইবনি ॥ ভগবাণগী অহুবপা লীলা রস ফংহনবিগে হাইনা রস ময় ওইন, জীব কোটিগী থমোইশা চংবিহুনা ভক্তগী থমোইদা হ্লাদিনি শক্তিগী মহুং আনন্দ ওইনরি ॥ অহু শুম্নবা বিশুদ্ধ আনন্দ অহুমক ভক্তনি ॥ অহুনা ভক্তি অহু থংবা

ভক্তসিংন ভগবাণগী লীলা অদু থংজনা আনন্দ ফংই ॥ ভক্তি থংবা আনন্দ অমা অনি অ'সমক হ্লাদিনি শক্তিনি ॥ ভগবানগী শক্তিদা লৌরগা হ্লাদিনি হাইবসি রস রূপনী ॥ ভক্তগী হৃদয়দনা হ্লাদিনি অসি ভক্তি রূপিনি ॥ অ'সগুম্বা স্বরূপ শক্তিগী সারভূতা ওইবা হ্লাদিনি শক্তি অদুগী সাধারণ মূর্ত্তি অদুনা ওইরে ॥ শ্রীরাধাদি ইচম চম্বা প্রেমরূপনি ওইবতা নত্তে নিত্য প্রেমপাত্রিনি ॥ পূর্ণ ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ শক্তিগী মনুংদা শ্রীরাধাগী মকমদি অনন্ত হ্লাদিনি শক্তি রূপনি ॥ শক্তি আসনা জীবগী থমোইদা কাওরগা প্রেম ভক্তিনা শুম্বাংলে ॥ মরম অদুননি রাধবু ভগবানগী প্রেম কল্পলতা । অদুগা ভক্তগী মকমদনা প্রেম কল্প তরু ওই হাইরিবনি ॥ মতৈ অম ন ভগবানগী স্বরূপ শক্তিগী রূপ মরা লক্ষ্মী ॥ লক্ষ্মী বা ভগবাণ ঐশ্বর্য্য কারুন্য সুং মাধুর্য মশকনি ॥ ইথোরমা মথক্তা উৎপ্রে ভগবানগী সর্ব্ব শক্তিগী মনুংদা হ্লাদিনি শক্তিনা অথোপ্পনি ॥ অদুনা হ্লাদিনি শক্তিগী মশক পুরিবী শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি রূপকী ম থাইবনি ॥ শ্রীরাধা কৃষ্ণগী স্বরূপকী ভাবতি শক্তি অমসুং শক্তিমাণ ॥ অনিসি অমত্তন হাইরগা যুগল মুর্ত্তি ওইনা কল্পনা তৌরিবসি করিননো হাইবদা আনিসি অমত্তা ওইরবত্ত লীলা বিলাসদা ভেদা ভর অচি অচিন্ত্য শক্তিগী অভেদগী মনুংদা ভেদ ওইনা লৌগ্রে ॥ শ্রীকৃষ্ণগী পুর্ণ রস রূপতনা শ্রীরাধাগী হ্লাদিনি শক্তিদা আশ্রয় তৌদুনা প্রেম ভক্তি রূপবু সঞ্চার তৌই ॥ অদুনা অদুমকী মতিক হ্লাদিনি শক্তিগী মওাল লৈরবা অদুমকী মতিক ভক্তগী মওাল লৈ ॥ শ্রীরাধাদি স্বয়ং পূর্ণ হ্লাদিনিরূপা মনুংদা প্রেম

ভক্তিগী মখে ইথনি অদুনা শ্রীরাধিকাসি শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত শ্রেষ্ঠনি ॥

শক্তি অমসুং শক্তিমান রূপ অমতনি শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অভেদ তত্ত্ব অসি শরেপ্প ওইরবসু অখণ্ড সংসারগী রাখলগী মসুংদ ভেদ ভাবনা যরম ওইদুনা রাধা, শক্তিমানচিংবগী রূপকী তাব গোকুলা শৃঙ্গারগী অভিসারগী রস পুদুনা সিদ্ধ ওইনবনি ॥

## রাধা তত্ত্ব

রাধা তত্ত্বগী মসুংদা যেংশিনগদবা মৈবসিংগী মসুংদা মথাগী খরদং ইরিথাস ওখোইবনি ॥ ভগবানগী স্বাভাবিক অচিন্ত্য অনন্ত শক্তিগী মসুংদা মথক্তস্ত খরদি হাইজগ্র ওখোইবা মথল অহুমদং ১। স্বরূপ শক্তি ২। জীব শক্তি ৩। মরা শক্তি। অমনা অপ্রাকৃত অনিগ অহুমগা প্রাকৃত অমিগী স্বরূপ শক্তিগী মচি ওইবা শক্তিনা হ্লাদিনি শক্তিনি ॥ হ্লাদিনি শক্তিগী মক ওইবনা শ্রীরাধিকাগী তনু (হকচাং) (ওঁ) হ্লাদিনি শক্তি পুরিবী শোংগাগা লোয়ননা শ্রীভগবানগা 'নত্য বৃন্দাবনদা নিত্য লীলা' শাগে ॥ বৃন্দাবনদা অমত অমুক ওই অনি অমুক ওই, নিত্য লীলা স্বরূপ লীলা শারে অরেপ্পা লৈতে চাকৌ নাকদে গঙ্গাগী ইচেলগী মতৌগুম্না। অমসুং পৃথিবীগী বৃন্দাবনদা গোপ গোপী রূপতা রাধা কৃষ্ণনা রূপা মুপিগী রূপ্তা লীলা শারখি ॥ থাংগৈ শেংবা অপ্রাকৃত প্রেম ওইবা খুপগ্রবা রস আসবু মীওইবগী মকসদা উৎকে তাবগে থংহনগে অনুভব তৌহনগে হাইবগীদমক বৃন্দাবনদা দেহধারি ওইবিদুনা নিত্য লীলা শারে ॥ পরম রস তত্ত্ব অসি আস্বাদন তৌনবগীদমক বৃন্দাবনদা গোপ গোপী রূপ লৌদুনা লীলা শারবা নত্তনা মীওইবগী নর নারী রূপ

অ'সনমু বিগার ওইদুনা লীলা শানবিবনি ॥ ভাব অমদনা রস অতোপ্পা প্রেম ভক্তি রূপতা শ্রীরাধকাগী ভাব "কোটি ২" ১মুং জীব কোটি ২ অ'নিমক্তা রস ১মুং প্রেম ভক্তি মধুং অনিথোকনা ঊহনবতনি ॥ শ্রীভগবাণগী আনন্দ শিধা'শ্ন'ন ওইবি শ্রীরাধ'মা ওই ॥ অদুগা প্রেম ভক্ত পোকন্নাদুনা জীবনা শ্রীভগবানগী অনুভব তৌবদি শ্রীরাধানা মরম'নি হায়রনি)

মরম অসি যৌবনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা প্রেমগী রস (রাধা) গোবিন্দগী চরন্দা রাগমার্গ বৈষ্ণব ধর্ম্ম লৌরবা ঈচেল নিত্য লীলা অষ্ট কাল সেবাবু ১মুং গোস্বামী কয়াগী পদাবলিবু লৌখতুনা শ্রীশ্রীর সঙ্কীর্ত্তণ মহাযজ্ঞা অসি সাংকাসিদ্ধকা লোহনবা ওইনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী চরন্দা কৎচখি ॥

মথ'দা খরদংগা

প্রেমরূপণী শ্রীরাধানা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ অনুভব তৌই ॥ ভগবানগী স্বরূপ শক্তিগী সৃষ্টিগী কাম'গা মরি লৈনদে ॥ সৃষ্টিগী কাযাদি ভগবাণগী প্রকৃত শক্তি হায়বদি ময়া শক্তিনি ॥ পরা শক্তি হায়বদি স্বরূপ শক্তিগা ১মুং জড় মাযা শক্তিগা অনি মরক্তা জীব শক্তি লৈরিবনি ॥ শ্রীরাধাকৃষ্ণগী স্বরূপ শক্তিগা শক্তিমান ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা কা'রমু খেন্নবা নত্তে ॥ অদুমদি ওইরগা খেন্নবা থমম্রবদি লীলা শান্নবা য়াদে ॥ অদুনা বৈষ্ণবশিংনা ভাব মথল মথল তৌদুনা (ভেদ) খেন্নবা ভাবতা য়াথল লৈহন্নি ॥ স্বরূপ লীলা শান্নবাসিদা সাধনতত্ত্ব প্রতিষ্ঠা তৌই ॥ গৌড়ীরিয় বৈষ্ণবশিংনা ॥ খেন্নদবগী খেন্নবা অসিবু অচুম্ব সত্যনি হাইদুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা

মতুনা শ্রীভগবান মশামক্তী কণ্ঠদা জয় রাধে শোল্লি ॥ রাধা নান্দা আশ্রয় তৌবমা পরমথননি শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্তী মুকলীদা গান তৌই রাধা রাধা হায়না ॥ যন্ত্র, মন্ত্র, তন্ত্র, বেদশী মতুংদা রাধা নামতবু রহস্য-শিংগী মতুংদা রহস্যানি, রাধা নামতবু সার বস্তু পুম্নমক্তী বস্তুনী ॥ হাইছুনা শ্রীশুকদেব মুনিনা ভাগবত পুরানগী মতুংদা উৎগ্রে ॥ ০ ॥

১। রাধা বল্লভী সম্প্রদায়গী কবিতাশিংগী মতুংদা অমসুং থ ইনগী তায়রক্তী শক্তিবাদ বাংতন্ত্রনচিংয়া শাস্ত্রশিংদা শিব শক্তিগী মরিংদা য়াম্না পাকচাওনা আলোচন তৌই ॥ মাদুগী চাওরাকনা মত অহুমদং লৌখংচরি ॥ মনিপুর অসিদু অহানবদা শিবদুর্গা নিংবনি

( হৌজিক মিং হোংবত্তনি ) শু'স কাওবসু মৈতৈ ধর্ম্ম খাদোক্তে ( শিব দুর্গা ) রাধ কৃষ্ণ অমত্তান হায়না লৌ র।

১। শিব অমসুং শক্তি অনি অসিমা অথেকবা তত্ত্বনি অসিবু অদ্বয় সমরস তত্ত্ব হায়ব পরম তত্ত্বছনি ॥

মত ২। শিব অসিমক শক্তিমাননি শক্তিগী আশ্রয় তৌকম-নি ॥ অদুনা শক্তিগী আশ্রয় তৌকম শিব অশিমক পরম তত্ত্বনি ॥ হায়রিবা অসিগুম্বা মত অসি সর্ব্ব সাধারনী মতুংদা অযাম্বনা য়াদৈ ॥

মত ৩। ত্রিভুবন ব্যাপিনি শক্তি হায়বাসিমক পরম তত্ত্বনি ॥ শক্তি অসিদী আধারদি শিবনি বিশ্ব ব্যাপিনি ॥ মাহাশক্তিগী মতুংদা আধারী ভূতা ওইনরিবা মহাক অদু শিবনি ॥

স্ত্রীত দুপী পুংস্ত নিপাগদি প্রকৃতি অসি উপাধি পিদুনা প্রকৃতি পুরুষ অনিসি স্বরূপ পুরুপ ব্রহ্ম শক্তি হায়রিবা শক্তিদগী পরা অপরা শক্তি মথং মথং পোকলকলে মায়া ময় সংশারসিদা

মায়াবা রূপখিবনা শক্ত্যাত্মক অত্তবু দর্শন উবা ফংহল্লহনা মশক খংহল্লে ॥ ঈশিংদা পোকপা হল্লোইনা অতৈ অমতা উদে জগৎ সংশার অসি ঈশিং ভাক্তা ওইনা নিংবাগুম্বনি ॥ ব্রহ্মাণ্ড তন্ত্রদা হায়রি মুমিংকী মণ্ডালদা পোংশক তোঙানবগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙান 'রূপ ওই মাছ পাত্র মখলগী তোঙাল তোঙাল" মওং কল্লি ॥ পাত্রশু কায়থগা অহাংবদা আকাশতা অত্তম থিল্লি ॥ অতুনা মহা বিদ্যা রূপনী শক্তিশিবনগী "তোঙাল তোঙাল" উপাসনা তৌরবসু শক্তিদি অমতনি ॥ মরম অতুনা ঐখোয়না খংলে শক্তিমানদা অশ্রয় তৌরগা ভক্তি কংবনবা তৌগদবা নত্তে ॥ শক্তি অত্থ ধারন তৌরগা শক্তিমান অত্থবু কংগদবনি ॥

লীলাদা মায়া চংবগী ভাব খর উৎলবসু মনুংদা মায়াগী প্রভাব লৈতে ॥ হায়বদি ভগবানগী মশাবু শক্তিবু অনিথোকই ॥ পুরুষ নারী নারায়ন শক্তি মাধা পুরুষ প্রকৃতি অস্বাদ্য (শক্তি) অস্বাদ্য (শিব) শিব শক্তি, বিষ্ণু লক্ষ্মী রাধাকৃষ্ণ, অরাইবা যুগল মূর্ত্তি আত্মা সমর্পন তৌই পদ্ম পুরানদা শ্রীকৃষ্ণ বিগ্রহ নিজেহ লালতা দেবী (বিদ্যা শক্তি পরা শক্তি) যেদেবী শ্রীমতি রাধিকা মনুংদা অনিগী তোঙানবা খেন্নবা লৈতে ॥ তোঙাল তোঙাল পুরানগী মতু মতুং ইন্না অনি অনিগী ভাব লৈহনবতনি।

(ব্রহ্মাণ্ড পুরান) ললিত ত্রিশতি ভাষণ ললিতং ত্রিপুর সুন্দরম ॥ (শ্লোক) অহংং ললিতা দেবী রাধিকা যাচগীয়তে ॥ অহংচ বাসুদেবা খ্যো নিত্যং কামকলাত্মক ॥ সত্যং যোষিৎ স্বরূপোহং যোষিচ্চাহং সনাতনী ॥ অহংম ললিতা দেবী পুংরূপা কৃষ্ণং বিগ্রহা আবয়ো রন্তরং নাস্ত সত্য সত্যংহি নারদ ॥ • ॥

(বিষ্ণু পুরান্দা) হরিবংশ মত শ্রীকৃষ্ণগী অষ্টপত্নি ৮॥ ১। কালিন্দি ২। মিত্রবৃন্দা ৩। নাগ্নজীতী ৪। জম্ববতী ৫। রোহিণী ৬। লক্ষনা ৭। সত্যভামা ৮। রুক্মিণী॥

(গীতাদা) শ্রীকৃষ্ণগী অষ্টধা প্রকৃতি শিবগী অষ্ট মূর্ত্তি ধারন॥ অমুক অমনা শক্তিবু ষোড়ষ কলাত্মিকা হাইরি॥

( অমুক ষোড়ষ কলা তত্ত্ব )

ষোড়ষ কলানা শ্রীকৃষ্ণগী ষোড়ষ পত্নিগন চন্দ্রগী ষোড়ষ কলাগ চন্দ্র লক্ষ্মি শ্রী.॥ অতুনা অমুক ষোড়ষ কলাত্মিকা "চন্দ্রা" অসিমক লক্ষ্মিগা মান্নহল্লি॥ শ্রীকৃষ্ণগী ষোড়ষ সহস্র গোপীগা লোইননা রাস ক্রীরা শাৱে॥ মতুংদা গোপী ১৬ শিং ষোড়ষগী মখিংনা থোইদোকনা পল্লি॥ কৃষ্ণবু চন্দ্র সরূপ ওইনা লৌরে ষোড়ষ গোপীবুনা চন্দ্রগী ষোড়য কলা রূপ লৌরে॥ মা অমদনা ষোড়ষ শক্তি হাইবা মাই॥ গোপী অমমমদগী গোপী চামা চামা পুথোকই অহুনা পুন্নমকনা ষোড়ষ সহস্র গোপী হায়বনি॥

শ্রীজীব গোস্বামীনা কৃষ্ণসন্দর্ভদা হাইরি লক্ষ্মি অসি ভগবানগী ষোড়ষ কলাত্মিকা স্বরূপ শক্তি অসিগুমদবা লক্ষ্মি রূপিনী এক স্বরূপ শক্তিদগী কৃষ্ণ বল্লভা ষোড়ষ গোপী থোকই॥

(সাংখ্য দর্শন্দা) য়েংলগা প্রকৃতিগী ষোড়ষ বিকার লৈ অষ্ট সখী ষোড়ষ বিকার (একাদশ ইন্দ্রি) পঞ্চভূত॥ প্রভাব অসিগী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণনা অষ্ট সখী ষোড়ষ সহস্র গোপিনা বিহার তৌথিবগী ভাবনা॥ ঈশ্বর অমতুং লাক্ষ্মিগী মরক্তা তত্তনা মধুর রসনা নিত্য সুখ ওইতুনা লৈ॥ অমুক অমনা অহুওম্বা লাক্ষ্মি শ্রী বৃন্দা (গা)

গী মশকপু বৈষ্ণব সম্প্রদায়না রাধিকা আবির্ভাব মিংল্লেং লৌরে ॥ গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মদা রাধা তত্ত্বনা নিত্য শুদ্ধ মুক্ত রূপ ওইরি ॥ গৌড়ীয় গোস্বামীশিংনা বৈষ্ণব কবিশিংনা কয়ামুক করম হৌনা রাধ তত্ত্বগী মরিদা অভিনয় সঞ্চার তৌবগে হাইবগী আলোচনা

( রাধা তত্ত্বগী জ্যোতিষ তত্ত্ব রূপ )

কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা খল্লি রাধাকৃষ্ণ তত্ত্বগী মরু হৌরককম ধর্ম্ম তত্ত্ব নৈরমদে ॥ মরুদি জ্যোতিষ তত্ত্বনগিনি হাইরি মাতুদি ॥ বিষ্ণুনা সূর্য্য প্রভাত মধ্যাহ্ন অমসুং সন্ধ্যা খোংকম অহুম অসিদা সূর্য্য রূপ বিষ্ণুনা কোইনা চৎলি ॥ অদুগা ত্রিপাদ বামন অবতারদা স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতাল লোক অহুমদা খোংকম ওইবগী কল্পনা তৌরি ॥ বিষ্ণু অবতারনা কৃষ্ণ ওইরে হায়বাদি কৃষ্ণসি সূর্য্যগী রশ্মিগী মৈকম প্রতি বিম্ব ॥ পণ্ডিতশিংনা যোগেশ চন্দ্র রায়গী প্রবন্ধ কৃষ্ণনা ওই ॥ সূর্য্য প্রতি বিম্ব গোপী তারকা (থোরালমীচাক) গোশব্দগী অর্থ রশ্মি ॥ মরম অদুনা সূয্যবু গোপ অদুগা তারকাবুনা গোপী ॥ অলৌকিক লীলাদা সূর্য্য প্রতিবিম্বনা তারকাগনগা লোইননা লীলা শান্নবা শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলাবু অসুম্বা লৌই জ্যোতিষদা কৃষ্ণ যর্জ্জু বেদ, বিশাখা অসিনাচিংবা নক্ষত্রগী মমিং নৈ ॥ অথর্ব বেদদা রাধো বিশাখে উক্ত পিদুনা নৈ ॥ থাইনা মমাংদৈদা নক্ষত্রগী মমিংবু রাধা কৌরমই রাধাগী অর্থ সিদ্ধি হায়বনি ॥ করিগী নক্ষত্রগী মমিং রাধা কৌরমবনো হাইনা কনা অমত্তনা হাইবা ঙমদে ॥ মতমগী মতুংইন্না রাধাবিশাখা হায়মা অমত্তা ওইনা চৎলে ॥ কার্ত্তিক পুর্নিমাদা সূর্য্যনা রাধা বিশাখাগা মিলন ওই উবদি উদে ॥

সূর্য্যগী রশ্মি চন্দ্রগী চন্দ্রিকা তারাগী তারাত্ব গোরশ্মি গোপ কৃষ্ণ গোপী তারা ॥ কৃষ্ণ রবিবু রাসগী মরাক্তদা অহুগা গোপী তাবা বুনা মণ্ডলি মওংদা লেমই ॥ পূর্ণিমা নুমিৎতা চন্দ্রগী রবিগা ওন্নতৈনবা মাইকৈদা লৈবে ॥ কবিনা চন্দ্রাবলী কৌবী অমসুং লৈহল্লে ॥ অমাবৈস্যাগী অহিংদা চন্দ্রগা সূর্য্যগা মিলন ওই হায়বদি কৃষ্ণনা লোয়া চন্দ্র বলী কুঞ্জদা শায়রুই হায়না পণ্ডিতশিংনা পল্লি ॥ রাধাসি বৃষভানুগী মচানুপনী বৃষভানু হায়বাদ বৃষ রাশিদ লৈবা ভানু রশ্মি হায়বনি ॥ রাধাগী স্বামিগী মামং 'আয়ণ'' উত্তরায়ন কলম্নুন্য নপুং শক ওই আয়নসু নপুং শকনি ॥ অসিগুম্লবা পৌরানি যুগকী জোতিষ তত্ববু অমুম অমুম কাওনরকুনা যৌজিক মাগী মাগী মমিংবু খাঙ্গেশেংবা রূপ (রূপকতাবু) অচুম্বমক ওইনা লোখ্রে ॥ রূপসিং অসিদা আশ্রয় তৌদুনা রাধাকৃষ্ণগী উপখ্যান পোকখ্রে ॥ পরবর্ত্তি কালে রাধাগী সখীগন অনুরাধা (ললিতা) জেষ্ঠা চিত্রাভদ্রা অসিনাচিংবাসং নক্ষত্র অদুগা ॥ রাধা অমসুং সখীশিংদা নত্তনা কৃষ্ণগী পরিবারদসু নক্ষত্রগী মিং লোই ॥ মাদুদি বাসুদেব পত্নি রোহিনী, বলদেব পত্নি রেবতী, কৃষ্ণ ভগ্নি চিত্রা (সুভদ্রা) অমুম তোনা পৌরানিক যুগতা রাধা কৃষ্ণগী লীলাগী মক ওইবা জোতিষ (চক্রগী) তত্বগী প্রভাব লৈরমহ হায়বসি ওইব য়াবা বানি ॥ রাধাগী অতোপ্পা মিং তারা খংনৈ ॥

শ্রীরূপ গোস্বামীগী রচনা অমদা (দনুজদমন) শ্রীকৃষ্ণের বক্ষরূপ আকাশ যে রাধানা মোত্রকটি জগদ পূর্ব্বা চারু তারা মাগী জয় ওইসনু শ্রীরাধাগী ॥ বৈশাখ পুর্নিমাদা রাধা বিশাখ্যগা লোয়ননা

পুর্নিমাগী অবির্ভাব॥ পক্ষ লোইছনা কৃষ্ণ মিলনগীদমক দেবী পৌর্নিমাসিগা লোইননা রাধিকাগী আবির্ভাব॥ অমসুং রাধাগী মকমদ সুর্য্য উপাসনান চিংবা শ্রীরূপ গোস্বামীগী রচনা অতৈ অতৈ য়াম্না লৈরি॥

## বিবিধ পুরাণ্দা "রাধা"

শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলাবু খ্বায়দগী থোইবা মধুর ভাব বর্ন্ন তৌই॥ গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা রাধা তত্ত্ব কৃষ্ণতত্ত্ব রসতত্ত্ববু অথোয়বনি হায়না লৌই॥ অদুবু ভাগবত পুরানদাদ রাধাবু শেংনা পন্দে॥ গৌড়ীয় গোস্বামীশিংনা রাধাগী মহ মাবু নির্ণথনা কোংদোকই॥ ভাগবত দশম স্কন্দগী কনাগুম্বা প্রিয়তমা গোপী অমগা লোয়ননা মাংথ্রে॥ কৃষ্ণ কাইনবদা রাববী গোপীশিংনা বৃন্দাবনগী বন বনদা থিরকপদা॥ শ্রীকৃষ্ণগী ধ্বজবজ্রাঙ্কুশাদি ওইরবা পদ চিহ্নগা লোইননা অতোপ্পা ব্রজ বধু অমগী পদ চিহ্নগা উবে॥ অদুগুম্বা পরম সোভাগ্যবতি অসাবু অনয়া রাধিত॥ মাবু অনয়া রাধিত হায়বদি শ্রীকৃষ্ণবু অরাধিত ওইবদগী গোবিন্দসি ঐখোয়বু গোপীসিং পুম্ববু থাদোকলমলগা নিভৃত অচিকপা মকমদা পুখোকখ্রে॥ রাধা কৌবগী রাধয়তি আরাধয়তি রাধেতি নাম করন চদশিওং॥ রাধ ধাতুসি পরি চরন সেবন তৌবা হায়বা অর্থ ওই মওং অমসুং ইঙ্গতগী থংনবা রাধা নামসি থোকলে॥

## ( হরি বংশস পুরাণ )

শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগ শারবা রাস লীলা শয়লপনা পল্লি॥ "পদ্ম পুরাণ" রাধাষ্টমী ব্রজগী মহত্যমদা ময়ম উৎলি॥ প্রেম

বিকারগী থোইবোক্লা উৎলমদে ॥ রাধ ষ্টমী ব্রত তৌরবদি গোহত্যা ব্রাহ্মণহত্যা স্ত্রীহরণ অসিগুমলবা জাতির পাপ কোকই পুম্যা কংই হাই ॥ রাধিকা শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয়া অদ্যা প্রকৃতি রাধিকা কৃষ্ণ বল্লভা দুর্গ যচিংবী ত্রিগুনাত্মিকা দবীগন রাধাগী কলাদগী থোকপনী শ্রীরাধিকাগী পদরজ স্পর্শ তৌবগী কেটি বিষ্ণু জমগ্রহন ওই ॥ লালিতানচিংবী সখীশিং প্রকৃতি অংশনি রাধিকানা প্রকৃতি পরবত্তী অধ্যায়দা নোংমা নারদ মুনিনা বৃন্দাবনদা বাল কৃষ্ণবু হেক উবদা সাক্ষাৎ ভগবান অবতারনি খংই ॥ অহুনাদ কনাগুম্বা গোপগৃহদা লাক্ষ্মী দেবী অমা অবতীর্ন পোকপা ওহয়মলগান খংই ॥ অনুম খিরকপদা ভানু কৌবী সুলক্ষনা কন্যা উবদগী খংবা ওমই মহাক শ্রীকৃষ্ণ বল্লভা লক্ষ্মি মহেশ্বরী মুল প্রকৃতি অদ্যা শক্তি রমা ॥ অহুগুমবা শ্রীরাধিকা প্রধান রূপা ভগবতীনি পুম্নমক্কী ধারনা পার রূপা ওইরিবী শ্রীবৃন্দাবনেশ্বরী রাধা এং রাধা পুরুষ প্রাকৃতি ॥

নারদগী মকমদা শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী পরিচয় পিখি ॥ নিজে কে, পুং রূপা রাধা দেখনি হায়ছুন ॥ পদ্ম পুরান্দা হায়বদগী খংলে মাহাদি রাধাগী আদিম রূপ ওইবা কারণগুম্বা পরিচয় অমতা লৈতে ॥ শ্রীরাধাগী পরিচয়দি প্রেমলীলাগীদমকনি মাসিদা চিংনবা লৈতে ॥

## য়েংশিনবিয়ু

১। নারদ পঞ্চ রাত্র ॥ রাধা শব্দের তাৎপার্য্য সম্বন্ধ

২। ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরান ॥ রা শব্দচ্চারন দ্ব ভক্ত, ভক্তিং মুক্তিঞ্চ, রতি. সঃ ॥ রা শব্দ উচ্চারন তৌবনা ভক্ত ওই অমমুং

ভক্ত ওই ১সুং মুক্তি কংই ' ধা শব্দ'চ্চারনে চৈব মৈবা ধাবত্যেব হরে পদম, ) ধা শব্দউচ্চ'রন তৌবনা শ্রীহরিগীপদে ধাবিত ওই ॥ পুরান শিংদগী খংলে মাহুদি প্রেমোপ্যাখন সম্ভুতা গোপী রাধিকাবু ভারতবর্ষগী সর্ব্ব স্বরূপ শক্তি মুর্ত্তি মৈনরগা এক অমত্ত ওইবা সমাজ শক্তি পুবরুবা ধর্ম্মনা ওইনবতনি ॥

শ্রীজীব গোষামীগী ব্রহ্ম সংহিতাগী টীকা অমদা রাধায়া মাধব দেবো মাধবেনৈর রাধিকা ॥ রাধা কৃষ্ণ, বিষ্ণুলক্ষ্মী. ব্রহ্মা স্বরস্বতী, শিবগৌড়ী, সবঅভেদ খেন্নদে হাইনা বর্নন তৌই ॥

শ্রীজীবগোষামী ১সুং কৃষ্ণদাস কবিরাজন'বৃহৎ গৌওমীয়তন্ত্রদগী রাধাগী মরিদা শ্লোক অমা উদ্ধাব তৌই ॥ দেবী কৃষ্ণম'য় প্রোক্তা রাধিকাজ দেবতা ॥ সর্ব্বলক্ষ্মীময়ি সর্ব্ব কা ন্ত সম্মো হীনী পরা ॥ প্রেম সাহিত্যগী মৈনবদা শ্রীবৃষ্ণগী গোপীলীলগী প্রশঙ্গদা শ্রীকৃষ্ণ খোইদোক্লা চান্নবা হেনবী গোপী শ্রীমতি রাধাগা প্রেম লীলা শান্নে ॥ পুরানগী মোত্ত রাধাগী পিত বৃষভানু গোপ ১সুং মাতাগী মিংনো কলাবতী ( কীর্ত্তিদা ) অমা চাণ্ডিদাসগী কীর্ত্তনগী মহুংদা তেকারনে-- পদ্মা উংরে" উপজিলা সাগরের ঘোরে ॥ মকম অসিদা উবা ফংলে মাহুদি পতুনা ( পদ্মা ) রাধাগী মামা অতুগা সাগরনা ওইরে মপ ॥ শ্রীকৃষ্ণ কীর্ত্তন অয়াম্বদা রাধাগী মশাগী মিংবু পতুমীনি হায়বদি পদ্মিনী ॥ অতুগা রাধবু কমলা হাইদো ॥ নারদ পঞ্চ রাত্রগী বিবরন্দা যোগীন্দ্র গুরু সঙ্করাচার্য্যগী জ্ঞানামৃত তত্ত্ব কংহুনা ব্রহ্মাগীমচা নারদনা পঞ্চ রাত্র প্রকাশ তৌই ॥ ১। পরম তত্ত্ব জ্ঞান ২। মুক্তি প্রদজ্ঞান ৩ ভক্তি প্রদজ্ঞান ৪। সিদ্ধ প্রদজ্ঞান যোগমস্তুত ৫। বৈশেশিক তামশিক

জ্ঞান মন্ড' অসিনি ॥ ভ'ক্ত সম্পদ ওইবা ভক্তগী অমত ঙাইবদি হরি ভজি প্রেমজ্ঞান অসিত্তনি ॥

( ষড় 'বিধ ভজন )

স্মরন, কীর্ত্তন, বন্দন, চরনসেবন, পুজন, আ'ত্মানিবেদন, ॥ গৌড়ীয় বৈষ্ণবা'চার্য্য গমন্'না নানাবিধ ভক্তিনি শ্রবন ১ কীর্ত্তন ২ স্মরন ৩ পাদ সবন ৪ অর্চ্চন ৫ বন্দন ৬ দাস্য ৭ সখ্য ৮ আত্মানিবেদন ৯ ( শ্রীকৃষ্ণতত্ত্ব' ) গোলোকনা শ্রীকৃষ্ণগী পিতাধা'মনি শ্রীকৃষ্ণগী ভজনধ্যান নাম কীর্ত্তন প্রসাদ সেবন পাদ লোক আ'সনা চিংবনা খ্বাইদগী অথোই- বনি শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবগা গে'লোক ধা'ম কংই ॥ ব্রহ্মাণ্ড অসি শ্রীকৃষ্ণ ময়নি নির্গুণ পরমাত্মাসদ্ধপনি গাকুন্দা শান্নখিবা বৃন্দাবন্দা শান্নখিবা লীলা মথং মথং বস্ত্রহরন লীলা গোবর্দ্ধন ধারন লীলা কালিয়দমনলীলা শ্রীকৃষ্ণের রথোরোহন মথুরা গমনলীলা অসিনচিংবা ভক্তগী অমতা ঙাইরবা ভ'ক্তগী মার্গ অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী রস আস্বাদন তৌননা'ইদমক হরি কৃষ্ণ নাম সঙ্কীর্ত্তণ ॥

( মুক্তি জ্ঞা'নতত্ত্ব ) ভক্ত নি'না হরি সেবাগী ভক্তি অদুতা তানশিন্দুনা তানশিনবা তৌই ॥ মথোক্তগী ঙাইববু হরিদা ঐকান্তিক ভক্তিদাসত্ত্ব উৎচবনা অথোইবনি ম খাই অতোপ্প' অপাম্বা অমতা লৈতে কর্ম্ম পুন্যগী ফল অমু ভগবান্দা' সমর্প'ন তৌই কংখোকচৈ ॥

( যোগ জ্ঞা'ন ) জ্ঞা'নামৃত সাবদা যো'গজ্ঞানগী সপ্তদশ ( ১৭ ) সিদ্ধি ১ অ'নমা ২ লা'ঘিমা ৩ প্যাপ্তি ৪ প্রাকা'ম্য ৫ মহিমা ৬ ঈশিত্ব ৭ বিশিত্ব ৮ কা'মাব সা'রিত ৯ দুরশ্রবন ১০ ইষ্টার্থ সাধন ১১ সৃষ্টিপত্তন ১২ মনোযায়িত্ত ১৩ পরকায়প্রবেশন ৪ প্রানদান ১৫ প্রানপহরন ১৬ কায়ব্যুহ ১৭ বাব সিদ্ধ ॥

( ষটচক্র ) ১ । মূলাধার ২ । স্বাধিষ্ঠান ৩ । মণিপুর ৪ । অনাহত ৫ । বিশুদ্ধ ৬ । আজ্ঞা ॥ যোগিনা কুণ্ডলিনী শক্তিওইবা নির্গুণ হাইবা জ্যোতি স্বরূপ সনাতনবু ধ্যান তৌই ॥ তৌইগুম্বসু ভক্তশিংনা অচুম্বা তেজনা মন্নুংদা লৈবা নিত্য শরীর শ্রীকৃষ্ণগী সাক্ষাৎ মুর্ত্তিবু কংবা ঙমই ॥ ইবুঙোগী সেবাদা আনন্দ কংবা ঙমই গুরু কৃষ্ণ ভক্তগী মহামূল্য জ্ঞান কংজবা ঙমই ॥

( গুরুতত্ত্ব ) কৃষ্ণভক্তিরূপ ধারন তৌদ্রনা জ্ঞানগী থাংমৈ থান্দুনা অজ্ঞান অন্ধ কারবু কোকহন্দি ধর্ম্মিক ওইবা শিষ্যনা গুরুবু শ্রীকৃষ্ণ মকী মাম্রনা লৌই গুরুচুদি মতিক চাবা ওবা তাই জ্ঞান বল হীন অসিদ্ধ ১সুং অসৎ গুরুনন্দ করম্না উদ্ধার তৌগনি ॥ ঐরোই মীওচ-বগী থম্মোইগী ( চেতন ) গী থুপপ্রবা মফমদা থুংচদগী অহেনবা প্রেমরস খংননবগী শক্তি অমা লোত্তুনা লৈ ॥ মাদু করি পোৎশকনৌ হায়না নৈনবদা ১ তত্ত্বগী থোংদা অমা ২ । কাব্য উপখ্যানদা অমা শ্রীগুরুগী মশক কৌবমু শ্রীবৈষ্ণবকী মশক কৌবসু শ্রীরাধানে ॥ মাদুদি করম্না বৈষ্ণবওইবা করম্না গুরু ওইবা করম বাধা হাইবদি ॥ শ্রী রাধাগী মুখপদ্মনা শ্রীগুরুতা শ্রীরাধা অক্ষর ম,ত স্ফুর্চারিত কৃষ্ণ খেদ আসি অনুতাপ রাগ অসিনা বৈষ্ণবনি ॥

রাধা মুদুল অতি শিতল ওইবা রাধাগী মম্না সাধুগী মশকনে কৃষ্ণ প্রান মচানা শ্রীরাধাগী পঞ্চ প্রায়ে ॥ প্রানকৌবদি কিঙ্কিণ্ঠদ তাদি বিংশতি ভাবতি চৌষাট্ট রসনে ॥

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী রাদি ভক্তি ধর্ম্মনি প্রেমলীলানী সাধন ভাবতা ভক্তি ধর্ম্মবু অবলম্বন তৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম কাওননবা ংহৎনবতনি

নায়িকা ভাবতা॥ প্রেম হাইবসি কয়া লুনা লৈবগে হাইবগী মরম মীওইবগী হকচাদ ১। অহানবদা তু ২। শুবদা উনশা, ৩। শুবদা ঈ ভোংমাংস. ৪। শুবদা, শরুদা মর্জ্জা ৫। শুক্র ৬। প্রাণি ৭। আত্মা রাম ৮। পুষ্প ৯। কলি ১০ ভাব ১১। চিত্ত ১২ প্রেম॥ পুকনিংদগী ভাবতগী রসদগী প্রেম, মরু রায়া লুনা লৈ মাবু থুনা কংবা ওয়াংগী উপায়দি শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনন ওমই প্রেম হাইবসি বক্ষ স্থান্দা লৈ মাসিবু বৈষ্ণবশিংনা তত্ত্ব কৌই ঐখোইগী দেশ ভারতবর্ষদি শক্তি বাদনি। সমপ্রদায় তোঙান তেংওাম্না থাজনবা লৈ। শক্তি কল্পনা লৈ সাধারন ভাবতা বিষ্ণু, শক্তি, লক্ষ্মী, রাম সীতা, রাধা কৃষ্ণ, শিব দুর্গা অতুনা লাই দেবতাশং অসিগী লোইনদবা রাস্ত্রবা শক্তিগী মরুংগী তত্ত্ব লৈবদগী প'ত্নি কল্পনা লৈরিবনি॥ হাইরিবা পত্নিশিং অসি পোৎ-শক্তিশু হাইবা য়াই প'ত্নি হাইরুবগী মরুদি প্রকৃতিগী কলা সরূপ আদ্যা শক্তিনি॥ হাইবদি কাত্তিকের পত্নি স্বষ্টি বহ্নি পত্নি স্বাহা, পিতৃগনে রপত্নি স্বাধা বায়ুর পত্নি স্বস্তি আনন্ত দেবগী পত্নি তুষ্টি গনেশের পত্নি পুষ্টি যজ্ঞেব পাত্নি দক্ষিনা, যমের পাত্নি ক্ষামা মদনের পাত্নি রতি, সত্যের পাত্নি উক্তি, অধর্ম্মের পত্নি মিথ্যা, ধর্ম্মেবপাত্নিমিথ্যা, ধর্ম্মের পাত্নি মুর্ত্তি, বৈরাগ্য পাত্নি শ্রর্দ্ধা, ১সুং ভক্তি. থাগী পত্নী রোহিনী, সুর্য্যগী পত্নী সংজ্ঞা অসুম্না কলা স্বরূপ অসিবু পত্নি .কানবতনি মরুংগী ভাবতা পুরুষ প্রকৃতি শিবশক্তি, গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা বাধা কৃষ্ণ, কৃষ্ণ রাধা॥ কলপনা তোকবনি ভারত আদিম জাতি আর্য্যশিংনা শক্তি পূজা তৌহনা লাকই শৈব, শাক্ত. তন্ত্রদা শিব, =প্রান ১সুং অগ্নি= শক্তি অমরুযি সোম মায়ায় প্রকৃতি খং.রে। অহুগা মন্নাবু মহেশ্বর খংনরে পর বাত্তি কালদা তন্ত্র পূরান্দা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরুংদা শক্তি

দেবীসি, ( পঞ্চরাত্রের্বর্নিত শক্তি তত্ত্ব ) ( বাসুদেবতত্ত্ব ) শ্রী, হাইবদি লক্ষ্মী, মরুওইনা আরাধনা পুজা তৌনরমই ।। লক্ষ্মীগী বর্নন হিরন্য বর্ন হরিত কান্তি হরিনী রূপধা রিনী চন্দ্রবৎ প্রকাশ মন হিরময়ী ।। লক্ষ্মীবু আবাহন তৌরমই হৌজিক কাওবদা হিন্দুশিংগী য়ুম য়ুমথুদিংদা লক্ষ্মীপুজা তৌবা তোক্লচ্রি ।। বিষ্ণু শক্তি লক্ষ্মী ১মুং বিষ্ণুপ্রিয়া কংই বিষ্ণুশক্তি শ্রী, লক্ষ্মী অমুম্না পঞ্চ রা এদা শক্তি তত্ত্বগী আলচনা তৌই ।।

( কাশ্মির শৈবদর্শন মোতে )

পরম শিববু পরমতত্ত্ব পরম আত্মা সমাহিত ।। শক্তি সিবদি শক্তি মাননি মহাকী ইচ্ছামতে মানা য়েংবা মরুদা বিশ্ব অসি সৃষ্টী তৌরিবনি ।। মৈগী চাকনবগি শক্তি অদুগা মৈগা তোঙায়দে অদুগুম্না শিবগা শক্তিগসু তোঙানবা লৈ-ত শক্তি অদুমকনা শিবগী দেহ কুপ্তওইদুনা লৈ শক্তিবু শিব সুখরম হায়বদি শিবগী সুখরূপিনা ১মুং ভাবি চরা চর বীজরূপিনী ।।

( শরুপ বি-র্ষ নির্মলা দর্শ )

শিবগী ইচ্ছা অমদি কামপুরন তৌরবনি হায়দুনা শক্তিবু কৌরে বিমর্শ রূপিনী কামেশ্বরী ব্রহ্মগুণীর্ত্তনি পরমেশ্বরী কৌই ।। জ্ঞান রূপিনী ক্রিয়ারূপিনী আনন্দ রূপিনী ।। সৃষ্টীগী মুলদি আনন্দনি নারী পুরুষ মিলনে দ্বারা কিচছু সৃষ্টী দেখি ।। এইমিলন বাহ্য প্রক্রিয়া মাএ শিব নামগী আনন্দ হাইবসিনা নিমিত্ত কারন উপদান কারন আনন্দ শক্তিসি শিবগী শ্বরূপ শক্তিনি ।। হাইরিবা আনন্দ ময়ী শক্তি অসিদি মায়াগী মথক্তা লৈপ্রবা মহামায়া শক্তি অদুবুনি ।। মায়া শক্তি প্রাকৃত শক্তিদি আনন্দ ময়ী নত্তে ।। প্রমান শোলক ।। প্রসরচ্ছক্তি কল্লোলরূপ লহরি কেলয়ে ।। শক্তিনা কল্লোলগী মরাইদা তোংলগা

জগৎ লহৱিদা তাওহুনা পরমেশ্বরগী লীলা শাগৈ ॥
ধর্ম্মগী ইতিহাসতা দর্শনিক তত্ব জনসাধারনগী ( লৌকিক ) সমাজ সংস্কার বিশ্বাস আচার বিচার প্রথা পদ্ধতি অসিগা লোইননা মথল মথলগী আম্ব প্রকাশ তৌই ॥

দর্শনিক দৃষ্টিদা শক্তিগা শক্তি মানগা খেন্নন৷ উদে হাইবদি বিষ্ণুগা লাক্ষ্মীগা অভিন্ন খেন্নবে শক্তি অতমক শক্তিমান বিষ্ণু অহুমকনি ॥
লৌকিক দৃষ্টিদাবা, বিষ্ণুগা লক্ষ্মীগবু স্বামীস্ত্রি ওইনা লৌই হাইবদি ১সুং শক্তি মান স্বামী ১সুং স্ত্রী অহুনা দেবাদি দেব লাইমন্নাম অসি বিষ্ণুগী লক্ষ্মী পত্নি ॥

অহুগা অহুক নারদ পুরান কূর্ম্ম পুরানদনঃ লক্ষ্মী সরশ্বতী অসি শিব দুর্গাগী মচা নুপীনি হাইনা বর্নন তৌই ॥

মুর্ত্তি কল্পনা গজলক্ষ্মীবু সমক্রেগী মচুংদ৷ নিংখিনা শাংলবা থম্বালগী মখক্তা লেপ্না মাইকৈ অনিদা শামু অমোম জনিনা স্বর্ন কুম্ভগী ঈশিং-দা স্নান তৌজবা ( লক্ষ্মীবু ) জীবের রূপীনি মহা লক্ষ্মী সর্গে লক্ষ্মী, রাজ ভবনে রাজ লক্ষ্মী, মর্তে গৃহ লক্ষ্মী সর্ব্বপ্রানী ১সুং জবের শোভা স্বরূপ, নৃপতী গনের প্রভা স্বরূপ সর্বেশ্বর হরি প্রদীপ ( থাওমৈ )

লক্ষ্মী জোৎস্না ( মঙান ) গোবিন্দ রাগ লক্ষ্মী, রতি, সম্নঃ হাইরবদা মীওইবগী জীব ঐখোইগী ভাবতা ভগবান শ্রীহরিবুনা পুরুষ লক্ষ্মীনাস্ত্রী বিষ্ণু শক্তি শরুক অহুম হ্লাদিনী সন্ধীনী সংবীত বিষ্ণু পুরান্দা 'বিষ্ণুগী পরাশক্তিবু মুল প্রকৃতি কৌই ॥ ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরান্দা প্রকৃতি খণ্ডগী ১ বা অধ্যায়দা হাইরি প্র শব্দ নাপ্রকৃষ্ট বাচক, কৃতি শব্দনা সৃষ্টী বাচক ( ত্রিগুনা ত্মিকা প্রকৃতি ) শ্রুতিদা প্র শব্দ সত্বগুনা বাচক কৃ শব্দ

রজগুন বাচক তি শব্দ তমগুন বাচক ত্রিগুনা সরূপ ওই ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব, সৃষ্টি কাযাশীদমক মথ্যা শক্তি স্বরূপ ওইরবা মূল প্রকৃতি অসিবু রূপ ৫ মতা থোকহল্লে। ১ দুর্গা ২ লক্ষ্মী ৩। সরস্বতি ৪ সাবিত্রি ৫। রাধা ॥ প্রকৃতি শক্তিনি বিষ্ণুনি নিজেরে ভিতরে নিজ বিরাজ মান ॥

কেবলানু ভগানন্দ সরূপ্তা শীতাদা হাইরি প্রকৃতি অসি ভগবানগী মায়ানি মায়াসে ভগবান বিষ্ণুগী প্রাকৃত শক্তিনি ॥ মায়াগা প্রকৃতিগা অমত ওইনা উবা পোবা ম দে মরাবু বিশ্ব ভুবনব্যা পিনী ভ্রম শাক্ত॥ বৈষ্ণবশিংনা মাথাবু ভ্রব হাইদুনা বিলাস বিভ্রম লীলা মর ভগবানা বিলাসগীদমক মায়া ॥ তত্ত্বদৃষ্টী কংলবা মীনদি উগনি পোংশক ১সুং মসুং পোংগুনা গুনা রাওরি পুরান্দা বিষ্ণুদা পৃথিবীনা হংই হে, বিষ্ণুবা, নহাক্কী মায়াসি ঐ মূন্না থংনিংই ॥ বিষ্ণুনা খুমই ঐগী মায়া সিদ কনানশু থবা ভমদে ॥ এপৃথিবী নোংমংলগা তারে আকাশদা মংদুনা লৈরুবা তু দ ॥ অহুদগী পৃথিবীদা তাদুনা পুমচোৎ চোৎলে অমুক দেশ অহুদা ঈশিং অমুক হেক্তা মকংহ মাসিনি ঐগী মায়া ॥ অমুক থানা থর থর চাওখংলি পক্ষ অমদা অহুগা অমুক পক্ষ অমদা অসুম অসুম পিকথখিদুনা অমাবৈশ্যাদা মশকউদে মাসিনী ঐগী মায়াগী তত্ত্ব ভগবানগী অসি গুমবা অচিন্ত্য। অনন্ত মথা শক্তি থোক্লগদবা থৌ.দাক্তো হায়না খংবা ভমদে ভমখৈ লৈতে থোকলবা ভুংদা উরবদা খংলক্লে মাগী লীলা বৈচিত্র ॥ ভগবানগী বিচিত্র লীলা বিশ্বলীলা অসি মাগী মায়া শক্তিদননি মায়া শক্তিদগী মুক্তি ফংননবগী উপায় হাইববু ভগবৎ স্মরন ১সুং ( কলিগী ) হরি নাম সঙ্কীর্ত্তন নত্তন, অতৈ উপায় লৈতে সংসার সমুদ্রদা অমম্বা রাখন্দা তাওদুনা বুদ্ধি মাংদুনা ওই-

মথগী ওমহুৎভুবা লেপ্লিবসি মন্না শক্তিননি ॥ ভগবানগী আত্মভুতাবু পরাশক্তি অমু বিদ্যা মায়া শক্তি, অমুবুনা অপরা শক্তি অবিদ্যা, (লোক বিমহিত) লোক বিমোহিনী অবিদ্যা পরা শক্তি, বিদ্যা অমুনা মরম ওইহুনা মায়া শক্তিবু মাংহল্লি ॥

( মখাদা সহজিয়া ধর্ম্মগী খরদং )

সহজিয়া শিংনা রাধা ভাব লৌবা হায়বাস নায়িকা ভজল্লি. ॥ নায়িকা ভজনগী তাৎপার্য্যদি রাধা ভজন হাইবনি ॥ পরস্পরে নায়ক নায়িকা অনঙ্গ রতি ॥ শুক্ত সিদ্ধ ভাবেহয় ব্রজেতে বসতি ॥ (রতিবিলাস) রতির স্বরূপ শ্রীরাধিকা সুন্দরী ॥ কমর চিত্ত আকর্ষন রূপেরলহরি ॥ রাগময়ি কনা ॥ সাধক ওইবা হাইবত্ত ভারবদি মপুংগী নায়ক নায়িকাগী ভাবঅমু মপানদা পানসিন্দুনা নায়ক নায়ক.গী ভাবতা রাধা কৃষ্ণগী স্বরূপ থমোইদা মথক লৌশিনগনি (উপলব্ধি) মাসি তৌনবসি অহানবদা ওইথোক্কে মাড ওইবা ওমমবগী উপায়দি আরোপ সাধন মাসিনি অর্থদি ঐখোইনা উরিবা লৌরিবা রূপ অমুগী মপুংদা স্বরূপকী মপুং কাবা স্বরূপ পুকনিংদা চিংশিনবা লাকশিনবা ওমত্রি মথৈদি সরূপ রূপকী মপুংদা আরোব ভৌগনি আরব হাইর্বদ নায়ক নায়িকা অমুনা মশা মশাগী শমপুর্ন রূপ অমুদা রাধা কৃষ্ণগী উপলব্ধি ভৌবা অমু থমোইদা লৌশিনবদ ওমত্রিকাওবা নায়ক নায়িকা অমনা অমনা অমগী মপুংদা রাধা কৃষ্ণগী ভাব থমর্থুনা সাধন তৌগনি আরোব ভৌহুনা সাধন ভৌগনি ॥ চণ্ডিদাসনা মাগী রাগাত্মিকা ভাবতা হাইবা ॥ সরি জপ তপ সাধহ আরোব একতা করেমনে প্রাপ্তি হবেমদন মোহন ॥ সরূপ রূপেতে একত্র করিয়া মিশাল কিরিয়া থুবে সেইসে রতিতে একান্ত করিবে তবেসে শ্রীমতী পাবে ॥

আধোপিয়া রূপ হয়বা, স্বরূপ কভুনা বাসিও ভিন্ন, আরোপে স্বরূপে ভিন্ন ভেনারিলে পাইবে শ্রীমতি রাধা ॥

স্বরূপ আরোব এই রস কুপ সকল সাধন পার স্বরূপ বুঝিয়া সাধন করিলে সাধক হইতে পারে ॥

রূপকা স্বরূপকা থেম্বা অচুবুলাপনা থমচুনা আরোবকী মনুংদা স্বরূপতবু ভজন তৌবা ওমজ্রবদি রাধা প্রাপ্তি সন্তোক ওইদে ॥ মারিকাবু রাধানি হাইনা লৌবা ১সুং মনুংদা স্বরূপ ওপলব্ধি তৌবা হাইবসি ইরাই লাইবা অমা নত্তে ॥

রাধিকানা প্রেমগী আশ্রয় অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা ওপগী প্রেমগী বিষয় ॥ শ্রীগৌরাঙ্গ অবতার অসিগী প্রয়োজন রহস্য অহুমনি ॥ হাইবদি কৃষ্ণগা রাধা গা লীলারস আস্বাদন তৌবদা শ্রীকৃষ্ণগী লোপ অহুম রাংহোয়ে ॥ মন্দক গৌর অ'গারদা উৎলিবা অসিনী লোপ অমা ১। রাধিকানা প্রেমগী অ শ্রয়নি হাইবা সিদা মাতুগী মাকুংদা কারি মাহিমা লৈবগে হাইবগী খংনিংবা অমুভব তৌবদগী গৌর অবতারদা বিষয় আশ্রয় অনিমক পুলপনা প্রেমগী মহিমা অস্বাদন তৌনবনি ॥ ২। অমনা অমুক শ্রীকৃষ্ণন প্রেমগী বিষয়নি হাইরে মাতুগী মকুংদা লৈরিবা অদ্ভুত মধুরিমা বিষয় ওইরিবা মশানা আস্বাদ তৌবা ওমদে ॥ অশ্রয়না মরম ওইদুনা প্রেম বিষয়গী মাধুর্য্য অদু কোওদোকরকই। ধ বিকাগী প্রেম অদু তনা কৃষ্ণগী সৌন্দর্য্য অদু চাওখৎলিবনি অদুনা রাধা রূপ লৌত্রবশ্রীকৃষ্ণনা মাগী মশাগী মকুংদা লৈরিবা অনন্ত মাধুর্য্যবু মশানা আস্বাদ তৌবা মাহু খংনা মাশাগী মাধুর্য্য মশামা আস্বাদ তৌনবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাগী ভাবকান্তি লৌদুনা গৌর অবতার তৌবনি ॥

৩ অমন শ্রীকৃষ্ণ রাধিকা মিলনদা রাধাগী সর্ব্বাতিশায়ি সুখ অমু কবম তৌরিগবা খংনিংবগী গৌরাঙ্গনা রাধাগী অঙ্গ কান্তি লৌদুনা সুখ অমু আস্বাদ তৌমাবা ॥ মাইরিবা মিলন অসিদা ওইবা চুংশাইবা মপুংফাই অমু অহংবা মীওইবদা কনাগুম্বদ ওইখোক্কে ॥ রাধিকাগী মসমদা নওনদি কৃষ্ণগী মকমদা রাধিকাগী কাম লৈবনা রাধিকাবু কামেশ্বরী তৌই গুম্বসু অধি কাদমহা ভাব রূপ ওইবি রাধিকাগী মফম দদি প্রাকৃত কাম লেশমাত্র সু লৈ লৈতে, অপ্রাকৃত কামনি বিশুদ্ধ নির্মল প্রেমনী ॥ কবিরাজ গোস্বামীনা হায়বা ( প্রেম কাম খেংক মাগা প্রমান তৌই ॥ কাম হাইবসিনা আত্মোন্দ্রিয় প্রীত ইচ্ছানি প্রেম কৃষ্ণেন্দ্রিয় প্রীতি ইচ্ছা অমনা অমগী মশকনি ১সুং অতে পানা প্রেম অরংবনি অহানবনি ॥ রাধাগী প্রেমদি কৃষ্ণ সুখৈক তাৎপর্য্য গোপী প্রেমদি কাম গন্ধ হীননি ॥ অতএব গোপীগনে নাহি কামগন্ধা। কৃষ্ণ সুখলাগী মাত্র কৃষ্ণসে সম্বন্ধ ॥ আত্মসুখ দুঃখগোপীর নাহিক বিচার ॥ কৃষ্ণসুখ হেতু চেষ্টা মনো ব্যবহার ॥ কৃষ্ণলাগী আরসবপায় ত্যাগ ॥

কৃষ্ণ সুখহেতু করেশুদ্ধ অনুরাগ ॥ শ্রীরাধিকাগী অপ্রাকৃত অধ্যাত্ম মুর্ত্তিগী মহিমা অদু চৈতন্য যুগত মপুং ফানা ফোংদোকই ॥ ভক্তপ্রবর শিশির কুমার ঘোষ শ্রীকালাচান্দ গীতাদা অরাইবা লোনদা হায়খি ॥

আবার দেখিছি এই জগমাঝে,
যুগ্মরূপেতে মাত্রেত বিরাজে
পুরুষ প্রকৃত দেখি সব জীবে,
এই দুইভাব ভগবানে হবে,
ভজনিযমদি থাকে কোনজন

অবশ্য হইবে মানুষ মতন,
তার ছায়া মোরা যোগল সকল,
যারছায়া সেও হোইবে যোগল,

পৃথিবী বৃন্দাবনদা গোপ গোপী রূপতা রাধা কৃষ্ণনা গুপ্ত গুপ্তই রূপ্তা লীলা শান্নখি ॥ থাংগৈ শেংব অপাকৃত প্রেমরূপ ওইবা লুপ্তবা থুপপ্রবা রস অসিবু মীওইবগী মকমদা উৎকে ১সুং অনুভব তৌহনগে হাইবগীদময়কনি দেহ ধারি ওইখিবনি ॥

বৈষ্ণব সহজিয়াশিংগী ভাব—রাধাকৃষ্ণনা পরম রসতত্ত্ব আস্বাদন তৌননবগী বৃন্দাবনদা গোপ গোপী রূপতা লীলা শান্নবতা নঙ্গনা মীওইবগী নর নারি রূপ অসিদসু বিহার ওইছনা লীলা শান্নরিবনি ॥ (তন্ত্রগী মত)

তন্ত্রগী মত (হিন্দুগী বৌদ্ধগী) নিপা খুদিংগী স্বরূপ্তা শিব বিগ্রহনি ১সুং নুপিগীবা শক্তি বিগ্রহনী অদুগুম্ব নিপানা কৃষ্ণ বিগ্রহ নুপবুনা রাধা বিগ্রহ ওইরে ॥ অমুক তন্ত্রগী কল্পন, অমনা ধর্ম্ম নারী শ্বর তত্ত্ব হাইবদি জীবগী মহুংদা ঈশ্বরনা অর্ধ নারী শ্বর ওইনা বিরাজিত ওইছনা লৈরিবাসনী দেহগী য়েৎথংবা অজবা শিব (ঈশ্বর) ওইথংবনা শক্তি নারী ॥

বৈষ্ণব সহজীয়াশিংনা অমুক পুখোকইবনা (দক্ষিন) য়েৎথংবা মিৎত, কৃষ্ণ, ওইগী মিত্তা রাধাগী স্থান ওইহল্লি ॥ শ্যামকুণ্ড রাধা কুণ্ড হাইনসু বামে রাধা ডাহিনে কৃষ্ণ দেখি রসিকজন ॥ এই নেত্রে বিরাজ মান ॥ রাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ডহ ই নেত্রেহয় ॥ সজল নয়ন দ্বারে ভাবে প্রেম আস্বাদন মীওইবগী নিপা নুপিগী মহুংদা রাধা কৃষ্ণগী রসগী লীলাগা লৈরিবা মওং অসি নিংখিনা থংগে হাইরবদি স্বরূপ

১স্থ শ্রীরূপ লীলা অনিশিবু নিংখিনা খংনবা হোৎনবা তাই ॥ প্রাকৃত জগৎ অসিদা পুরুষ অমগী মপানগী রূপ লৈরে রূপ অদুগী মদুংদা লৈরিবহু আশ্রয় তৌনবা স্বরূপ অমা লৈ মাহু কৃষ্ণ স্বরূপ অদুগা নারী রূপ রূপ অদুগী মদুংদা লৈরিবহু রাধা স্বরূপ ॥ রূপকা স্বরূপকা অনিগী হোংদোক হোংজিন ওহোক ওনশিল তত্ত্ব অদুগী সাধনা তৌরগা খংবা তাই ॥ স্বরূপতি অমতনি অনিদা অমতা ওইবগী ভাব পুরুষ-নবগীদমক্তা মর নারী মিলনগী ভব লৌহনা প্রেমগী লীলা পুখোক্তুনা লাইনা রস আস্বাদন তৌনবনি ( সাধক ) সাধনশিংনা সাধন তৌবদা শ্রীরূপকী ভাবতা লৈরগা স্বরূপকী লেংদবা ভাব লৈহল্লি সনাবু মৈ ইকলগা ইকথোক থোক্তুনা মশাগী অশেংবা তরু তরুবা ভাব সমরস অদু ওইরকপা মাহুনি ব্রজগী মহাভাব স্বরূপ ॥

মৈর্ত্য হাইবনা প্রাকৃত অদুগা বৃন্দাবন হাংরগা অপাকৃত অনি অসিগী মদুংদা করি ভেদ লৈবা হাইবহু ভাব অদু সাধন তৌরগা মুৎথৎপা গুমনগী হাইবদি প্রাকৃত সাধনাদি তৌরগা অ পাকৃত রূপ অদুগী মদুংগী ভাবনা পুবকপা গুমই নিত্য বৃন্দাবনদা রাধাকৃষ্ণবু তত্ত্ব মূর্ত্তি অনি ওইরে বৈষ্ণব সহজিয়াশিংনা তত্ত্ব অনিসিবু পুরুষ প্রকৃতি তত্ত্ব ওইনা লৌই ॥ রস আস্বাদনদাগী হইলাহুই মর্ত্তি ॥ এই হেতু কৃষ্ণহয় পুরুষ প্রকৃতি ॥ প্রকৃতি নাহইলে কৃষ্ণ সেবাজন্যনয় ॥ এই হেতু প্রকৃতি ভাব করয়ে আশ্রয় ॥

অর্দ্ধ অঙ্গ হইতে অনি প্রকৃতি হইব ॥ অংশিনি রাধার নাম তাহার হাইব ॥ আপনী রসের মূর্ত্তি করিব ধারণ ॥ রস আস্বাদিব আমি করিয়া যতণ ॥

তন্ত্র পুরান, উপনিষদ, নচিংবাদা প্রভৃতি ধ্বনী উবা ফংই ॥ মাহুদি দেৱতা অমনা মশাগী রমনেচ্ছায় উৎনৰগীদমক রূপ অমি ধারন তৌবতনি ॥ ভারতকী ধর্ম্ম পুরমক্তা মঙুংগী দৃঢ বিশ্বাস অমি লৈবা ও'ক্তনি ॥ বৈষ্ণব সহজীয়াগী মোৎতা অখোহবা ইচেল ( এক ) অমদগী ইচেল অমি লোংখোকপতনি চেল্লিবা পোংশক অঙুমি ১ অমত্তনি। অতুনা নর নাভীগী প্রেমবু অমুক অপাকৃত ওইনা লৌতুনা প্রেম লীলা শান্নবনি ॥ নির্ম্মলতম ওইরবা শেংলবা চেল্লিবা প্রেমধারা অনিবু অমুক অমত্তা ওইনা লৌবা ওমলগা ব্রজগী যোগল প্রেমবু আস্বাদন তৌবা ফংই ॥

( চণ্ডিদাসগী প'দাবলী )

প্রেম সরোবরে ছুইটিধার আস্বাদণ করে রসিকরা ॥ ছুইধারা যখন একত্রে থাকে তখন রসিক যোগল দেখে ॥

অমুম্না সহজিয়ানশিংনা লৌই মাহুদি ধারা ইচেল অনিমিবু পুরুষ প্রকৃত্তি রাধাকৃষ্ণ অমুক রসরতি রসগী তাৎ পার্ষ্যদি হাইরগা আস্বাদণ তৌনবা রূপকী রস স্বরূপিনী অতুপা রত্তিনা রস অতুগী বিষনি ॥ হাইবদি অরাইব ভাব অমদা তানিংত্রবদি নিংথিনা তাব ফংত্রে ॥ য়েংনিংত্রবদি নিংথিনা উব ফংদে ॥ চানিংত্রবদি মহাও থংনা চাত্রে ॥ অতুনা নিংবা হাইবা বতি অহু লৈত্রবদি রস স্বরূপ অহু লৌবা উবা য়ারে নিংনবা অমদা কৃষ্ণনা রাধাবু কাম মদন কৌই কাম শব্দগী অর্থদি প্রেম হাইবনি প্রেম স্বরূপনী মাতুনা ( কাম ) প্রেমগী মইকৈদা আকর্ষণ তৌই চিংশিল্লি ॥ সাধনাগী ভাবতনা নায়ক নায়িকা হাইনা লৌয়ে ॥ নায়ক রস কাম ওইরে নায়িকানা মদন র'ত ওইরে অমতা ওইনা অমুক লৌতুনা রস রতি মত্রগা কাম

মদন ১সুং নায়ক নায়িকা হাইনা রূপ লৌদুনা নিত্য লীলা শিক'স তৌই ॥

সেইরূপে তে ধরে কুঞ্জেতে বিহার ॥ সেং কৃষ্ণ এই রাধা একই রাধা একই আকার ॥ রাধা হইতে নিরাকার রসের স্বরূপ অত এবহু ইরূপ হই একরূপ রতির স্বরূপ রাধিকা সুন্দরী কামেরচিত্ত অক্রেষয় রূপের লহরি ॥ হৌজিক্কি মথক্তা নৈনরিবা খরদং অসিনা খংবা হ.ইবগু ওইবা য়ারে ॥ কলি য়ুগতা লেদবা মরু ওইরগা তন্ত্রগী বিধান্না উপাসনা তৌগ ন হাইবা ॥ নান বস্ত্র f ধামেং কলাবপি তথা স্মৃতঃ ॥

( শ্রীভাগবতন' ফাওবা )

কৃষ্ণবর্নং, ত্বিষা কৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র পার্ষদং যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তনং প্রায়ৈ র্যজন্তি হি সুমেধস ॥

ধ্যেয়ং সদা পরিভব ঘ্নমভীষ্ট দেহং তীর্থ স্পদং শিব। বিরঞ্চি নুতং শরন্যং ॥ ভৃত্যার্ত্তিহং প্রনত পালভ বাব্ধি পোতং বন্দে মহা-পুরুষতে চরনারবিন্দং ॥

ত্যক্ত্বা সুদুস্ত্যজ সুরেপ্সিত রাজ্য লক্ষ্মীং ধর্ম্মিষ্ঠ আর্য বচসা য়দগাদরন্যাং ॥ মায়া মৃগং দয়িতায়েপ্সিত মন্বধাবৎ বন্দে মহা পুরুষ তেচরনারবিন্দং ॥

১। শ্রীকৃষ্ণ লীলা অপুম্বদগী মনুষ্য নরলীলানা অথোইবনি হাইথ্রে ॥

২। কৃষ্ণ রূপ অতৈদগী শ্যামরূপ অথোইবনি হাইথ্রে ॥

৩। কৃষ্ণগী লৈকম অধুম্বদগী বৃন্দাবনগুন অথোইবনি হাইথ্রে ॥

৪। কৃষ্ণগী বয়স অপুম্বদগী পৌগন্ধ কৈশোরনা অখোইবনি হাইনা লৌরে॥

৫। রস পুম্নমক্কী মক্তু'দগী মধুর রসনা অচেনবনি লৌরে॥

মসিদগী রাগ মার্গ নিত্য লীলা অষ্টকাল সেবা, অহরাত্রি. শ্রীভগবানগী উপাসনা চৌষষ্টিরসনা তৌবনা অখোইবনি হাইনা লৌরন শ্রীগুরুদেব ভাগ্যচন্দ্র মহারজনা শ্রীহরিবু মীরামখিরমতুনা যন্ত্রনাচংবাগী খেংজেন্না নংখিনা চলন মুদ্রা পুখোক্তুনা মহাক্কী গুণ লীলা নামবু শকপন শোনবনা যজ্ঞ হাইবদি পুজাগী পোৎলম ওইতুনা উপাসনা তৌই॥ মাসিনা মৈতৈ জাতি ঐখোইগী লানবা কাঞ্চন ওইরসি হাইদুনা মী জ্ঞান লৈবা সধ্যাসং পুম্নমকনা য়ানগ্নন প্রেমভক্তিগী অখোইবা রস জীবগী লানবা পোকপদগী শিবা কাণ্ডবগী ধর্ম্ম পুম্নক্কী যজ্ঞবু শ্রী শ্রী হরির সঙ্কীর্ত্তননা ওইখি॥ হরিসঙ্কীর্ত্তননগী অসুম লৌই। হাইনা হাংবা অহুদা বেদ পুরান শ্লোক ১১০ না লেংবা বা- ভূক্তি পুরাণদগী লৌখদুনা শ্রীশ্রীরঘুনাথ গোযামীনা লেংবা শাস্ত্রগী নিয়ম অম মৎক্কী চেকোংদ ইজপ্র॥ লৌকিক মথ দা খরদং উৎ বি॥

( বিশেষ )

ঐগী উঠবিরব মশক অসি সাধক দেহনি মসুম্ন' অউবা মশক অ'সন শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী থোগল তৌ'রবা শ্রীগুরুগী শ্রীমূর্ত্তিবু নিংশিংগানি সিদ্ধ দেহন॥ শ্রীগুরুগী পিনবিবা মশকনা, শ্রীগুরু কৃপা সখিগী মাক্তো লৈদুনা হাপপ্রব মতম নিপালগী লীলাবু শ্রীমন্মহাপ্রভুগী ভাবি ওইনা নিংশিংগনি॥ মতম নিপালগী লীলা অসি নিতিগী ইকাই কাইদনা শ্রীরাধা কৃষ্ণনা শক্ত্রৈ অসুম্না নিংগনি॥

কীর্ত্তণ বিচারনচিংবা হরিসঙ্কীর্ত্তণগী মূর্ত্তি পঞ্চ তত্ত্বনচিংবা মরম পুম্নমক শ্রীরঘুনাথ গোষামীনা কোংবা কীর্ত্তণ বিচারদা ইরি ॥

শ্রীকৃষ্ণ জন্ম ১সুং মতুং নন্দ উৎসব। খৌর নি জন্ম ১সুং মতুং বৃষভানু উৎসব হাইগ্নিবা সুমিৎ ৪ মরিনী অসি অষ্ট কাল লীলা অসি তৌদে মতুম্না শ্রীপঞ্চমীদগীনা পূর্ণিমা ফ'ওবা ১সুং মতুং ১৫ তরা-মচানি সুপ্পা ২৬ নি অসি অমসুং মথক্কী সুমিৎ ৪ মরিনী অ'সগা সুমিৎ ৩০নি অসিদা গোচাবণ লীলা শ্রীমতিগী সূর্য্য পূজা তৌদে অপুম্না গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা চৎনৈ ॥ মাসিদগী থরদং হেক্লিনবা রাহৈ খংবিনংলবদি শ্রীপণ্ডিত রাজ শ্রীতমবাপু শর্ম্মাগী সঙ্কীর্ত্তণ যজ্ঞ্য হাইবা লাইবিক মচা অদু যে'বিয়ু॥ মাহুগী সুখরা খংনিংঙাই লৈ ॥

হৌজিক্কি "রাধা" ১। কৃষ্ণ" করি পোৎশমনো "শিব" ১। দুর্গা" ব্রহ্ম" ২ সাবিত্রি" বিষ্ণু" ৩ লক্ষ্মী,, কদাইবু কৌবগে হাইবসি মথক্কী রাহৈ শাস্ত্রগী মত ,রংনহুনা ভাব তারহুনা,, ভঙ্গী অমত ভাইরবা প্রেমগী মুর্ত্তি রস রাজ মহাভাব "রাধা" ১। কৃষ্ণ" ধাম্না গোলোক বৃন্দাবণ,, মথাগী ১।২।৩। অসিনা সংসার নবদ্বীপ মর্ত্ত্য ভূমিদা চৈতনা নরলীলাগী মতুংদা উর্দ্ধ রেত পুখত্নুনা সাধন তৌনবা শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ মহা যজ্ঞঃ জীবগী লাননবা জীবা-ত্মাদা চংজবা রাগ মার্গগী লম্বেলবু নিত্য লীলা পুথোক্নুনা যোগল রূপতা উপাসনা তৌহুনা অত্মা সর্ম্মপন তৌবমা জীবগী অথোইবা ধর্ম্মনি হাইহুনা মহারাজ ভগ্যচন্দ্রনা অহানবমক সাধক্না নট্ট পালা হাইনা মিং থোন্দুনা শ্রীশ্রীহরিসঙ্কীত্তণগী মুর্ত্তিনা "মহারস" বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অথোংবা রস রাজ মহাভাবপু শ্রীশ্রীগোবিন্দগী স্নামাংদা হং

১৭৭৬ তা মীয়াম ব্রহ্ম সোভানা অঙম অথৌ প্রজা ময়াম তিনহুনা নট্ট পালা, পালাইন, স্না পালা, শ্রীযুতনা পুংখোম্বুনা ওঝা প্রেমা-নন্দনা থৌগন তৌহুনা মতোন ইবুংঙো ওঝা তৌত্রাম সাইনা ইশৈ হন্দুন ওঝা শ্রীধর সাইনা তুহার চন্তুনা ওঝা'সং অঙম অথৌ কয়ানা পালা ওইহুনা নট্ট পালা হৌদোকখি॥ মতুংগী রাসগী থৌরম্না শ্রীমতি হরিমতী মহারানীনা মকোকচিংহুনা মচা ইবেমা বিশ্বামতী সীজ লাইরোইখিনা "রাধা" থৌরানি শাহুনা হরিসঙ্কীর্ত্তণ বৈষ্ণব ধর্ম্মবু শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা কৎচখি॥

( হরিসঙ্কীর্ত্তণ মূর্ত্তি নিরূপন )

"রাধা" ইবেমা মহাক্কী রূপা বৈষ্ণবকী মশকনি॥ ইবেমা মহাক্কী য়াথংনা শ্রীমুখনা শ্রীগুরুগী মশকনি ইবেমা মহাক্কী ভাব অতি মৃদুল ওইবা মশক্ক ভক্তগী রূপনি অ সগুম্বা রাধা রূপপু "রাধা ভাব কান্ত ওইরিবা শ্রী-গৌরাঙ্গগী চরন্দা চংজনবা শ্রীগুরুগী কৃপাদগী মাহা মন্ত্র দিক্ষ তৌজহুনা শিক্ষ গুরুগী মকমদগী শিক্ষা তৌজরগা গায়ত্রি সাবিত্রী মূর্ত্তি উপাসনা মীওইবগী দশ কর্ম্ম শেংদোক্কুনা হকচাংবু দ্বাদশতিলোক্কা বৃন্দাবন দ্ব দশবন নিরূপন তৌহুনা শ্রীগুরু রূপা সখিগী লোইনবা অমুগা সখীগী রূপু থৌরগা মপান্দনা শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ-গী পার্ষদ গন ওইহুনা শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ প্রেম মূর্ত্তি ভগবানবু উপাসনা তৌজখি অসিগুম্বা ধর্ম অসিবু বৈষ্ণব ধর্ম্ম প্রেম সাধন মহামুল্য অসি জীবনা ইলাই লাইনা কংবা ওমদে মপোক কয়া কয়া তৌজরকপা পূন্যনা হন্দক্কী মপোক্কা ইয়া য়াদনা সোভাগী মকোক থোংজরে হাইবসি জ্ঞান লৈবা সাধুসিংনা খংনরি॥ কৃষ্ণ কদাইদা লৈ সাধু সঙ্গ, রাধা কদাইদা শ্রীগুরুগী কৃপা, মাহামন্ত্র করিনো

"হরিনাম ষোল নাম" গায়ত্রি করিনো "কামগায়ত্রি" ঐগী মন্ত্র করিমো ( গৌর গোপাল মন্ত্র ) সাধনা করিনো ( শ্রীঅঙ্গ অনঙ্গ তরঙ্গ ) মতৌ অসুম তৌদুনা জীবনা পোকপদগী শিব কাওবগী মসুংদা করি তৌবা হৌনৈ হাইবদু বেদগী নিয়ম মতুং ইয়া ব্রাহ্মণা চহি ৮দগী ক্ষত্রিনা চহি ১২দগী বৈশুক্রনা চহি ১৫দগী মাশুরা দিক্ষা কংদুনা চহি ১২ অমা শিক্ষা ব্রহ্মচার্য্য তৌদুন ঈশ্বরগী সেবা যাওননবা হোৎনজগনি মাসিবু মৈতৈ ঐখোইগিদি লাইবক ফবনা পোকপা সুমিত্তা অতাংগী নাকোংদা মহামন্ত্র নাম কামবিদুনা কৃষ্ণ ভক্তি ওই-রবনা মীয়োল খোকপদগী ঈশ্বর সেবাগী খোইনা থিক্যন্ত্রে মরু মক ওইবা মরম লাক্লনবতনা অ শচার্য্য কংনবগী লম্বেল যেংলকই ॥ তৌই ॥ শাস্ত্রগী দশবিধা কর্ম্মনা শেংদোক্লবা মীদি ঈশ্বর সেবা যাদে ব্রহ্ম মশক খংববু ব্রাহ্মণ কৌই অদুবু হৌজিক্তি সত্বগী মরোংশুমা ব্রাহ্মণা পোকপবু ব্রাহ্মণগী থারাবু ব্রহ্ম্ম হাইনা কৌনম্লে ॥

শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ ( বাগ অচৌবা )

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী রাগ অচৌবা অমুবা মরি মথং গুরু ঘাট ॥ মৈতৈ ধর্ম্মগী চুক মরি লাই শাগৎপা লাই কৌথৎপা অমুবা মরিগী মথংদা মহা প্রেমেল মথংদা সঞ্চার ১৪ চৌদ্দমাদন চৌদ্দ ভুবণ শম্মোকই মথং মেল মেলকুপ তাদুনা মৈতৈগী জগোই লাইরেল মথেক ওইগ্রি হজেল থুকম নিবা অবা অমা কংবা অতগা সুংতাই রাইকবগী থুদম লৈবা ঐখোইগী থাজৈশেংবা মরোল্লি মাসিবু কুপ্প নৈনবিদুনা ঋষিগী মশক ওইরবা মহারাজ ভৈগ্যচন্দ্রনা লেপললে মথংদা গুরু ঘাট তাদুনা মরম তরুকনা শ্রীমুর্ত্তি লিংথংলমলে প্রেমেল রাও-দ্রগনা রাগ অচৌবা হাইদুনা অমুবা মরিগী মথং গুরুঘাট তাদুনা

রস রাজ মূর্ত্তিবু সাধনদা থমলগা মথং মথং জীবসক্কার একাদশ ইন্দ্রি পঞ্চপ্রান সঞ্চরি তৌদুনা রাগ অদুনা শ্রীগুরু গৌরাঙ্গবু আবাহন তৌদুনা তানচপ মেলকুপ তাদুনা ব্যোম মূর্ত্তি ভগবানবু শাগৎলগা দেব (সেনাপতি) কার্ত্তিক সঞ্চার হাইনা নিংশিংদুনা সঙ্কীর্ত্তণগী বিঘ্ন লৈতনবা সাধন তৌই অসিনি সঙ্কীর্ত্তণগী মূর্ত্তি মথদা থো'র হুঞ্জিনদুনা মথাগী তিলতাল, মেল, তানচপ, মেলকুপ পোৎশক তন্নক মথংশিংনা অলঙ্কার কয়াগ লোইনন হরিসঙ্কীর্ত্তণ মূর্ত্তি শাগৎপিরমই মাসিগী মরোল অকুপ্পদি গুরু কৃপা ওঝাগী কৃপা সাধু সঙ্গদা কংগনি হাইনা থপিরমই মথংদা রাসগী ভঙ্গি পরেং হাইনা কামগায়ত্রিগী মনুংদা মৈতৈগী লাই চবাওবগী থৃৎথেক শাথেক পুন্নমদা লোইননা রাস কীর্ত্তণ" রাগ, মেল তালচপ ভঙ্গি পরেং, চালি, মেনকুপ-হাইনা পোৎলম একক অসিনা রাস কীর্ত্তণ ভগবানগী মূর্ত্তি পুথোকপিরমই মথংদি কৃপাওইনা শ্রীগোবিন্দনা ওঝাসিংগী থমোইদা লেংশিনবিদুনা নিংহকপা পুন্নমক সিদ্ধ ওইহনবিদুনা ভসি কাওবা মহা সমক্রুগী মশক ওইপ্রগা শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণনা পৃথিবিদা অনিগুদনা ডালি॥ শ্রীভাগবতকী ভক্তি ধর্ম্ম, ধর্ম্ম অসিগী মতুংচনবা লাইরিক কয়া চৈতন্য চরিতা মৃত চৈতন্য ভাগবত ভক্তি তত্ত্ব সারবৃহৎভক্তি তত্ত্বসার ভক্তি রত্নাকর ভক্তি রসামৃত সিন্ধু বিন্দু প্রেমভক্তি চন্দ্রিকা নিত্য ক্রিয়াপদ্ধতি কৃয়া কাণ্ড সারধি, গীত গোবিন্দ কৃষ্ণবর্ন মৃত রাগ মবি কনা উজ্জ্বল নিলমনি প্রেমভক্তি কল্প তরুগোবিন্দ মঙ্গল পদকল্পতরু পদ কল্প লতিকা, অসিনাচিংবা লাইরিক ময়াম থসি মতম অসিদা থিদুনা য়েংদুনা থুংই লাইরিক কয়া কয়া মণিপুরদা মৈতৈ চে আগর বাক মতম কুইন চৎননবা (লাইরিক থিবা হইবা) হাইনা মৈতৈগী রাগ

সুরবা পেনাগী খুলং ইশৈগী ছন্দ থর থৈদোক থৈজিন তৌদুনা অরিবগীনা নট্ট পালা ১সুং স্ম পালা নট্ট পালা হাইনা মওং মওং চংথদুনা শ্রীগোবিন্দগী অষ্ট কাল ১সুং থা ১২ ঋতু তরুকী অমুম্না সেবা ওইগনি হাইনা লেপলম্বা কোর্ক অদুনা হৌসি কাওবা ইথি-রমদুনা ওসি কাওবা শ্রীগোবিন্দগী সেবা চংগ মওোং অদু কাইদনা পালা লোইশংগী ওঝাশিংনা সেবা চৎলি মতম অসিদা বিদেশগী লাইরিকসিং অসি চংলকলে করম তৌরগা ভক্তি হাইবদু ওইগদগে হাইবা অদু থাজবগা ধর্ম্মনা অনৌবা ওইবগা য়াম্না .চকসিননা গুরু কৃপা কংনবা হোৎনরকই মা স য়ৌরবা কাওবদা মৈতৈ ধর্ম্ম থাদে পুম্নমক মৈতৈদা তিলশিল্লকপনি হাইবসি তশেংনা থংই সংসার চক্রগী মতুং ইনবা মতম মতমগী অওনবা কয়া ওনশ্রবসু থাংগৈশেংবা মৈতৈ ধর্ম্মদি ওন্দে হাইবসি নট্ট পালামা তাকই য়াম্না কুপ্না য়েংশিন-বিরবদি উগনি ॥ মসিগী মথাদা অতৈ শৈশক ময়াম থোপ মনোহরসাই কালাব্বাতিনচিংবা অনৌ অনৌবা হোংলকই খ্বাইনা য়াম্না পান্না চৎলকইবা পুম্নমক সাহিত্যগী মথাম বিদেশিগী মতৌ তম্বনি মৈতৈ-রননাশকলবনু মৈতৈগী নত্তে হাইবসি তশেংনা থংই উরুবদগী তারুবদগী থমোইনা অপাম্বা পোকনা পুকনিংগী রাথল পুম্নমক মপান্দা কোংদোকলকই ॥ অধুনিক অসি মৈতৈগী নত্তে।

দেউতি পাইবা চক্ষু পাইবা ১ ধুপ ১

( লাইহরাওবা ১সুং হরি সঙ্কীর্ত্তণ )

ধ্রুবেলগী সঙ্কার ৬শুবদগী ব্রাহ্মণ ১১ না দিউতি পাইদুনা সঙ্কীর্ত্তণ ময়াইদা দধি ভাণ্ড পুত্তন সঙ্গোম অকমবা য়াইওং য়াওবা ধুপ দ্বীপ লৈ কবোক অকাবা অসিনচিংবা পোৎলম হৈনৌ মনা বেদগী

মতুং ইন্না দধি মঙ্গল তৌই॥ মৈতৈগী লাইহরাওবগী ঈশিংদগী লাই লৌখৎপা লাই শাগৎপা লাংথৈ্ ভাইরেলমনা, লকোই, চু, হৈ, পোৎলম কান্নানা শাগৎলি মাসিনু চুক মরি পুজা তৌহুনা তৌরিবা অসিগা য়েংনহুনা মনুংগী অর্থ পুন্নমক মায়ে হাইহুনা লাইরেল মখেল্লাচিংব ঙৈগ্রি হঙেল জগোই শাহুনা হরাওবা কোং-দোকই খোংলোল অমা থুংলোল অমা কাইরবদা হৌজিক হৌজিকী প্রসিদ্ধ ওইরিবা মৈতৈগী হরিসঙ্কীর্ত্তণ মহা যজ্ঞঃ শ্রীমদ্ভাগবত মক থীবদা সঙ্কীর্ত্তন্না হৌরগা সঙ্কীর্ত্তন্না কোইশল্লি করিগীদমক সঙ্কীর্ত্তণ য়াওরিবনো হাইরবদা নামগা নামিগা খেন্নদে সঙ্কীর্ত্তন্না মগুন হেনবদি মীওইবগী কায়, মন, বাচিক, মখোল খোকপা যন্ত্র পুং, করতাল, মোইবুং, পোৎলম ৬ অসি শুবদা কলিদদি হরি সঙ্কীর্ত্তন্না মরু ওইবনি মাসিদগী অমুক চেকশিনবা থিজেং চাক চা মরু মরুওইবা অমুক খন্থহিহুনা শ্রীগৌরাঙ্গগী পাষদগন ওইবা য়ানবগীদমক ত্রিকশচ কিদোল অহুম তাবা কিজেং খাং য়েং মনা অনি কৈজম শুঞ্জাগী কিদোম মনা অহুম অসি লৌরমই মসিদগী অমুক মবৈদা নরসিংহ মহারজগী হাতক্তা নায়ে লৈবা লাকপদগী খাং খেং কিদোন অমদি নায়েগী কিদোননা শিল্প কলে মমাংগৈদা কৈজোম অসি খুঠপ ৮ নিপালদা শাংলমই নায়ে লৈবা লাকপদগী নায়েদা কি হেনখিহুনা খুহুপ অনি মখাই অহুম লোম শম্বা তায়মই মরম অমুদগী কৈজোম খোংদাই হৌদোকখি মসি মরায়া মামরবনা য়াম্না কজনা খোকখি মতুংদা কি থান, থান, খেংতোক্তনা য়েল্লকলবা কাওবদা থৌওইবা খোংদাই হাইনা ময়াইদা শেভৎহুনা খোংদাই তাইবা চৎনখি কোয়েংকী মরমনা পাখংবা কৈদগী মরমদা কৈয়েং

হাইনা লৌরকই মমাংগী কোয়েৎনা তোলোপ চিনবা হাইনরমই পেনা শকপনা লাইরেল মখোয়না য়েৎলমই সঙ্কীর্ত্তণগী কোয়েৎনা লালগী কিমুনা য়েৎপা লালমিগী কিজন্দা পালাগীদমক অতৌবনা য়েৎলমই মচুদগী মথং মথং মতমগী মতুং ইন্না কি কজবা অপাবশু থোরকপে মতুংদা শুখ চাংবং তাবি হাইনা লাকপনা শলাই হাইনা খুংয়েৎ অহমনা য়েৎলকলে সঙ্কীর্ত্তণগী মরোং য়েংনা কোয়েৎ হাইনা মওং মওং মতম মতমগী শিজিন্নখিত্নুনা চৌজিক কাওবদা ওইরি মওং অসিনী মতাং মতাং চাবদা অকুপ্পা মরোল ইজরকনি মশুম তৌদুনা শেংদোক-লকপা নট্রকী কিজেৎ নট্র বর বেশ লৈনা চন্দোন্না গায়ত্রিনা লৈতেংবা কিজেৎ শুক্লা তুলসী মালা, হকচাংদা চন্দণ শাপা, দ্বাদশাতিলেক লেংবান কৈগল যোনা নশুন, খবাক খুাং য়োনা লৈ পরেং, চন্দন লাইবক্তা চন্দন সম্প্রদায় সশক থংনবা বানা নাহনা, লৈহাওগী মওংবা নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী সম্প্রদায়গী লাংলোন ওইরে হাইনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রবু মী পুন্নমক প্রজ পুন্নমকনা লৌনখি সর্গারোহনশু খেক্তরি গঙ্গা মপান্দ। নরোত্তমগী শম্মান্দা দেহ ত্যাগ তৌখি। মসিগী অকুপ্পা মরোল পুন্নমক মৈতৈ পুরান্দ কংবিগানি ॥

অশুম তৌদুনা শ্রীহরিসঙ্কীর্ত্তনা চাওখৎলকলবদা মচা ইবেমা বিম্বাবতীনা মমা মহারানীগী মকমদা হঙ্গৎলৈ ইমা ইবেমা পাবুং মহারাজদা অমুক্তং হঙ্গৎপিয় ননাই ঐদি কিজৈ হঙ্গৎচবা ঙমদ্রে হাইরবদা ইবেমা করিনো করি হঙ্গংলুগ হাইরবদা ইম ইবেম ঐনা পামজ্জখ্রদা পাবুং মহারাজনা নট্র পালা হকৈনা সঙ্কীর্ত্তণ ঈশ্বরগী নামগুণ লীলাদা কীর্ত্তণ হৌদোকলিবসি ইমা ইবেমনা পাবুংদা অমুক্তং হঙ্গৎপিহুনা ননাই ঐখোইবুশু ইবুংঙোগী নামগুন লীলা

অসি সঙ্কীর্ত্তণ অমতং কৎচনিংঙ্গেদা ইমাগী কৃপা মতাইরে হাইনা হঙ্গৎলবদা মঙানা মচাগী মুংশিবা প্রেম খাংবা য়াদহুনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী চরন্দা নোঙ্গবা য়াহৈ পুম্নমক হক্কৎচরে মাক্ত ভাবদা মহারা-জনা মহারাজি ইচানা হাইরিবসি হৌনদে তৌহৈদে ইচাবু শাওদনবা খেমজিল্লু মসিগী অকুপ্পা মরোল অহু ঐশ্বরদং হাইগে হকচাংগী অঙ্গ দগ কর্ম্ম শুদনা ঈশ্বরগী সেবা য়াদে মুপী হাইবা অর্থাৎ হাইবা অসি অমতনি সঙ্কীর্ত্তণ অঙ্গ ভঙ্গ ওইগনি মরম অহুনা তৌহৈদে হাইবনি মহুংদা মরোল অকুপ্পা য়াম্ন লৈবি * মাসিগী খুদম অ স য়াসগী ইরকপদা খরদি হাপচরক্কে হাহুনা মুখা য়াথং ভাকপিরকলে মহাবানি হল্লকলে মচা ইবেমদ ভমলরে মাহুদগী মচা ইবেম্মা শ্রীগোবিন্দদা চরন্দা প্রেমগী ধারানা শিন্থুনা প্রর্থনা তৌজখি মাহুগী অহংদ ভাগ্যচন্দ্রগী সম্নদা শ্রীগোবিন্দনা লেংলক্কুনা মহারাজ নচা ইবেমন সঙ্কীর্ত্তণ অমতং কৎচগে লিংখৎচগে হায়ববু মহারাজনা য়াখিদে হাইনা ঐতোন্দা যাম্না প্রর্থনা তৌরে মাগা মনিং থুংহনাবয়ু সহজিয়া ধর্ম্ম চাইনা লৈবহু মহারাজ যেংশিল্লু মুপী নিপা চংনা নাম শোনগদবনি অহুম্নদি ওইবগ মুপী চাক্কনাদি সঙ্কীর্ত্তণ য়াদ নিপাবু পালা মকোইগী 'মকোক ২" চিংহল্লুনা লেপখংতুনা নট্টকী রাগ অচৌবগী মহুত্তা নদীয় রাগীনী হোহুনা সঙ্কীর্ত্তণ হৌগনি মতুংদা মতুং সঞ্চার রাওরোই তিন তাল, রাজ মেলগী মহুৎ ভুযনা মেল মথং ভানচপ মেলকুপ চালি হাইনা পোশক ৬, ওকক্কা সঙ্কীর্ত্তণ কৎহল্লু পালা মকোই পয়েং কাইদনা রাগ লোইরগা কমথহুনা সঙ্কীর্ত্তণ তৌগদবনি হাইনা শ্রীগোবিন্দনা তু রয অবস্থাদা মনাইদা ভ কপিরমই ভাগ্যচন্দ্রনা মংকাওনৈ নয়ন্দ প্রেমধারা শিন্থুনা মহারানীবু কৌবকই

স্না মাথং মতাবানী চংলকই রানী ইচানা মপুক্কিংদা লেপপ্রমাল্লে ইচাগী নিংবা খুংলসনু ইবুংঙোনা ঐগী মংদা লোইনা তাকন্নিরমলে ইচাদি রাবমলগনি নপাবুংনা হাইরকই হয়েংদগী হৌনা সঙ্কীর্ত্তণ হৌরগনি হাইনা স্না মাথং লাওথোকলে মহাবাজগী স্ন রাথং মতুং ইন্না মতুংদা ওঝাসিং কৌথত্তুনা রাসগী ইবেমশিং করানা পালা ওইত্নুনা মমিং রাস্বরী পালা হাইনা হৌনবী চৎনবী কয়াগী মতুং চন্না মচা ইবেমগী পালা লিংখত্তুনা করতাল মণ্ডিলাদগী খর হেন্না চাওবা মরি অশাংবা পান্দুনা নদীয়া বাগ হৌত্নুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎখি॥ মসি শম্নপনা ইজবে মতুংদা থা তরানিথোইগী ইবুংঙোগী সেবা শ্রীপঞ্চনীদগী হৌনা মপাল ফিনাসু আবির শ্রীগোবিন্দদা কত্তুনা হলি হাইনবা শ্রীগৌরাঙ্গগী জন্মদিবস পালনগ লোইননা শ্রীআনন্ত সাই মন্ত্রিগা তানত্নুনা হলি হাইত্নুনা সঙ্কীর্ত্তণ মওং অমা থোকহল্লে মাসিনু মৈতৈগী হরাওবা মনুংদা অত্নম তিন্ন॥

হলিগী বারম খবদং শন্দোকচরি॥

হলি, হোলী, হরী,

সম্বাদ প্রহ্লাদগী মনে হোলিকা কৌবিগী মৈ চাকখিবগী শিবরাত্রি চতুর্দশীগী ঘটনা নিংশিংবা ১। হোলী বৃন্দা বন্দা বৃন্দাবন লীলা মৃত দশমঅধ্যায় সঙ্খচুড়বধ হোলী খেলা ১। মাসি নওবা বিংশতি তমঅধ্যায়দা ২২ স্তব। রাস লীলাস্থান হোলী লীলা কথন ১। বৃহৎ ভক্তি তত্ত্ব সারগী ৪র্থ খণ্ডদা হোলী দোল লীলা ১। বসন্তগী ১। ২। ৩। দ্বাপুরগী নন্দ মহারাজদা শ্রীকৃষ্ণনা থা অমা ছুটি লৌত্নুনা বসন্ত লীলা শান্নবা হুলি হলী ১। কলিগী গৌর পুর্নিমা, ১। ফাল্গুন দোল পুনিমা ১। মাসি পুম্নমক অসি

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুনা আদি অন্ত পুম্নমক অমত ওইনা লৌহুনা ভক্তশিংগা লোইননা নবদ্বিপ্তা হরি লীলা হাইনা রাধা কৃষ্ণগী রসদা বসন্ত লীলা ফাগু খেলা শাৱৈ ॥ মাসিগী রস অসি মৈতৈগী ঔগ্রী হঙ্গেল থাবাল চোংবা হরাওব, বসন্তগী পুকনিংগী নোংহৌবা মাসি পুম্নমক অমত ওইনা অমুক'তি থিন্দুনা মৈতৈগী চংনবী অমদা হোলী ফাগু খেল আহিব তৈনবা চাইনবা হরাও মথে ই কাবা অসিগুম্বা মতম অসিদা শ্রীগোবিন্দদা সঙ্কীর্ত্তণ মণ্ডক ওইনা অরিবা নট্ট পালাগী ফিবেপ লেপ্লুনা অরিব করতাল হাইনা মমিং থোন্দুনা নবদ্বিপ্তা সাধক তৌরগা সিধক বৃন্দাবন্দা ওইহুনা রাধা গোবিন্দগী লীল বু বসন্ত পঞ্চমীগী তৌরগ লমদাগী ২০ নি পানবা ফাওবা হয়্যাও তথায়্যা শ্রীগোবিন্দগী চরন্দ ইং খৃঃ ১৭৮০ দা শ্রীবিজয়গোবিন্দদা লোইহুনা কংখি ॥

মতম অসিদা রামানুজ ধর্ম্ম চংলম্বনগী মাধবাচার্য্য ধর্ম্মদা দিক্ষা ওইহুনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা পুকনিং চংবা মতমনি মতাং অসিদা শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজদা শ্রী অনন্ত শাই নোংপোক লৈরি খোনবা মন্ত্রি অনিনা ভাংনখি মতম অসিদা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল হোলী লইরে? মতম অসিগী পুং ইশৈগী ওঝাশিংনা চংনবী মওং অমদা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌরমই মতুংদা লাই কৈথেল কাবা হাইনা নিংথৌনা অথুম অহাও কবোক্'চিবা পুঠনা শ্রীবিজয়গোবিন্দদা কংলগা প্রসাদি অম লৈপাক নিংথৌ পুম্নমক হরাও তরায়্যা হলক্কা হাইনা মিংথোন্দুনা লৈপাক মীয়াম যুংভাই মিনৈ ॥ শ্রীপঞ্চমীদগী হৌরকপা খেলা লীলা পুম্নমক ঔগ্রী হঙ্গেল থাবল চোংবনাচিংবা মীকোন থাগোল তৌহুনা লোইশিল্লি মতুংদা থাবলচোংবা তৌরে। লৈবাকনিংথৌ যুংভাই

য়াইকনবনীদমক লাই কৈথেল কাবা হাইনা পুয়াগী মতুংইন্না য়েংহুনা পানা মরিগা লোইমনা চংথরকই। মতুং অসিদা মরু ওইবা হলক্কাগী থৌরমদি লৈপাক্কী ওমদাই ওইবনা নিংথৌ ঐনা মতেং পাঙ্গনী হাইনা য়াখিখি ১মুং নিংথৌগা মন্ত্রিগা অনিনা তাংনখিবা ১মুং মতম অসিগী ইশৈগী ময়েক ছন্দঃ রাগা রাগিনীগী যন্ত্রগী মরোল ধুলোক্চিংবগী থুংলোয়চিংবা কাই চংনবী মওং অমদা লৈরমই ॥ মতুংদা নিংথৌরোল খুদিংগী থর থর হেনগৎলকপনা শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তক্তা ফিজেংকী ফিজোল মনা মধুমগী অকুপ্পা মরোল থরদংদি ইজরি। মমাক ইবুংঙো চিংঙাথম্ব নো থোম্বা য়াইস্কুল হোলী নাপু শেত্নুনা রাজবেশ ওইনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল কাবদা থজিক্তং স্না পুক্নিং চিংনহুনা মহারাজনা হাইখি ইমাক ইবুংঙোগী ফিজেৎ অসি কজব্রেদা মাসি শ্রীগোবিন্দদা কংলসি ম'সি ম'না য়াম্না পামজে হাইবদা নোংথোম্বনা য়'রহুন শ্রীগোবিন্দগী থৌগল নাপুহোলী হাইনা ওসি কাওবা লৈবী মহাক্কী হোলীনা অঙাংবা ফিজোল শেংখি। মতুংদা নাপুগী হোলী ওইরক্লবদা শ্রীবিজয় গোবিন্দগীদমু ব্রজ মায় হাইনা মিং থোন্নুনা মন্ত্রি মযুমগী নিংথেম মচা ঠাকুরদাস কৌবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজদা হঙ্গংতুনা শ্রীবৃন্দাবনগী হলী খেলা রস মওং মতৌব্ পুথোকপদা নিংথৌনা পেনখীহুনা য়াবীরে মতুংদা স্না গো- পেশ্বর কৌবা ওঝা ভক্তি পরেংগী ইশৈ শেমলম্বা রাসগী মুকলী নাদ পুথোকলম্বা ওঝানা ব্রজমায় খেল হাইন ঈশৈগ ছন্দগা জগোইগা লোইননা নিয়ম নাইনা চংথখি পানা মরিগী হোলীমু য়ান্না চাওখৎ- লকখি ॥ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী হাকতক্তগী পানা ম'রিগী ফিরাল ১মুং মচুগী মরম থরদং মথাদা ইজরি শ্রীগোবিন্দগী ফিরাল অসি পানা

মরিগী ওইনা শাবনি ( মনা ) ( মশা ) মরি স্না মচ় ১। অঙাংবা ১। অশংবা ১। (অহুম) ৩ মাসিদগী খাইথরকপনি মসি মকোক্লা শলাই ৭ক্লিনি পুংলবা মচাশিং অহু মসি মগুগা শলাই লুপত্তিন হাইবা অঙৌবা ফিরাল অমসুং য়াওগদবনি। মাহ্ হৌজিক্তি উত্রে মাসি পুম্নমক পুরাগী মরমনি লৈপাক নিংথৌ তিগ্রনা গুংঙাইমিম্নবনি শ্রীবিজয়গোবিন্দগী ফিরাল অশংবা ডাক্তা ওইরিবা অসি জয় পত্রনি মনা পিবনি অঙৌবা সাদা অমসু য়াওগনি মাসি শলাই যুমদিন কৌই ফিজেংসু গোবিন্দগা মায়গানি মচুদি অঙৌবনি অতৈসু পানা মরিগী শলাই যুমদিন ওইনা সাদা অঙৌবা ফিরাল অমমমদা পানাগী মকোক ওইবগী মিং হাপ্তুনা চহি অসুক গুরবনি হাইবা খংনুনরা সক তারিখ থাহ্না শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌনৈ মসি বৃন্দা বন্দা য়াওগী শং মৈ থাখিবা নবদ্বিপ্তা শ্রীগৌরাঙ্গনা অবতার তৌবা নিং-শিংবা লুমিং শ্রীগোবিন্দনা মণিপুরদা বসন্ত ফাগু খেলা হৌদোকপা ধর্ম্মগী মরি লৈননা শ্রীগোবিন্দনা পামজবা স্নাগী মচু ওইবা ফিজল অসি নিংথৌ অমমমগী হাকতক্তা মননা ওই প্রজাদা অহেনবা নুঙাইবা ফজবা য়াওরকপদা কমাদা কোকথোল, কনাদা ফিরাল, কমাদা মচুঃ অসুম তৌদুনা লৈপাকী লেমজনিংঙাই নিংথৌগী মননা পিমরকই মাসিদগী প্রজা থরাই য়াওনরক্তুনা চাওখংলকপা অহেনবা তাময়ক্তুনা মথং মথং ইরৈশগী ধুলাকী হেনগংলকলে হোলী মপা পানরকলে মশিং য়ামখংলকলে লাম্ব তৌনরকলে য়াইস্কুল হোলী নোংথোম্বগী শালু অঙাংবা থুরাই থৌদাম জয়গী হোলী ১নং বিজয়গোবিন্দ হোলী লমাবম হোলী উরিপোক হৈজ্ঞা নিমাইগী হোলী য়া'থৈ হোলী পামা পানা তৌনরকপদগী শ্যামা ব্রজবাসি হাইবা ওৱা অহুমা লেজর,

ভেউরা, ভরকক, তালজাও, চৌতালা, ধিমা, তেতালা, ঝপ্তাল, পঞ্চম সৌয়ারীনচিংবা লেংথোক্কুনা ইশৈ ছন্দনা চিংবা শেমদোক্কুনা মহ রাজ চন্দ্রকীর্ত্তি হাকতকপী চাওখৎলকপনা সার চুড়াচান্দ মহারাজ হাকতক কওবদা য়াম্না চাওখৎখি মনোহরসাই ছন্দ লৌশিল্লে কালার'টি লৌশিল্লে ভর ছন্দ, হোলী দোল পুম্নমক য়াম্না চাওখৎলক্লে সার চন্দ্রকীর্ত্তি হাকতক্তা বীদেশিদা থাদুনা পুং ইশৈ তমহন্দুনা মৈতৈগী মঙ্গুংদা শৈশক কয়া তিমশিনখি। কাল'র'টি হৌদোকলম্বা ওঝা মহমোৎ থা, আলিথা, অনি'সনি। মনোহর শাই হৌদোকলম্বা গৌরাচান্দ গোষামী ব্রহ্মানন্দ গোষামী ক্ষেত্র মোহন গাষামী গদধর গোষামী মরি অসিনী ঐখোই মনিপুরগী ওঝানা মাইবম কৈক্লা চিংঙাখম মেয়ী নোংমাইথেম তোলেন, হুইদ্রোম ঝুলন মচা পেবম ওঝা অসিনি। মাসি নত্তবা বাঙ্গলা দেশতা কাওখিবা ওঝা চম্পা ঠাকুর মাইবম য়াইমবী দামুদর দাস বাবাজি পুম্নমক অসি তিন্নদুনা হোলীগী কাই কজহমখি য়াম্না চাওখৎখি পুংগী ধুলোকী পোথোয়া-জগী খোলগী তবলাগী থক্কী দফ খোলনচিংবা পুথোক্কুনা ওঝা স্ন'থ্ৰা চন্দ্রহাস শগোনশেম ওঝা ভোম্বা ঠাকুর রৈবতী গুরু অরিবম তোলচৌ শর্ম্মা অম্রিবম তোলেন শর্ম্ম ওঝা ঠাকুর ক'হ্নায় শর্ম্মা মাসিনা মখোক ওইদুনা শৈশক কয়া কয়া খুলোপ কয়া কয়া চোলন কয়া পুথোক্কুনা চুড়াচান্দ মহারাজগী হ'কতক কাওবদা চাওখৎপা মতোল লোমখি মনিপূরদা বিদেশীগী ছন্দ শুর পুশিল্লকপা হৌবসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ হাকতকতগীনি মমাংদদি থোইনা তৌখিদে মাস য়োনা পুশিল্লকলবদা মৈতৈগী নট্ট পালা খজিক থৈরবন্নু তঃশংনা হরি সঙ্কীর্ত্তণ পৃথিবিমা শকখংলক'ল॥ মণিপুরদা খোলগী তবলাগী

পৌখোয়াজগী ধুলোক্তা ওঝানা ১। বেনী ২। মাথল ৩। হাক অহুম অসিনী মৈতৈয়োল ইশৈ শকপা হৌদোক্তলগা উরিবোক থাইদেম নোংয়াইনি ॥

## রাসগী কিজেংকী খন্নবা থরদং

মতম অসিদা সমাজগী মাংদা তুপিবু করম্ন পৃথে কনি হাইবগী নৈনখি মরমদি ভক্তিগী সমাজ ওইবন সাংখ্য দর্শনদা য়েংলগা প্রকৃতিগী ষোড়ষ বিকার নৈ অষ্ট প্রকৃতি ষে ড়ষ বিকার একাদশ ইন্দ্রি পঞ্চভুত মাসিগী মতুং ইন্না রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা রাসগী কিশেং সগ্নদা উৎপিরগা পুন্নমক রাথল মুন্না থম্বিখ্না হকচাংগী অঙ্গ পুন্নমক লোংখি কুম্নিন হাইনা অথ বা পোংশক অমবু অমুক্তা মশা কনথংহন্দুনা মাহুমরমসু লিংবা থুংদহনা য়াম্না ছন্দোক্তা পোশুরাল হাইনা মজুংদা অমা শেংপগা ফিরোল অহুম্না হকচাংগী শাগৎলক্তই খাংদগী থবাক কাওবা থবাক য়েংহ হনহ্না শাংলব কিশাংনা হকচাংগী অঙ্গ শেমলকই কুম্নং ফুরিৎ অমুবা চেকশিন্না লিংলগা মথক্তা ক্যাংলিককাং ও জোহ পুংচুম পরেং হৈ য়াই থাম্বী শন্দ্রেবী পরেংনা মথং অচোল অকৌ নাইন থবাক শিজিনখি মাসি-নমু স্না পুকনিং চিংনহ্না অরাং অরাংবা ঝালিমি লিক ওইনা উনবা পিশচন্দ্র ই হাইনা পিথ্রাইনা শাহ্না য়ানাশল্লি বোকী শম অসিবু বৌদ্ধ লাইনিংবগী কোকথক্তা শম্বুল শাহ্না মথক্ত অমুবা ফিনা চেৎনা পুন্দুনা অরাংবা মিংশেল মচা কুপ্পা ২ শাহ্না ফজনবা চিকুম তৌহ্না কোকনম হাইনা অমমা নিংথিনা লাক্তুনা শমজিগী মহুট সমজিন্নৈ হাইহ্নন চূড়া কাওবা য়াম্ম্রকই মাসিনমু মপুং ফাবা রাত্তুনা কিয়ানগী মহুট থারোল হাইনা মাংতাবি হাইনা ১সুং খুজি

তাল নূপূর খোংদোপ থুদোপ হাপচিল্লকই মাসিদমু নি বা থুংহন্বা শোভা মমাংদা কয়া গুপিন্না মাই চংদেক্না জগোই শাগনি মসিদি ভক্তিগী অঙ্গ থোক্কে ভক্তি অঙ্গ ৬৪গী মমুংদা অকাইবা লৈরি হাইহুনা মাইথুম হাইহুনা অপাবা কি অমনা কুপশিন্দুনা রাস কীর্ত্তণ মন্নাইদা পুথোকখি মাসিমক অঙকপনি থল্লুবদা মীংতগী পী শিন্দুখিবা খংহৌদে মরমদি জগোই শাবা হায়বসি হকচাংগী বিকার শাথেক খোংগী থুংকী মিংকী মাইথোংগী পুম্নমক শুরগা জগোই ওইরিবনি অহুবু খোংগু উন্দ্রে মীং মাইগু উন্দ্রে হকচাংগী শাথেকগু মপুং কাম্নে খুং পাম্বোম মতেক খিংতনা য়াম্না ধীর ওইনা লেম্না থজিক থজিক্কনা মনিপুর রাস হাইমা পৃথীবীনা শক খংঙ্গিবা শ্রীগোবিন্দগী কৃপা মাসি মশক খংফম থোকই রাখল চিংশিন বিকমান ১মুং শ্রীগোবিন্দগী ফিজেৎ মি দি মানৈ ফিজেৎতি মায়দে ঐথোইগী শ্রীগোবিন্দ, রান্দেং খোইরৌগী মপা লগী মচু স্নাকিগে থোনবা কোক্তা রাহোংগী মতুগী চূড়া নাক য়েৎ খাবোল অনি থবাক পাম্বোম চন্দন ১মুং তাল লিক কোল কয়া থূজি খোংজি নুপুর মাইথোংদা লাইবককা চন্দন কোক্তা লৈত্রেং কজে লৈ খুত্ত মুরুলী ১মুং শিঙ্গা বন মালা অচোনবা ত্রিভঙ্গ রূপ মাসিগুম্বা ফিজেৎ অসি পৃথীবিদা উদে ঐথোইগী কয়াদা লাইবক ফগ্রবা শাস্ত্রগা থারকপা কবিসিংগী কলম্না ইরকপা পুম্নমক শ্রীগোবিন্দগী করিস্ত্র রাংতে মংম অসিনা ইবুংঙো মহাক্কী দর্শন হেক উজবদা ভক্তগী থমোইদা প্রেমগী মূর্ত্তি-নী ॥

( শ্রীগোবিন্দগী স্তব )

অনুম লৈনা অতক চেকশিন্না তৌহুনা লৈবনা মতুংদা মজা ইবেমগী রাসরী পাগাদা ফনেক্না খোংদোল থুম্না শেংনগা ইনকি অমনা কোক

খুমহুনা ইল্লগা য়াল্লা নিংথিজবা ব্যক্তারগী ভক্তিগী মসুং চল্লা হৌখৎলবা য়াদবা য়াগ হৌবা মতৈ হৌগৎলগা মথংদা কমথহুনা পুং যৈবা ওবা অনিনা মক্তোইগী মকোক অম মম চিংবিহুনা বৈষ্ণব সহজি য়াগী অথেংবা সাধক সিধক ওইহুনা শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা য়াসল্লী পালা হাইনা কৎচখি ১সুং মথং মথং নিংথৌরোল কল্লা চৎলগা নরসিংহ মহারাজগী হাকতক্তা নরসিংহ বংশগী ওল বেলী হাইনা অমুক চৎ-থরকই ॥ মা'সসু থোইনা ভক্তিগী অকাইবা লৈতে ॥

মথংদা সার চুড চান্দ মহারাজগী হাকতক্ত দুশীগী খুবাক ঈশৈ দুশীগী বাশক শকপা হাইনা মথং অমা চৎথরকই মাসি মমাংদদি থোইনা বেদগী চৎনবী থোইনা কাইরমদে মমৈথ'দদি অপাম্বনা মাংকইনা বক্তুন সমাজগী থর ২ তিল চংবা হৌরকলে মমৈথ'দদি হৌজিক ওহরিবা সিবি সংসারগী চক্রগী মতুং ইন্ন ধর্ম্ম'সু মরাই চাইথরকলে জগৎশিংগী অরাবগী পোৎলুম নল্লরে মমা তৈদ কো কোনথো'না পুহনা চারমই অরাবা লৈরমদে মথং কাং পোৎনা পুরকহুনা শলংডী পাল্লকলে হৌ'জক হৌবা গডীনা পুবিরে চাবদি কংজে জীবগী হিংনবগী লবেন হেংলকপদা ধর্ম্ম'বু থোইনা বিরজে মরম অসিনা ভক্তগী লবেল থোং হাংদোকপ্রে হৌজিক মাংদা উরিবা সিনা। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী হাকতক্তা শ্রীভাগবত মেরা খা অমা চুপ্পা ভাগবত পাঠ নিয়ম লাইরিক তাবা হাইনা তৌই শ্রীভাগবত মক প ঠ তৌরহ-হারিসঙ্কীর্ত্তন নামসঙ্কীর্ত্তন হায়না অহৌবগা অয়োইবগা নামসঙ্কীর্ত্তন য়াওদবা য়াদে কলিদদি ঈশ্বরগী নাম গুন লীলা, শোনবা অথোইবরি নাম, মামী, খেন্নদে অত্থবু কায়মন বাচিকা লোইননা অভিনয় তৌহুনা মথোল থোকপা যন্ত্র পুং করতাল মোইবুং য়াওনা হারিধ্বনী সঙ্কীর্ত্তননা

অহেনবনি হ য়না লৌরমলে শ্রীভাগবতনা তাকপা মতুংইয়া লৌগ্রে। মতুংদা অসি অনাগীদমকস্নু শিরমদাইদা মাশি শকপা থাংলেল লিঙৈদা মশি শকপ। স্মশান্দা পুথোকপদা মশি শকপা পুরোক্তা ১গী ২গী ৩গী ৪গী মথং মথং ঈশৈ হোংহুনা ষষ্ঠী সপ্তমগী ঈশৈ মথং মথং মরম নাইনা চংথরকপনা শ্রাদ্ধ কাওবসি অগুম্না তৌবা তৌনৈ হায়বহু ইহুনা থম্বিরমই মাহু মকম অসিদা ইজত্রে লৌথৎচত্রে নিত্তিগী শ্রাদ্ধ য়োত্রি কাওবা নাম সঙ্কীর্ত্তনদি তোকপায়াদে জীবগী শান্তি ওইনবনি হায়না থম্বিরবনা ঙসি কাওবা লৈরি মতুংস্নু লৈখিবা য়াই ॥

( মথং অমুক ঝূলনগী দোল লীলা )

হরি সঙ্কীর্ত্তনগী মরম থরদং ইন্দ্র ঝূলন হায়তুনা হুমিং মঙানি হরি সঙ্কীর্ত্তনন। পুজাগী পোৎলম ওইদুনা শ্রীগোবিন্দদা ঝূলন দোল লীলা কংলি মতুংদ। অমুক গন্ধর্ব্ব ঝূলোন হায়হুনা হুমিং নিপাম্নি অমা হাপচিলকই মাসিদ। তৃতীয়াদগী অরাম্ভ তৌই মাসি সঙ্কীর্ত্তনা মরুনি ॥

রাসলীলা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ হাক্তা। রাসলীলায় য়াকূপা রাযূংবা অনিদ। অহানবা কুঞ্জ র স অ.কানবা মহারাস অনি থোক্না কংথি।

মাসিগী মথং ইংঙাদা ১নুং

ইঙেলস্নু চাযবৈ ॥ মাসিদা জগনাথক্ষেত্রদগী থোরকপা গুরু অরি-বমনা শ্রীশ্রীজগনাথ শুভদ্রা বলভদ্র অহুমগী প্রচার তৌহনা জগবন্ধু নির্পন তৌহনা কাংচিংলে সঙ্কীর্ত্তনদি হায়গী অহুম লৈ মাহুগী মথক্তা জয়দেব কবীগী গীত গোবীন্দ হায়বা রাস অহু শ্রীজগবন্ধুগী রায়া পামজবা পদ অমতা ওইরবসু শোন্নবা য়াদে হায়রহুনা সঙ্কীর্ত্তন মত্তোং অমদা জয়দেব চোংবা হায়না সঙ্কীর্ত্তয়া পুজা তৌথি কাংগী হুমিং

নিপাম্নি মাপম্নিগী মসুংদা লীলা মেলা ওইনা কদিবী পালা তুকনা পালা অমসুং গুরুদেব চোংবা হাইনা মথল কয়া লৈপাক প্রজাগী হুরাও কুম্মৈ কযাগু চৎথবকপন' চুডাচান্দ মহারাজগী হাকতক্তা থুবাক ইশৈ হাইনা নিপাগী হুপিগী কীর্ত্তণ মওোং অমা ওন্থোক্না ফজনা চৎথরকই মাহুবু বোধচন্দ্র মহাবাজগী হাকতক্তদি মওোং অমা চৎথগ্রে হান্নগী ফজবা মা'থ্রে মা'সি ভক্তি ম্নাevবক্তবদগী সমাজগী ক.ই হে'ংল-কপনি হ ইনা লৌনৈ ॥ মাসুম তৌতনা ওইরকপনা 'থৌজিক ওইবিবা মওং অসিনি মতু'ম্নু মাসিদগী হেনবা কয়া ২ চৎথরকপা ম্নাই ও'কেন্দ্র নিংথৌ হাকতক অসিদা বেডিঙো থোরকলে মৈতৈগী ইরোননা ইশৈ শকলকলে মা'সি তৌরকলবা ফাওদা মৈতৈগী থাংতৈ শেংবা নট্ট ছন্দদি বিদেস গী শুব ছন্দনি হাইবদা হাইমন্নোই ॥

ম'সি পুম্নমক অসি হাদোকসমলগা ওঝাসিং পুম্নমকপু কুপা ওইনা পু'ং ঈশৈগী অসুম গৌনৈ চ'ইবন্থু চৎথহল্লগা স্বস্থান্দা গঙ্গা মপান্দা লেংহনে' স্বর্গাত ক'খি ॥ ওঝাসিং অসিগী হাকতক্তা নৈনরকপা শাস্ত্র মন্নাম লাইরিক মমিং থরদং মথাদা উংচবি ॥ পুংগী লাইবিকশিংগী মমিং মৃদঙ্গ প্রবশিকা, মৃদঙ্গ দর্পন, মৃদঙ্গ ইতিহাস, মৃদঙ্গ মঞ্জুরি, সঙ্গিত রত্নকর ভক্তি বত্নকরনচি'বা লাইরিকসিংদগী কয়া কম নৈনখি হাউবিবা অসি বিদেশী মৃদঙ্গগী বা হাকুনি মৈতৈগী পুংগী মরমদা তিনছিনলকখনি মৈতৈগী পু' হাইনাসিদি পৃথিবীদা লৈতে ত.শংবা মৈতৈগিনি ংস্থু (পু' হ ইবা ম্নাহৈ অাস মৈতৈনি) মরমদি নাদ ব্রহ্ম হরাওবদগী জগোই শাই মু'ঙাইবদগী ইশৈ শকনিংই ওংনিংঙি জগে ই শাবন অপেনবা ওইদে ইশৈ শকপনমু অপেনবা ওইদে মপু' ক দে তাল শিজিন্নহনা পু' .হক মৈবদা ইশৈশু শকনিং-

লকই ভগোইসু শানিংলকই জীবগী থমোইদা তুমছুনা লৈরিবা নাদ ব্রহ্মবু হোৌদোক্লুনা মা থাঙ্গংতুনা ভানিংবা পোকলক্লবা জীবগী নাদ ব্রহ্মা মশেল লুপথমিন্নখি অশেনবা পোক্লনা থবক মপুং ফাই হাইছুনা পুং কৌরিবনি অহৌবসু মহাকনি অরোইবসু মহাকনি মুন্না থম্বিরবদি হরিসঙ্কীর্ত্তণদা উগনি ॥ মাসিননী পুংগী মওমা অভক চাওরিবসি ষত্র পুম্নমক ফি য়েংতে পুংদ'দি ফি বেংলি মাসি মুন্না থম্ননিংঙাইনি ॥ পুংগী ঙিংবগী মরি মশিং থিরিবা লিহো অহুম খোকলিবা মনাও মচাঙ্গী মরু মচাগী মশিং ১সুং মখিল হাপ'লবা মাসি গী মস পুম্নমক থম্ননিংঙাইনি নট্ট পালাগী পুং মৈতৈ থাঙ্গশেংবনি মরোল খুংলোম্নচিংবা মীতোপ্পগী ভা লুদে হাইনা কৌজনিংই ॥ মাওম তৌছুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌরক্লুনা পানা মরি থাইদোক্লুনা অহানবগী বঙ্গদেশ পালা লৈপাকচাবাদগী মহারজগী সেবক মথৈনা পাল। অমা থাইদোক্লুনা সেবক পালা গাইনা পানা অনি ভ'খ মতুং মা পালাদগী মা পালাবু পালাহন হাইবগা পালা নবা হাইনা অওম অখৌ কয়ানা পালা ওইছুনা পানা মরি থোক্লুনা শ্রীগোবিন্দগী ১০নি লালুপ পুছুনা নিত্তী অষ্ট কাল সেবা কাইদনা ওসি কাংবা লৈরি মতুংদসু লৈখিগনি হাইনা আশা তৌন'র ॥ অসিগী মতুংদা মারজিৎ মহারাজগী হাকতক্তা গোবিন্দগী কৃপাদগী নিত্যাংক্রমল থোকখি ॥

মফমদা ইশৈগী লাইরিক কয়াগী মমিং ( নৈনখিবা ) উজ্জ্বল নিলমনি খেনদা গোবিন্দ লীলামৃত পদ কল্প তরু পদ কল্প লতিকা গীত রত্না বালনাচিংবা লাইরিক মমিং ইরুবগী কান্নদে অশুম তৌছুনা রস পুম্নমক চংথরকপনা গম্ভিরসিং মহারাজগী হাকতক্তা শ্রীশ্রীরাম কৃষ্ণ নিরুপন তৌই মাসিদগী হোৎনা মনিপুরদা রাখাল লীলা

যন শেনবা শান্নবা হাইনা অযেকপা ওঝা লৈপাক মচানা তম্বিহুনা শ্রীগোবিন্দদা কংখি ॥

মতুংদা নরসিংহ মহারাজগী হাকতক্তা স্ন'মহি সিদ্ধিদগী গৌর-প্রবেল কংখি ১মুং নরসিংহ থারা মখেনা লৈমা শিজ পুন্নমক্তা তিন্নহুনা জলকেলি হাইনা সঙ্কীর্ত্তণ মূর্ত্তিবা কালেনগী পুর্ন্নিমাদা শ্রীগোবিন্দদা জলকেলি হাইনা কৎচখি মেরা থা অমা চুপ্পা সঙ্কীর্ত্তণ মণ্ডং অমা ঝাল পালা হাইনা শয়ন শকপ হাইনা ন ম ভাকা হাইনা হৌদোকখি গম্ভিরসিংহ মহারাজ হাক্কতা ডাকা মতুংদ মথং চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ হাকতক্তা চৈতন্য সমপ্রদায় খোব পালা হৌদোক্নুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবাকংখি ইংশোক মতুং তীর্থস্থান মকম পুন্নমক্কগী লাইরিক শাস্ত্র যামুক থিংল্লুবগা মণিপুরগী ওঝাসিং কয়াগী মত লৌহুনা চংহ ১ ॥ চংনা নৈনরগা চহি অহুম শুবদা শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা চৌযষ্টি রস কংখি পুংশীস্থ চৌষষ্টি রাজ মেল থোকখি অচৌবা মশিং কয়া সঞ্চার কয়া তিল তাল কয়া রাজ মেল অচোইবা কয়া রাজ মেল ১২ তরানিথোই বাটা মেল তরানিথোই তানচপ কয়া মেলরূপ কয়া তাল কয়া মশিং লাকতমদনা ১মুং তাল ৬৪ না মরু ওইনা মশক নাইবা মরু মরু ওইবা কৌজিক হৌজিক সিদ্ধ ওইরবা রাগ কয়া শ্রীগোবিন্দনা ওঝাশিংগী থমোইদা লে শিনবিহুনা মপান ন'ইখিত্রবা কলাবিদ্যাবু মৈতৈগী তপেংনা থম্বিরমই মতুংদা মথং চুরাচান্দ মহারাজগী হাকতক্তা সঙ্কীর্ত্তণগী কিজেৎ চাকচা পুন্নমক চাওখৎপা মতোন লোমখি কুঞ্জ র সগী রাস লীলাবু মর্ত্ত রাস হাইনা বড় সাহেব ও'বী স্নাতোম্বিনা মকোকচিংহুনা হাপ্পা বজলা মমংদা ওঝা বুপন মচানা তম্বিহুনা হৌদোকই অথনবা পালা স্ন পালা

লিংথংলি মচা ইবেমগী নামাদা পালা য়াইমা লিংথংলি বামন পালা লিংখংলি শ্রীগৌরাঙ্গগী চরিত লীলা'বু চৈতন্য ভাগবত, চরিতা মৃতদগী লৌথোক্লুনা গৌরলীলা হাইনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চাওয়বা লম্বেল অমবু লীলা ওইনা উহল্লি মীওইবগী অরোইবা জীবন্দা ভেদ গুরু হইনা ধর্ম্ম পালন তৌরকই নিভৃত নিকুঞ্জ যোগ শিঠনা ইমাগী গর্ভ্বী সদা শিবনা থোংদগী হেন্না চংদে অহুওম্নবা বৃন্দাবন অহুদা মহাভাব সরূপীনি শ্রীম'ত রধা কৃষ্ণ অনি রাস লীলা শাটৈ অসিগুম্নবা রস র'জ মশক ওইরবা মহাভাব অসিবু ভক্তসিংন ভজন সাধন তৌহুনা নাম ম'লা চংলবই কর্ম্ম পূরমক ভগবান্দা কংথোক্লুনা সংশারগী লীলাবু সংসার ত্যাগ তৌহুনা ঊর্দ্ধ রেত পুখতুনা প্রেম মুর্ত্তি ভগবানবু উপাসনা তৌই নরলীলাগী মহুংদা রাগ মার্গ হাইনা নিত্যলীলা ভজন্না অথোইববি হাইনা রাধা কৃষ্ণগী লীলা রসবু খমোইদা চেংনা কে ন্দুন যুগল উপাসনাদা আম্মা সমপ'ন তৌবসিনা জীবগী কথোইব ম হ'ইনা শ্রীভাগবতনা তাকপিবা মতুং ইন্না ভাগবত ভক্ত ওইরিবা ভক্তসিং ১শুং বৈষ্ণব-সিংনা শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ মহা যজ্ঞ অসিনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মোক্ষ-পদবীনি হাইনা জান লৈবা স ধুশিংনা লৌনহুনা শ্রীগুরু কৃপাদগী পৃথিবীদা ঊাল্লি। সা'ব চুড়াচান্দ মহারাজগী হাকতক্তা চাওখৎপা মতোন লোমথি অসিগুমবা হরি সঙ্কীর্ত্তণগী মুর্ত্তি (শ্রীরাধ ঠাকুরানী) শ্রীগুরুগী মশকনু বৈষ্ণবকী মশকসু ভক্তগী মশকনু ওইরিবী ইবেমা মহাক্কী কৃপা কংলগা ভগবান্দ শ্রীকৃষ্ণবু কংগদবনি হাইবগী (তাৎপার্য্য) শক্তি অহু হায় কংলগা শক্তাম্মহু কংগদবনি। হাইবগী মরম্না শ্রীরাধিকাগী সখীগী মঞ্জুরি দাসের দাস অহুদাস ওইনা

৪। মত অমদনা মাগধী ১। শিরা ২। মাতঙ্গিকা ৩। মৈত্রেয়ী ৪

১ ২ ৩

৫। পঞ্চমগী—৪। ক্ষিতি রক্তা সান্দিপিনি আরাহিনি ৪। মত অমদা বালা ১। কলা ২। কলরবা ৩। সাদরবি ৪।

৬। ধৈবত—৩। মহন্তী ১। রোহিনী ২। রামা ৩। মত অমদা যাতু ১। বমা ২। আমৃত ৩। অসিনি।

৭। নিষাদগী—২ উগ্রাও ১। ক্ষোভিনী ২। মত অমদা ১। বিজয়া ২। মধুকরী ॥

সঙ্গীত গুরুদি শ্রীকৃষ্ণ ১সুং ব্রজ সুন্দরীশিংনি। মহৌশাগী ওইবা প্রকিতি শুন্দগী হেনগ্রবা শুন মখৈ পুখোক্লকুনা অমগা অমগা ১সুং মখোই মশেল দুংঙাইনবগী চাং হেলহল্লি। মথং মথং (ষড়জ)নচিংবা স্বর সিংশি রাংবা অমসুং নেম্বগী মওংবু তাল হাইবনি। স্বর খুদিং মক্কী তাল মখল ৭ নি মরম অহনা স্বর ৭ কি তালদি পুম্না ৪৯ তারে। স্বর অহুনা নেমথমনখিহুনা (রাম্ববগুম) মল্লার ১সুং বসন্ত রাগনচিংবগী কংলিবা দশা কংদনতা লৈবগী মওং অহুবু মূর্চ্ছনা কৌই মাত্র গ্রাম অহুমগী মখল ৭। ৭। লৈ, অহুনা গ্রাম অহুমগী ২১ নি ॥ মসুংগী কুপ্না খেন্নবা মরাম অসিনা সমঃ উত্তমঃ ১সুং বৈদগ্ধ্য-গী মতমদা মূর্চ্ছনা উত্তুনা ঈশৈ শকই। মূর্চ্ছনাশিংগী মমিংদি ললিতা, চিত্রা, রোহিনী, মতাঙ্গজা, সৌবিরা, বর্ন মধ্যা, ষড়জ মধ্যা, পঞ্চমী, ন্যাসরী, মৃত্ত, মধ্যা, শুদ্ধান্তা, কলাবতী, তীব্রা, রৌদ্রি, ব্রাহ্মি, খেচরী, নাদাবতী,১সুং বিশালা,স্বরগী শ্রুতি অহুনা দুংঙাইবা পোকহনবা হেকপা নিকপা খোইদোকপা মওং অমা পুখোকপদুবু গমক কৌই ॥ গমক মখল ১৫ নি॥ (মাতুদি) তিরিপ, স্ফুরিত, কম্পীতা, নীল, আন্দোলিত,

বলি, ত্রিভিন্ন, কুবল, আহত, উন্নমিত, প্লাবিত, হুহ্নৃত, মুদ্রিত, নামিত, ১সুং মিশ্রিত। ১৫ অসিনি ॥

১। কম্পিত—লঘু ডমরুগী মওংগুম্না থোকপা থোম্বোকপু কম্পিত কৌই ॥

২। তিরিপ—খুরপ্না শরুক অনিরোম য়াংনা চেনবা থোংচৎ ॥

৩। স্ফুরিত—খুরপ্না শরুক অহুমলোম য়াংশিনবা থোংচৎ ॥

৪। নীল—দ্রুত লঘুবুনা নীল গমক কৌই ॥

৫। বলি—মখল মখা য়াম্না থেক্না থোইনা চৎপা তাপ্লা ॥

৬। ত্রিভিন্না—মকম মতাং অহুমদা অরুম্বা থোম্বোক অমূক অমুক থোকহনবা ॥

৭। কুবল—মথক্কী বলিগী গমকা লোইননা কমল কণ্ঠদা থোকপা ঈশৈ ॥

৮। আহত—মগ্রে য়াওবা বিক্রিতস্বর ওইবা ঈশৈ থোনকম ॥

৯। উন্নমিত—লাওনা লাওনা রাংখৎ রাংখত্তুনা শকপা ঈশৈ ॥

১০। হুঁহ্নৃত—য়াংলম্বদগী মেমথরক্তুনা শকপা ঈশৈবু ॥

১১। মুদ্রিত—চিল খুমজিল্লগা ভংহনা শকপা ঈশৈ ॥

১২। নামিত—তোম্বা হাইজবগী থোনকমদা শকপা ঈশৈ ॥

১৩। মিশ্রিত—পুন্নমকীবু ওইরবসু অমদগী হেম্না য়াম্লিম্নহনা শকপা অহুবু মিশ্রিত গমক অসিদা গোপ সুন্দরী ১সুং গোপীজন বল্লভ অসুম হাইনা তোঙান, তাঙান হাইবনা মপুং শাহনা শকই। ছন্দ (ব্যাকরণগী) বাক্যগী মতুং ইন্না ঈশৈ শেম্বা অহুবু থাহু কৌই। মাহু মখল ৪ নি। থোংচৎপু উদগ্রাহক ২। শুবনা মেলাপক ৩। শুবনা মাহুগী ওন্ন তৈনবা নিচল ওইবা য়াহৈবু "ধ্রুবপদ" গীত কর্তা

ওইরিবা নত্রগা ঈশৈনি হাইবদা মন্তিক চারবা য়াহৈবুনা আভোগ ভনিতা। আভোগ ১স্তুং ধ্রুপদ অসিগী ময়াই ওইনা চৎপা খোং-চৎপু অন্তরা মত খেন্নবা মতুংইন্না অন্তরাবুসু ধাতু অমনি লৌই। আর, স্বর, বিরুদ্ধ, পদ, তেনক, পাঠ ১স্তুং তাল হাইবা ৬ তরুক অসিবু ঈশৈগী অঙ্গ কৌই॥ স্বর—স—রি—গ—ম—প—ধ—নি। বিরুদ্ধ গুণরাওনা শেম্বা য়াহৈশিং। তেনক—তেনে তনরি অসিনা চিংবা মথাগী অর্থ লৈতবা য়াহৈশিং॥

পাঠ—ধাং ধাং খিলাং অসিমচিংবা অনুকার শব্দশিং॥

তাল—যতি, কাওয়ালি, রূপক, নচিংবা মমিং চৎলবা শেম্নবা॥ বোলসিং॥

অশুম্না ধাতু ১স্তুং অঙ্গ অনি পুন্নুনা নিংথিনা শেম্নবা ঈশৈবু নিবদ্ধ গীত কৌই॥ সঙ্গীত শাস্ত্রগী মত মতুংইন্না মখোইশিবু শুদ্ধ শুদ্ধ সালগ। ১স্তুং সঙ্কীর্ণগী য়াসি মকম অসিদা পস্ত্রে শকপদি শকই হাইনা থংনগনি (২২) ২৩। শ্লোক য়েংশনবা। শুদ্ধ নিবদ্ধ গীত (ঈশৈ) অসিগী রূপক প্রবন্ধ ১স্তুং বস্তু মথন্ন অহুমনি। মথক্তা হাইরবা ধাতু মরি ১স্তুং অঙ্গ তরুক পুন্না ওইবা ঈশৈবু প্রবন্ধ কৌই। অহানবদা ধাতু অহুমগা মথকী অঙ্গ মঙাসিগা পুনবা ঈশৈবু বস্তু কৌই। মথকী ধাতু অনিগা অঙ্গ অনিগা পুনশিনবা ঈশৈবু রূপক কৌই॥ প্রবন্ধ মঙানি অঙ্গ তরুক পুনবা প্রবন্ধবু মেদীনি। অঙ্গ মঙা পুনবনা নন্দিনী অঙ্গ মরিগীনা দ্বীপনী অঙ্গ অহুম পুনবনা পাবনা অঙ্গ অনি পুনবনা তরাবলী কৌই অঙ্গ অমতনদি প্রবন্ধ ওইবা য়াদে॥

সালগ হাইবসি য়সালগ নত্রগা ছায়ালগ হাইনা থংনৈ। শুদ্ধ

শীঙনা কোংদোক্লিবা তাব ১সুং হায়াগী মওংঙনা লৌই। হাইদুনা হায়ালগ হাইবা মথিং থবথি। তাল মথল মথল পুথোকলি তাল বাদ্যশিংনা ঈশৈগী মতমবু মায় মায়বা তাহা পিদুনা বাদ্যগীদু বোল শেমদুনা উৎলকপা অদুবু তাল কৌই। আদি যতি নাসারু অড্ডা ত্রিপুট রূপক ঝম্পাক মঠ এক তালা তাল ৯ মাপল অসিনা পুনশিনগবু সুর কৌই। শালগ মথল য়ামই ব্রজসুন্দর ব্রজ সুন্দরী শিংনা শকথিবা গাননি॥

ঈশৈগী অহৌবদা শিজিন্নবা অরাংবা স্বরবু গ্রহস্বর কৌই। অমসুং অরোইবদা শিজিন্নবা স্বরবু ন্যাসাম্বর কৌই। ১সুং হাইরিবা অমি অসিগী মরক্তা রাগিনী মথল মথল কোংদোকপা স্বরযুনা অং; শাম্বর কৌই॥ অসুম্না গ্রহন্যাস অংশাম্বর কৌই ১সুং মথক্তা হাই-থিবা অদ ১সুং রাগশিং থেম থেমবা মথল মথল পুথোকুনা প্রবন্ধ গান তৌই॥ গোপীশিংনা অসিগুম্বা স্বর অসিদা গান তৌবদা পেনবীদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ভূয়ো ভূয়োং হাইবা গোপীশিংবু থাগত্না প্রেম কোংদোক্লদুনা তৌবীমল উৎমদুনা শকপা ঈশৈদা পুন্নমক্লা পরমা নন্দ কংনরি॥

সপ্ত স্বর তরেৎমক তুনা তিন্নগা ওইরবা রাগগী মমিংবু সম্পূর্ণ রাগ কৌই। শ্রীরাগ নট রাগ কর্ণাট রাগ কামোদ রাগ মেঘমল্লার ভাবির গৌড়ী বরারী গুর্জ্জরী তোড়ী মালব শ্রীসৈন্ধবী সিন্ধুরা দেবকী রামকিরী পঠ মঞ্জুরী বেলাবলী অসিনচিংবসি সম্পূর্ণ রাগনি। (তরু) স্বর তরুক তিন্নগা ওইবা রাগগী মমিংবু যাড়ব রাগ কৌই। গৌড়ী কর্নাট থাবসী দেশী কোলাহলা বল্লবলী আঘাবরী থম্বাবতী হর্ষপূরী মল্লারীজুংচিবা অসিনচিংবসি যাড়ব রাগ কৌই॥

অছুগা স্বর মশানা তিন্নগা ওইবা রাগনা আখ্যা ঔড়ব কৌই। শ্রীকণ্ঠ ভোলী গৌড়ী শুদ্ধা কীরী মধু করী ছায়া মিলোৎপলা অসিনা চিংবসিনা ঔড়ব রাগনি॥ জগৎ মরোল অহুম অসিগী পুক-ম্নিংবু হয়াওহনবা মকালাখা শুবা স্বর মখল অতগী মম্নিংবু রাগ রাগীনি হায়বসিনি॥

শ্রীকৃষ্ণ ১মুং শ্রীমতি রাধিকা ১মুং ব্রজগোপীশিংনা শাম্নবা শ্রীরাস অতদা ১৬০০০ লিশিং শয়াতরুক কি রাগ রাগিনী শকথি। মসিগী মশ্নিদা মতুং থিংজিনবা উবা শুহশিংনা রাগ রাগীনীগী (শ্লোক) অনিসিগী মতুংদা মমিং থোইদোক হেন্দোক্লা থোম্নবা মাত্র কয়ামুকী মমিং পল্লগা অসিমচিংবা হাইতুনা থমনৈ। লোইনা শুন্যু মমিং পাল্লমত্রে দেশ দেশগী থেম্নবা মতুং ইয়া মমিং লৌগ্নি। মরুওইবা ছয় রাগ ছত্রিশ রাগীনি রাগ তরুক রাগীনি ৩৬ হাইবসি জগৎ পুম্বদা থংনরবা শাম্নুনা নৈরবা পোৎশক্নি। রাগগী পুরুষতরু-কনি। বসন্ত মালব শ্রীরাগ মল্লার হিন্দোল ১মুং কর্ণা তক অসিনি পুরুষ খুদিংগী রাগীনি ৬। ৬ থকনা রাগীনি ৩৬ নি। ১মুং মল্লারী অনি অসি তিন্নগা পুরবী অছুগা বরাটি ১মুং নট কর্ণাদ অমিসি তিন্নগমা কল্যানিকা তুড়ী ১মুং থানসি অনিসি তিন্নগনা সরাজ, শ্রী ১মুং গৌরী তিন্নগনা গৌরী রাগ নটগা মল্লারগা তিন্নরগা নট মল্লারিকা দেশী ১মুং আশাবরী তিন্নগা বল্লবী কর্ণাট ১মুং তৈরব অসিনা কর্ণাটিকা সৈন্ধবী ১মুং তুরী পুন্নগনা মুখাবরী রাগ মল্লারী সৈন্ধবী ১মুং তুরী অহমসি পুন্নগা আশাবরী দেশী ১মুং গুজরী অনিসি পুন্নগনা রাম কেলী ওইহল্লি স্বরনা মপান থোয়ক্তুনা শং-লকপবু আলাপ কৌই মাহুদি আ তা না রি হাইরিবা মরি অসিগী

খোঙ্গেন্দা নিংখিনা হুঁকার তৌরকপত্তু আলাপন আলপ তৌবা কৌই বর্ন আলাপ ১স্সুং ষ ঋ গ ম প ধ নি স্বর অসিদা তৌবা আলাপপু অলঙ্কার কৌই অলঙ্কার মখল ৬২ মাদুগী মচুংদা স্থায়ী ২৬ আরোহ ১২ ১স্সুং অবরোহ ১২নি। অসিগী মথংদা শ্লোক অহুম অসিনা ৮৮ ।৮৯।৯০। গী বাদ্যগী মরুওইবা মরমদা বর্ননা তৌরি। বাদ্যগী মখল মরিনি ॥ মাদুদি তত ঘন আনদ্ধ ১স্সুং শুষির মরিঅসিনি তারা হাইবদি মরী তিংতুনা ওইবা বাদ্য যন্ত্রশিংবু তত কৌই সঙ্গীত শাস্ত্রগী মত মতুংইন্না আলাবনী ব্রহ্ম বীনা কিন্নরী লঘ কিন্নরী কচ্ছপী বিপঞ্চি বল্লবী জ্যেষ্ঠা চিত্রা ঘোর্ষবতী জয়া হস্তিক—কুব্জকা কূর্ম্মা সারাঙ্গি পরিবাদিনী ত্রিসরী শততন্ত্রী নকুলোষ্ঠা কংশরী ঔরম্বরী পিনাকী নিবদ্ধ—পুষকল গদারুন বারুদ্রবীনা স্বরমণ্ডল মরাম অসি অসি কুইরবা তত বাদ্য নি ॥

শউরা তিংবা যন্ত্রবু আবনদ্ধ মাদুদি মৃদঙ্গ তবলা ঢোলক আনদ্ধ বাদ্যনা মাদল মুরজ ঢক্কা পটহ চাঙ্গব পনব কুণ্ডলী ভেরী ঘট বাদ্য মখোইশিং নত্তবা বর্ঝর ডমরু ঠমকী সন্দু হুড়ুক্কা মড্ডু—ডিণ্ডিম উপাঙ্গ দর্দবা নাচিংবসি য়ামন প্রাচিন ওইরবা থাইনগী বাদ্য যন্ত্রনি ॥ শুষির বাদ্য বাঁশী বাঁক জাতিগী ওইনা লৈরকপা কামতুনা মখোলনা থোকপা যন্ত্রশিংবু শুষির বাদ্য কৌই অতৈস্তু লৈরি বঁশী পবিক মধুরী তিত্তিরী শঙ্খ কোহলা তোড়ই মুরলী বুক্কা শৃঙ্গিকা স্বর নাভি শৃঙ্গিলাপিক বংশ চর্ম্ম কংশ অসিনা চিংবসি শুষির বাদ্যনি ॥

ঘনবাদ্য - ধাতু অসি মৈশিল্লবদা থোকপা যন্ত্রবু ঘনবাদ্য কৌই মাদুদি করতান কাংস্য জয় ঘণ্টা শুক্তিক কম্পক ঘট বাদ্য ঘণ্টা

দ্য ঘর্ঘর ঝঞ্জতাল মঞ্জির কর্ত্তু শুং জম্বুর মথল ১২ অসিনি। অসিগুম্বা বাদ্য যন্ত্র পুন্নমকাস মানা মানা পাম্বা পাম্বা পুনরক্তুনা রৈবা হৌরকই শ্রীকৃষ্ণনা বাঁশী খোংহুনা অতগা শ্রীমতি রাধিকা না অনাবলী বীনা ললিতান কচ্ছপী বিপঞ্চী রুদ্রবীনা অসিনচিংবা খল্লোকপা স্বাত্রবা যন্ত্র ময়াম অসিনা খোংবা রৈবনচিংবা তৌহুনা পুকনিং শুমহৎনবগী মশক ওইরম্মি।"

৮০।৮৯ শুবা শ্লোকুভর্দ বাদ্য মথল ২। ৪গী ম'মং ও মক পল্লি হাইবতনি মাইকৈ মরিগী থবক থোকপা শুনা ওইহল্লি। ৯১। ৯২। হস্তক নিংখিজপ্রবা অঙ্গ ভঙ্গিগা লোইননা থুংকী থুংশা মথল মথল মওংদা মূদ্রা পুথোকপা উৎপা পাতকানচিংবা' উৎপা মাচবু হস্তক কৌই। মাতুদি হস্তক সি মরু ওইনা কাতি অহুম থোক্না থাই মাতুদি অশংযুত সংযুত ১সুং নির্তিত্ত। থুংনামতম' উৎপা অভিনয় পুথোকপবু অশংযুত। থুং অনিমক্লা পোৎশকী মওং উৎহুনা মথল মথল পুথোকপা ভঙ্গি হস্তকা জগোই শাববুনর্ত্তি কৌই। হাইরিবা হস্তনর্ত্তন সি অমুক মথল অহুম থাইরি মাতুদি উত্তান অধোমুখ পার্শ্বগ শ্লোক অনি অসিদদি থুংকী হস্তকী মরু ওইবতা উৎলমলে।

থুংগী কোনশিল্লগা থুদোনবীগী মথোংদা থমলগা শম্মরগা থুংশা অতৈনা অমগা অমগা শন্ননা চপ তিংমা থম্ববু পতাকা কৌই॥ থুংপিনা থুদোনবীগী মতোনগা শম্মচন' থুদোনবী থুবাই ১সুং থুনিংথৌগী মনিং তৌনা তিংখোক্তুনা লৈববু ত্রিপ তাকা কৌই। থুংগীনে থুদোনবীনে থুংয়াইনে অহুমসিমা মাংওইনমা শোক্রগা থুনাওবীগা থুনিংথৌগনা ফদোক্তুনা লৈববু হংসান্য

হস্তক কৌই   খুনাওবীনে খুনি থোনে খুপিনে মাংওইননা শোক্ল-রগা খুদোনবীগা খুংয়াইগা অমিনা তিংথোক্লুনা লৈববু কর্ত্তরি মুখ কৌই। খুদোনবীনে খুনিংথোনে অহুম শয়ুংনা লৈববু শুক তুণ্ডক। খুপিনে খুয়াইনে খুনিংথোনে মাংলোমদা শোক্লরগা খুদোন-বিগা খুনাওবগা যুংথত্তুনা লৈববু মৃগ শীর্ষক কৌই। খুপিগা খুদোনবীগা মতোন মতোন শোক্লরগা অতৈ খুংশা অহুমচুনা য়াংনা তিংথোক থেকংতুনা থম্ববু সন্দংশ খুংশা পুম্নমক মাংলোমদা মতোন মতোন শোক্লরগা মথকলোমদা উংপবু সু চ মুখ   খুপিনা অত্তোপ্পা মাইকৈদা কন্নোক্লগা খুংশা অতৈনা তিংনা লৈববু অর্দ্ধচন্দ্র কৌই। খুংশা পুম্নমকসি লিক্লং শানা কোলথংলগা মতোম মতোন শোক্লদনা লৈববু পদ্ম কোষ কৌই   অতুগা লিনগী মরৈ তিংথোক্লুনা থেং-বগুম লৈববু অহিভুণ্ডক কৌই। মাংদা খুং অনিগী খুপি অনি মাংদা শোকনবা খুদোনবী অনি অমসুং মাংলোমদা শোক্লবা খুংনিং থোগা খুনাওবীগন মথকলোমদা তিংথোক্লুনা লৈবা খুংয়াইনা কোনশিনবা ঘটকা মুখ হস্তক কৌই ॥

সঙ্গীত শাস্ত্রদা মথক্কী হাইগ্রিবাশিং অসি নত্তবা অরাল মুষ্টি দাড়িম্ব কপিৎথ শুক মুখ কাঙ্গুল পল্লব চঞ্চুর হংস পক্ষ ভ্রমর মুকুল ঊর্ননাভ কুক্কুট উপধান সিংহ মুখ কদম্ব নিকুঞ্জ অঙ্গুলি কপোত কর্কট স্বস্তিক দোল পুষপ পুটিকা খটকা বর্দ্ধ নালপ গজদন্ত অবহিৎথ নিষেধ মকর বর্দ্ধমান অসিনচিংবা সংযুক্ত ১শুং অসং যুক্তগী হস্তক মথন কয়ামকম সঙ্গীত শাস্ত্রদা উলেক তৌহুনা লৈ ॥ অশোইবা মাইগত্রা হাইবগী ফিবনা মথোই খুদিংমক্কী বর্ননা তৌরমত্রে ॥

ঈশৈ ১সুং অগোইদা তালগী পাঙ্গয়া পোকহল্লি মরুওইবা থেম্নবদি ধ্রুব লম্মন নষ্ঠ লম্মন ১সুং বিলম্মন তালগী থোংথাং মরিগী

অরোইবা পদ থুগাইদুনা তাল মথল ১৬ ১সুং মঠ লক্ষনগী খোংথাংদা খেন্নবা ৬ কা পুম্না তাল ২২ নি। মথক্কী অনি অসিদগী মনিং মথা ত্তৌবা নিয়মদা চৎপা তালগী মমিংনা বিলক্ষন হাইবসি বিষম তাল কৌই। বিষম তাল অসিগী মশিং অরেপ্পা নৈত্তে।

ঈশৈগী খোংচৎপু কাহুনা নিংথিজহল্লিবা তালগী গ্রহ মথল অহুমনি। অনাগত ১। সম ২। অতিত ৩। ঈশৈগী মমৈগী মাংথানা লৌবা তালবু অনাগত মতুংদা লৌববুম্না অতিত, ১সুং ঈশৈগী মতম হৌবা লোইবা চপ মান্নবা চৎপা অহুবুনা সম কৌই। লোম্নগী পরিচয়দি মতুংগী শ্লোকা হাইরকনি লোয় হোংদোক হোংজিন তৌবগী নিয়মবু যতি কৌই। তম্না (পোৎথাহুনা) পুবা লয়বু বিলম্বিত মরাইনা মধ্যম ১সুং অথুবনা দ্রুত মাগী যতি হাইবদি হোংদোক হোংজিনগী নিয়ম অহু মথল মামই

৯৫। ঈশৈগীত বাদ্য ১সুং পদ নাইবা খোংচৎকী নিয়ম নাকবা মতমগী খোইদোকপা মমিংবু লয় হাইরিবাসিনি লোয় মথল অহুমনি মাহুদি দ্রুতলয় মধ্যমলয় ১সুং শেষ হাইবদি বিলম্বিত লয় অসিনি।

মাত্রা ১ মাত্র অনি মাত্রা মরি অসিনচিংবগী খেন্নবা চাং থংগ-দবনি। খোঞ্জেল য়াওদবদা কাবা তাল খোঞ্জেল য়াওবদা কানবা হাইনা তালগী মফা মথল অনিনি। অয়াংবা থাক্তা খোঞ্জেল য়াওবা তালগী কাবম ওই অহুগা খোঞ্জেন খোক্তবগীনা লঘু অনেম্বদা তালগী কাকম ওইনৈ।

তালগী পোথাকম অনদি লেপকমগী খোইদোকপা ইহন অমা পিবগী মমিংবু মান কৌই। মান খেন্নবা মতুং ইম্না অনি খোকনা

থাই। বর্দ্ধমান হাইবা অমা ১সুং তীয় মান হাইবা অমগা মান মথল অনিনি। অনিশুব কলাদা তাহনা কেক লোবা মানবু বর্দ্ধমান মান মমৈ থংবা কলাদগী লোবা অহুবা হীর মান কৌই। গোপী সুন্দরীশিংনা অসিগুম্বা শাক্রং মওং পুম্বাসিবু শুনা হাপ্লুমা উত্নুনা ঈশৈ শকথি ১সুং জগোয় শাথি॥

শ্লোক মগী অসিনা মাত্র ৩৪ গী তালগী মমিং পন্দুনা মাইকৈ হাইবদি মশক লেপ্পরমই। মাচুগী মতুংদা রূপক একতালা ১সুং যতি থাইনা থংনরবা তালশিংগী মমিংনি। আড়া (ঝম্প) ত্রিপুট (তেউট) অসিনাচিংবা অয়াম্বা থংনয়বা তাল ৩৪। মাত্রগী তাল শিবিবা (শ্লোক) মগী অসিগী মতুংদা য়াওরি অসি নত্তবা অতৈ তাল নমিং কয়ামরুম সঙ্গিত শাস্ত্রদা রণ, মাণ্ডদি সিংহ নিল সিংহ বিক্রম সিংহ নাদ সিংহ বিক্রেড়িত শ্রীরঙ্গ রঙ্গনীল রঙ্গ পরিক্রেম প্রতঙ্গ রঙ্গোদ্যত ত্রিভিন্ন বির বিক্রম হংসগী লর্ঘন লীল রাজতাল কীর্ত্তিতাল মকরন্দ মঠ সুদুর্বল রাজ বিদ্যাধির বর্নতাল বনমালি মিশ্রবঙ্গ প্রদীপ হংসনাদ মল্লিকামোদ যরভ প্রতিমঠ লীলরঙ্গ ভয়ন উরগনীল জয়, বিজয় জয়শ্রী জয় মঙ্গল বিজয়া নন্দ প্রতিতাল, ক্রীতা ত্রিভঙ্গী কোকিল প্রিয়তাল শ্রীকান্ত তাল বিন্দুমালি সম নন্দন উদীক্ষণ মল্লিকা (ঢেক্কিকা) ভেক্কীকা বর্ন মণ্ঠীকা অন্তরা ক্রীর অভিনন্দ লঘু দীপক অনঙ্গ বিষম নান্দি কুন্দ মুকুন্দ কঙ্কল চৌতাল থংখুড়ী অড়ঙ্গ রাজ ঝঙ্কর লঘুশেখর প্রতাপ শেখর গজ ঝম্প চর্তুমুর্খ ঝঙ্কার তৃতীয়ক বসন্ত ললিত শিব ব্রহ্ম কব শাখা ষটতালি বর্দ্ধন লীলা বিলোকিত জনক ললীতা প্রিয় লক্ষিশ উসব আসিনচিংবা অসিগী মতুংদা চৌতাল হাইবসি থাইনা থংনরবনি অমনা থুংখুড়িসি

খুংরি হাইনা খংনৈ অহুম শুবনা তেতাল হাইবাসিনি হৌজিক চৎনরিবা ( খেমতা ) খেমটা থয়বা কাওয়ালি শোয়ারি লোতা ধামার প্রোস্তা ধারাদশকুশী অসিনচিংবা তালশিং অসিগুম্বা তাল অমনা তাল অমগী থর থর লৌশিন্দুনা মমিং হেক অমা ওইখিবা তাল মমিংসি থোক্লকই। মমাংতৈদা মাত্র ১০১ গী তাল জগৎতা চৎনরম্বই শ্রীরাসতা মথল মথা য়াম্লবা নৌর নৌরবা তাল শ্রীকৃষ্ণ ১সুং নিংথিরবী গোপীশিংনা শিজিন্নখিবা নিংখিনা শেমলবা তাল ৫০৩৩ গী তাল পঞ্চম সহস্রানি ত্রয়স্ত্রিশদ্ভবত্য মী তাল ধিকারে॥

তালগী মাননে নিয়মনে ঘাটনে তাল খিবিকি শুন্যনে অমসুং মগুন শব্দোকপনে ভত্র মঙ্গল হাইবনে সুভদ্র অথোইবা মঙ্গলনে অমদি অতিত্ত হাইবদি হৌখিবনে নাদ স্বরনে তালগী লক্ষন পুম্নমক অসিবু স্বর্গদা মহাদেবনা প্রচার তৌখি। ১ একাধিক শনাস্তালান চামগা মাথোইগুবা তাল পুম্নমক অসিবু সংসারগী মঙ্গলীদমক পৃথিবীদা শুন লৈথা পুম্নমকী উপকারগীদমক ( সর্ব্বত্রৈব ) পুম্নমক্তা শব্দোকখি॥ স্বর্গদা অষ্টোত্তর শনং তাল চামগা নিপাল পঞ্চমদা (পঞ্চমং) তাল মঙা দক্ষিন্দা মঙা লঙ্কাদা তরেৎ সিংহল দেশদা শব্দ তরেৎ পুর্ব্বদা মঙা অরাংদা মঙা চৎকনি। গৌরদেশদা তাল ৩৬ চৎকনি মাগী মাপ্নী তোপ্পা তোপ্পা চৎকদবনী মাসি সঙ্গীত শাস্ত্রনা হাইবনি।

মনিপুরগীদি ওঝাশিংগা নিংথৌগা তিন্নহুনা থা অমগা তুমিং নিনি তুমিং ৩২ অসিদা চৌষষ্টীরস শকখি চহি অনি মথাই চংনা লেংলগা চহি অহুম শুবদা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী হাকতক্তা তাল ছমকুমরি মরু ওইনা চৎখি। তাল হায়র্বাস ঈশৈ ছন্দ লোই উপোন রেংহুনা তাল থোকপনি মরম অহূদগী মনিপুর তাল পুম্নমক

ঈশৈগী মমিংদা তালগী মমিং থোল্লি অতৈ খরাদংদি এক তাল ছুইতাল, তিনতাল, চারিতাল, পঞ্চম, তাল মডাদং তালগী মমিং পল্লি অতৈদি ঈশৈ ছন্দদা লোইদা ইপোমদা লৌহ্না থোল্লি য়াসিগী মরমদা মমিং খরদং মখাদা উৎচরি ॥

১। লাখবান তাল, ২। সোনার বরণ” ৩। মন যোজিলু ৪। হাহাপ্রভু নদে চান্দ” ৫। ধর ধর তাল অসুম তৌহ্না মমিং থোনবা তাল অসি তাল ৬৪ মনিপুরদা চৎনৈ। মৈতৈ লৈপাক্তা চৎনরিবা তাল পুম্নমক শাস্ত্রদা য়াওদবা অমতা লৈতে মৈতৈনা দশ কোষ পুম্নমকী তাল ঈশৈ ২গী মমিং লৌহ্না ছন্দ কবাগী মমিং থোল্লি যতি তালবু মৈতৈনা জয়দিক হাইনৈ ছন্দগী মতুং ইন্না চারি তাল অমসুং উজ্জ্বর ভাব, অসুমনা কয়া থোল্লি। জয়দিক, জযদিক কাটা, রূপক, রূপক কাটা ব্রহ্মা তাল, বিষ্ণু তাল, রুদ্র তাল, অসুম তৌনা শেমলম্বা তাল অসি মনিপুরদা মাত্র ৫৪ য়াংখৈমবিগী তাল অসি কাওবা মনিপুরদা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌরি ॥ অষ্ট কাল সেব গী মরম খরদংগা সঙ্কীর্ত্তণগী মরম খরদংগা মখাদা ইজরি ॥

(শ্রীকৃষ্ণ)

গীতাগী শ্রীকৃষ্ণ মীওইবগী পুক্লিংগী য়াথল শমলম্বা খয়দং ১। মহাভারতকী কৃষ্ণমা ধর্ম্মরাজনা লিংখৎপনি। গীতানা ধর্ম্ম উপদেশপিবা ধর্ম্ম সংস্কার তৌনা। ধর্ম্মগ্রন্থ পুম্নমকী বিচারদা মথল অনিগী দর্শনিক মত। উপধর্ম্ম অসংখ্য আখ্যান উপখ্যান সমন্বিত তৌবদা। কয়বনা পাম্বা কয়ম্বা লৌরগা কয়ম্বা থাদোকপা য়াসিগী নির্ণয় তৌবা অরাইবা থবক নত্তে প্রধান ওইবদি বৈদিক

কর্ম্মযোগ, বেদান্তিক জ্ঞান যোগ কপিল সাংখ্য মত পাঞ্জল, রাজ যোগ পুম্নমক অসিগী মন্নুংদা ভক্তিশীদি প্রমান লৈতে। গীতাদদি শ্রীকৃষ্ণনা হায়গী পুম্নমক্কী মথক্তা ভক্তি যোগ হাপচিল্লি। সনাতন সংস্কার তৌই শাস্ত্রদা সনাতন ধর্ম্মসি বেদ মুলকনি বেদগী ভাগ অনি লৈ, কর্ম্ম কাণ্ড (বেদ সংহিতা) জ্ঞান কাণ্ড (উপনিষদ) বেদগী যাগ যজ্ঞনচিংবা তৌবদা যজ্ঞগী ব্যবস্থা কল কংননবা তৌবদবু শ্রীভগবানা গীতাদা হাইবনা তৌরিবা পুম্বা কর্ত্তব্য ওাক্তনি তৌবতদি কল কংখ্য থাদোকপা নিস্কম মভাবতা তৌবা। অমমবগা থাওমৈগা পুম্না লৈমিন্নদে অন্থণুম্নবা কর্ম্ম ত্যাগ তৌত্রবদি জ্ঞান মোক্ষ কংবা ওইথোক্তে। অতুদি সংসারদা লাক্লগা কর্ম্ম তৌত্রবদি অমসুং সংসার ত্যাগ তৌহুনা সন্যাস ওাক্তা ওইরবদি বিশ্ব লীলাসি লোপ ওইরোইত্রা। অতুনা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরি জ্ঞান কর্ম্ম সমুদয় মুলক নিস্কাম কর্ম্ম যোগ তাকপিবি গীতাদা বৈদিকী কর্ম্ম যোগ অমসুং বেদান্তিকী জ্ঞান যোগ অনিসিদা চক্তিগী রা রাওদে। ভগবান্দি ভক্তগীনি হায়বদি ওাইদে গীতাদদি ভক্তি বাদকী মঙাল মপুং ফানা পিরি কর্ম্মগা জ্ঞানগা লোইননা ভক্তিগা পূনশিন্দুনা যোগ ধর্ম্ম অমা তথি হাইবা য়াই সংসারদি ময়ানি সংসারদা পোক্লবাদ রাননবতনি মংগুম্বনি জগৎ আস মিথ্যানি অমুম্না লৌরবদি ঐথোয় সংসার সিদগী কদাইদা চংকনি কদাইদনো চেনখিবা তাত্রা। অমসুং চেন্নিংবা পোক্কনি মাত্র নত্তে জগৎ অসিদা শচীনন্দ গুহবা ইবুংগোনা ভান্দুনা লৈন্নি চিংস্বরূপ লৈবনা ঐথোয়মা খংবা ঙম্বা। চেতন লৈরিবনি মাগী জ্ঞান স্বরূপতু লৈবনা ঐথোয়গী জ্ঞান কংলিবনি মাগী আনন্দ রূপ লৈবনা ঐথোইবা রসানুভূতি মাগী

প্রেম স্বরূপতগী ঐখোই প্রেমানুভূতি লৈরিবসি ইবুংঙো মহাক লৈবনা লৈরিবনি পোকপনী। অসুম্না জীবগী কর্ম্ম জ্ঞান বুদ্ধি স্নেহ পিরি রসানুভূনি লৈরিবসি ইবুংঙো মতোম্দগী ভাক্তনি। মাহুনদি খংলে জীবন অসি মাগীনি কর্ম্মনা জ্ঞান ১মুং প্রেম্না মাগী মাইকৈদা চিংশি-বিসনু ঈশ্বর জীব জগৎ লৈনবা দর্শনিক তত্ত্বগী মথক্তা ধর্ম্ম ১গা খোরকপনি মাহুবু ভাগবত ধর্ম্ম হাইবসি জ্ঞান কর্ম্ম ভক্তি অহুমসি পুনবগী গীতানা হাইবা উচ্চতম ভক্তিবাদ জ্ঞানগী অর্থ সর্ব্বভূতকী সেবাবুনি দয়াবু নত্তে, সেবাবু মাগুগী ভক্তিবু ভগবদ ভক্তি ১মুং ভূতপির্তি অমতনি, অসুম ওইবা রাংগ্রবা ভক্তি বাদ অসি জগৎকী ধর্ম্ম সাহিত্য অসিগুম্বসি অতোপ্পা মকম কদাইদা উগদগে। পুম্নমক ব্রহ্মনি শাস্ত্র বাব্য বেদান্ত মুলক { সর্ব্বভূ তেষু-মনোবাক কায় বৃত্তিভিঃ মামেনঃ সর্ব্বভূতেষু বহিরন্তর পাবৃতম: ॥ } অসিগুম্নবা বেদান্ত মুলক ভাগবত ধর্ম্মসি কুরুক্ষেত্রগী লালহৌদ্রিদ্রৈদা মাগী মুংশিজরবা শিষ্য সখা অর্জ্জুনদা ধর্ম্ম উপদেশ পিখি অসিগুম্নবা মনাই সখা উদ্ধবতসু ধর্ম্ম শিক্ষ ভাকপিখি

পুরানগী কৃষ্ণ মহাভারতকী কুরু পাণ্ডবকী ইতিহাস ভাক্তা ওইনা তৌই শ্রীকৃষ্ণ লীলা বন নাদি রাংলি অরাংপা অহু শ্রী ভাগবত তারচিন্ত ৬ই। মাহুদা ব্যাস, নারদ সংবাদ অহুদা হরি ব্য সদেবনা নারদগী মকমদা হাইঞ্জে ঐনা মহাভ রত ১মুং ব্রহ্ম সুত্রন চিংবদা রচনা কয় তৌজরবদা প্রশাদ ইপেন পেঞ্জদবা অমা পোকই পেঞ্জবা হাইবহু ওইদে ম্যাসগ মবন্ধ কারাগনে। হাইবা খংবা ঙমদে। মাসি হাইবদা দেবর্ষি নারদনা পুমাখ তেঃ ব্যাস নহাক্না ভারতকী আদি ধর্ম্ম অধর্ম্ম মরু ওইবা কয়া কগা উৎথ্রে। অহুগা বাসুদেব

শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাদি মপুং ফানা কীর্ত্তণ তৌরে। হরি ভক্তিগা লোইননা ইত্রবদি ব্রহ্ম জ্ঞানগী :শোভা ফংজবা ঙমলোই। করা-গুম্বা জ্ঞান লৈরবা পরমেশ্বরগী স্বরূপ উরবা খংলবা মীবুশু অতোপ্পগী মী অমদদি ক্ন্দিশু লৈতনা খনবা অমসুং অদুক রাবা সাধনমবু হাইনা খনবা য়াই মরম অদুনা কর্ম্মদা লুপ্পনা লৈরিবা দেহ অভিমান ওইবা মী'শিংদা ভগবৎলীলা দর্শন তৌহল্লু। অদুগুম্বা কৃষ্ণগী লীলা শন্দোকপা বর্নন তৌবা পুরানশিংগী ব্রহ্ম পুরান বিষ্ণু পুরান ভাগবত পুরান ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরাননা মরুওইবনি। অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতকী মর্য্যাদানা খ্বাইদগী হেল্লি। কবিত্বদা পাণ্ডিত্য গাম্ভির্যা মাধুর্য্য পুম্নমক্কী হেল্লি। শ্রীভাগবত পুরান্দা শ্রীকৃষ্ণগী বিভাব মথল অহুম। ১ প্রতাপধন অসুরনি সুদন কৃষ্ণ। ২ প্রেম ধন রসময় শ্রীকৃষ্ণ। ৩। প্রাজ্ঞধন পরম জ্ঞান গুরু কৃষ্ণ অহুম অসি

১। পুরান অসুরনি সুদন চক্রধর শ্রীকৃষ্ণ গাভৌ রূপনচিংবা ধারন তৌদুনা দেবা সুর যুদ্ধদ হিংচাবা উদ্ধার তৌই। বাসুদেবগী মচা ওইনা জন্মগ্রহন তৌই ব্রজলীলাদা পুতনা বধ বকাসুর বধ। মথুরাদা দ্বারিকা লীলাদা কংশ, শিশু পাল, জরাসন্ধ নরক, বান, পৌণ্ড্রকনচিংবা নৃপা সুর মরাম হাৎপা মতুংদা কুরুক্ষেত্রদা পার্থগী সারথী ওইবা॥

২। প্রেম ধন কৃষ্ণ মুরলীধর রস ময় শ্রীকৃষ্ণ— মাধুর্য্যলীলা রস লীলা প্রেম লীলা। পুরান্দা চক্রধর ওইবনি মুরলী ধরসু ওই। অধরে মুরলী হাইরিব করিগীনো মহাক করানো ভাগবতনা পরিচয় পিবা মহাক যদু বংশগী বিশ্বাত্মানি অদুগুম্বা কৃষ্ণদো অমাগী অ।ত্মানি খংবৈ। ইবুংঙো মহাক্তি জগৎপতিতা নত্তে

জগদাত্মানি প্রিয় মুংশিবা পুম্বশী মকোকনি—মচা মুংশিবদগী হেনবা প্রিয় খ্বাইদগী হেন্না কজবা প্রেমধাম বৃন্দাবনদা প্রকট ওইহনা বেণু বাদন তৌবা। মহাদা বেণু খোংলবা করিগীনো মহুনা সর্ব্বভূতকী মনবু হরন তৌই ত্রিজগৎকী পুকনিং চিংশিল্লি আকর্ষন তৌই। বেণু খোংবা তাবদা নর নাডি প্রমোদিত পশুপক্ষী পুলকিত তরুলতা মুকুলিত যমুনা উচ্ছ্বলিত য়েংউ বাহোংশিংসু জগোই শাই শজি শজাই অপুন্বা ইবুংঙো মহাকী নাকা চেনশিনকই মাংগী পুম্বনা বেণু গীত তাবদা মমিংতা পী তাকৈ শনাওনা হয়াওনা কোকিলতানা সঙ্গোম থকচৈ বিহঙ্গশিংনা মুদিত নয়ান ওইহনা শ্রীকৃষ্ণগী সুস্বর বেণুগীত তাজরি। হৈ, লৈ, পাল্লি উশা উবিন প্রেম শহৌহনা। হৈ লৈদা মধু ধারা চিংশিল্লি (মতাং অসিগা মনিপুরগা পানবা উহৈ রাহৈনা রস হেল্লিবা করিগীনে খম্ভকম থেকই শরদং খম্ভরগা মরম কংত্রা হাইনা য়েংসি। মকমদি মনিপুরগী রাসলীলা মুরলী নাদ, খরাই পাল্লিবা চেতেন লৈরিবাশ গীদি লাইবক্তন নদী তুরেল পুম্বসু মুকুন্দগী গীত শ্রবন তাবদা ইথক হৌবা হেকগৎতুনা উ বোল্লাস ভাবোল্লাস কোংদোকলি। কয়াদা হাঙ্গৈনিংঙাই লৈত্রবা অপুর্ব্বদৃশ্যনি পরমাত্মা অখিল আত্মা মকম পুম্বদা লৈ তংগা খন্দবা চংই। খল্লু ইবুংঙো মহাক্কি আত্মগী আত্মানি প্রানগী প্রাননি প্রেমধন রসধন "রসানাং রসতমঃ" অসি পুম্নমক বহির্ম্মুখ শীংনা খংবা ঙমদে। প্রেমধাম আনন্দধাম বৃন্দাবনদা ইবুংঙো রসময় প্রেমময় ওইবা প্রত্যক্ষ প্রকাশ তৌরি ব্রজগী লীলাপুম্নমি রাস লীলা আনন্দ লীলা শ্রীভাগবতকী লীলা বর্নন মুক হেনবা মধুর রসনি খন্থবিনিঙাই অমতং য়েংশিনবীযু পৃথিবী বৃন্দাবন রসলীলা আনন্দ লীলা ভগবান মহাকী লীলা জগৎ সংসার॥

## 'মহাপ্রভুগী য়ানি'

"কৃষ্ণাঙ্গ" মাধুর্য্যসিন্ধু : খংইদগী থোইবনা কৃষ্ণ মাধুর্য্য লীলানি। কৃষ্ণ লীলাগী মনুংদা পুম্নমক্কী নরলীলা অথোইবনি। রাখাল বেশ গোপ গোচারন থৃৎতা বাঁশী কোক্তা চূড়া পুক্তা থবাক্তা লৈ পরেং। হকচাংদা লাইথক্তা চন্দন ললীত ত্রিভঙ্গ রূপ (কৃষ্ণ) মূর্ত্তি। কৃষ্ণগী মাধুর্য্য পুম্নমক অসিবু ঐথোইনা ধ্যান তৌনরি। কনাগুম্বনা কৃষ্ণ ঈশ্বরনি হাইবা মখৈ থাক্তে অবতারনি হাইববুদি থাজদে। ঈশ্বরনা মী ওইবা য়াত্রা পোকপা শিবা নাইদবা (জন্মরহিত ওইরবা) ভগবান্না করম্না জন্মগ্রহন তৌগনি। নিরাকার ওইবতা নত্তনা ঈশ্বরদি নিগুর্ন নির্বিশেষ নিরুপধিনি। অমুম্না মখল মখলগী যুক্তি তর্ক তৌনবা য়াই তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরগী মরিদা তর্ক তৌনব কায়দে। ঈশ্বরদি নর লীলাদা শান্নরিবনি হাইরবসু মী নত্তে মায়া মানুষনি হায়রদি সংসারগী প্রকিতি হাইবদি মায়ানি। মানুষ্য ঈশ্বরগী শক্তিদগীনি মায়া ভাক্তনি। পুম্নমক মায়া শক্তি ভাক্তনা পুন্নবসিনা ঈশ্বরমক মায়া যোগকী মনুংদা লৈরে। অদুনমি মায়ানা ভমহৎতুনা লৈরবা মীওইবগী বুদ্ধিনা যুক্তি তর্ক তৌনতুনা নির্নয় তৌবা ঙম্বা হৌনদে। ঈশ্বরদি সর্ব্ব শক্তি মাননি ঈশ্বরনা ওই-নিংবত ওইবদা ঙমলোইদবা করি লৈগনি। ঈশ্বরমবু দেহধারণ তৌবা হৌনদে হাইরগা ঈশ্বরগী সর্ব্ব শক্তিগাম অদুবু য়ানিংদবা ঙম্বা কনা য়াওবগে। ঐথোইগী দেশ (ভারত ভূপী ভুপা কোটি ২না শ্রীকৃষ্ণগী অবতার থাজনা কৃষ্ণ উপাসক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী একনিষ্ট ভক্ত ওইবা মখল মখলদা উপাসনা তৌনরি॥ অদুগা উপাসক পুম্নমকনা ভাবতি ভাঙান তোঙানবা মওংদা উপাসনা তৌই।

মহাভারত পুরান মখল ২ সম্প্রদায়িক ধর্ম্ম গ্রন্থ অমসুং লোক সাহিত্যদা ধর্ম্ম সাহিত্যদা কাব্য নাটকতগী কবিতাদাসু নিপুন অনিপুন খুৎনা ইরম্বাসিংদা শ্রীকৃষ্ণগী চিত্রসিং প্রকৃত অপাকৃত ওইবা ঘটনা কয়া রচনা করা তোঙ্গুনা লৈরবা মখোইশিং অসিদা সুর প্রভ ওইবা নত্তনা করম্বা কলঙ্কীত ওইবা য়াওবগে। হায়রিবা লাই-রিক পুরমকসি য়েংলুরগা শ্রীকৃষ্ণগী মরিদা ভাবনা লোরকপদি মুর্ত্তি মখল ৪ মরি ওইনা চৈনরি মাহুদি ১। মহাভারতকী হাইবদি ইতিহাসকী শ্রীকৃষ্ণ। ২গীতাগী শ্রীকৃষ্ণ ৩। পুরানগী শ্রীকৃষ্ণ। ৪। বৈষ্ণবকী আগমগী শ্রীকৃষ্ণ। শ্রীকৃষ্ণ, ধর্ম্ম ফল প্রদাতা নীতি অমসুং কর্ম্ম নিষ যজ্ঞ মহানিভিজ্ঞ পাপঙ্কে নিমগ্ন পাপকী লৈখোমদা লুপশিনবা লোকক্ষয় কারি কাল রূপ মতম হাইবা অসিদা লুপ-কদবা ভাকনি। মহাভারত অমসুং ইতিহাসগী কৃষ্ণ কুরু প ণ্ডোবকী য়ারিনচিংবা ভাক্ত ওইবা কৃষ্ণ সম্পর্ক ওইবা মহাভারতকী য়ারি অমসুং উপদেশগী মরু ওইবা প্রচীন গ্রন্থ মহাভারতপুসু অমসুং "রামায়ণ" বুসু ইতিহাস ওইনা লৌনবা য়াওই মহু নত্তে হৌজিক ঐখোয়না পারিবা কংলিবা মহাভারত অসিদি খুৎ অমতনা ইবা নত্তে মহাভারত মকতদা ইহুনা লৈরি মাহুদি বেদ ব্যাসনা শ্লোক লিশিং অনি চামরি ২৪০০ চত্তুর বিংসতি সহস্রনা ইরগ মচানিপা শুকদেবদা তমবি শুকদেবনা বৈশম্পায়ন মুনিদা তম্বীহুনা জন্মেজয়গী মফমদা পাহুনা তাহল্লি। মথং মথং লেখকসিংনা ইখোরক্তুনা শরুক মরিয়োম চাওহুনা মহাভারত থংনরে। ভারত যুদ্ধ বিষয়দগী ওইবা ইতিহাসতবু নত্তে শরুক থয়দং কাব্য বেদ বেদান্ত ধর্ম্ম দর্শন মথল মথলগী শাস্ত্রগী য়ান। থম্নবা বিশ্ব .কাযনি। শ্রীকৃষ্ণনা

মহাভারততা করি উৎলি কুরুক্ষেত্রগী লানগী মমাংদা ধর্ম্মগী মঙাল কাওহল্লি। মতম অমুগী নিংথৌসিং অধর্ম্ম চৎপনা য়াকৈ লমই। পাণ্ডবসি'গী বুদ্ধি বল শ্রীকৃষ্ণ বাহু বল ভীমার্জ্জুনা ভারতকী রাজনৈতিক অবস্থাদা শ্রীকৃষ্ণমক্না লমজিংবী হাইবসি মহাভারত শমলপা থল্লি

ভারত পুম্বদা অমত্তা ওইবা মঙং অমা লিংখৎপা হাইবসি অরাইবা থবক নত্তে শক্তি শালি ওইরবা নিংথৌসিংনা তৌবা ঙম্বা পুন্য কর্ম্মগী মমুংদা নৈনরগা লেপ্পবা অমা নৈবা ত্তাই মহুৎ রাজ স্যুয় যজ্ঞ্য কৌই। মনিপুরগী হরিসঙ্কীর্ত্তণ অসিসু রাজ স্যুয়যজ্ঞমি মগুন ১০০ হেন্নব —খম্ববীযু। শ্রীকৃষ্ণনা ধর্ম্ম রাজ যুধিষ্ঠীরবু মকোক ওইহল্লগা ধর্ম্ম রাজ্য অমা লিংখৎনবা নিংলকখি। ধর্ম্ম রাজনা হংজবদা শ্রীকৃষ্ণনা হাইখিবা চাওর চাওরবা নিংথৌরেল সিংবু জয় তৌরবা জরা সন্ধবু হিংলিত্তৈমখৈ রাজ স্যুয় যজ্ঞ তৌবা ঙম্বগী রা নৈতে অজুনা মাহু হান্না জয় তৌগদবনি শ্রীকৃষ্ণনা কৃপা পিহুবা ভীমনা জরা সন্ধ বধ তৌই জরা সন্ধগী মথাপোল্লবা নিংথৌ পুম্বা যুধিষ্ঠীরগী মখা পোল্লে রাজ শিশু পালদদি য়েরুবা ওইরে রাজ স্যুয় যজ্ঞদা অকাইবা ওইরবদগী শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনা বধ তৌহনা পাণ্ডবকী যশমান মর্য্যাদা হুনথে য়ৈথাইবা লৈত্তনা যজ্ঞ পাংথোক্লে। যুধিষ্ঠীরগী নিংথৌরেল থুভম কংহল্লে। নিংথৌ পুম্বা মথাদা লৈহল্লে শ্রীকৃষ্ণ দ্বারিকাদা লেংথ্রে। তৌইগুমসুং যুধিষ্ঠীরগী সম রাজ্য পদ অহু কুইখিত্রে। কৌরবকী দুর্য্যোধণগী কাংবুগা য়েরুবা ওইরক্লুনা মথল মথলগী কুকম্ম তৌরকুনা দ্রৌপদিগী সোভা মমাংদা উকাইবা পিহুনা দ্রৌপদিনা কপ্চহনা শ্রীকৃষ্ণ স্মরন তৌহনা কৌত্তরকই।

শ্রীগোবিন্দ দ্বারিকাবাসিনা কৃষ্ণ গোপীজন প্রিয়ঃ॥ মহাভারতা শ্রীকৃষ্ণগী অবতার করিনো হাইববু সাধুসিংগী পরিত্রান দুস্কৃতসিংগী বিনাশ। ধর্ম্ম সংরক্ষন য়েংগদবা মাইকৈ অমতসি মাতুগী গীতা জ্ঞান প্রচার, "নংগে হাইনা হোৎনজরবদি খংবা ঙমদে" মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা পুন্নাস য়েংলগা অমত ওইরবা। ভক্তি প্রেম সাধন শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য ভজগী ১ম্তা ওইবা নিংখিজরবা রূপপু অই কাল সেবানা মরম ওইদুনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা নট্ট পালা হরিসঙ্কীর্ত্তননা যজ্ঞ্যগী পোৎলম ওইদুনা নিতৌ বেদগী মতুং চন্না শ্রীগোবিন্দগী ১মুং লৈপাক প্রজা পুম্নমক অমত্তা ওইনা সাধন যজ্ঞ ওইরি।

## হরি সঙ্কীর্ত্তণ

সঙ্গীত বিদ্যাগী মরম খরদং তৌখংচরি সঙ্গীত বিদ্যাগা ব্যাকরনগা মরি লৈনবসি কয়াদা পাক চাওরবা কনান লোইন খংলমগদগে। গন্ধর্ব্ব বেদ হাইবত্ত কনান পারিগবা মাতনা মরিক খরদং খংলম- গদ্রা। মৈতৈগী কীর্ত্তণ অসিনা জগৎতা অনি ঙন্তরবনি হাইরিবা অসি অরানবা ওইদুনা তৌত্রঃ লুপনদুনা খনবা ঙমদদুনা তৌত্রা খন্নকম থোকপা য়াক্কমনি। হৌনবী নিয়ম য়েংশিন্দুনা বিদ্যা পুম্বা অধ্যায়ন তৌরবতদা বিদ্যা পুমগী রহস্যবু খর খর খংনরিবনি। সঙ্গীত অসি মপান লৈত্রবা অঙ্গ অমনি হাইনা লৌনরি। সঙ্গীতকী শরুক খরদংবু পামলুরবা নৈনরুবা খংলুরবা মীনা মন বুদ্ধি তয়াং তশোইবা তৌদে। আত্ম নিমর্জ্জন ওইবা ফংই তপসি ভাব অমদি নম্রতা নোল্লুকপা ওইরকই।

সৃষ্টি তত্ত্ব অমুক য়েংশি। সৃষ্টিগী তত্ত্ব ১মুং অমমা ব্যাপ্ত ওই অনিনা অদ্বিয় ব্রহ্মাগা মায়াগা তিন্নরগা অংতাপ্পা অনি অমগী ভাব

লাকই অহুগা (৩) স্বুররে। সংখ্যাগী মত শত, রজ, তম, বৈশেচিকীনা দ্রব্যগুন ক্রীয়া হাইয়া রং মচুদা অশৌবা অঙাংবা অমুবা (৩) মাসিংদগী অমগা অমগা তিন্নহুনা মচু ৭ অরেপ্পনি। নো থাংগী মচুদগী ফাবা ওমই মাহুগুম্বা ধ্বনী খোংম্ভোক্তস্সু স্বুর ৭নি (৩) গী গুন (হ্রস দীর্ঘ পুলত) মথক্তা উৎপ্রে স্বর ৭ সরুক জগৎশিনবা থুংনা লৈরি। সপ্ত স্বর সপ্ত বর্ন, হকচাংগী সপ্ত ধাতু সপ্ত বার সপ্ত গ্রহ হাইনৈ। মাসিগী মথক্তা রাহু কেতু অনিসি মুখ্য ওইনা লৌনে সপ্ত ঋসি সপ্ত বক্তি (ব্যাক্তিতি) গায়ত্রি সপ্তার্দ্ধি লোক মথক্তী ৭ সংখ্যা শাস্ত্রগী মিৎয়েংদা মমিং ময়ামগী মঙ্গুংদগী ৭ কাওবত্ত মর্য্যাদা তৌনৈ। ৮দি ৪গী সরূক অনিসি অনিগী সরুক ৪না ৮নি ৯সু অহুমগী সরুক অহুমনি অহুম অহুমনা ৯ নি। ১০ সু মঙাগী সরূক অনিনি মাহুগী হেনবদা ১১ হাইবসু ১০ দা হাপ্পনি ১১ বিষম ওইবা মাশংনি অহুগুম্বা বিষম ওইবা সরুক অনিনা ২২ নি মাসিবু সম ওইবগী মওংদা মর্য্যাদা তৌনে মরম অসিদগী মপুং ফাদবা ২২ মশিং অসিনা জগৎ অসিবু মপুং ফাদবগী মওং উৎশি। মাহুনদি সঙ্গীতসু স্বর ৭ শ্রুতি ২২ নি অনিসি কয়াদ মরি লৈগ্রবনো। জগৎ অসি ব্রহ্মাণ্ড কোইরক কোইবগী অনুমান, চুপই লৌরিবদি অমুক অসুম পিকলকপদা কয়ামুক পিকপনো হাইরবদা বিন্দু (পরমানু) নি কেন্দ্রগনি। মীতাবা বিন্দুবু অনোর নিয়ান। কুপ্পদগী কুপমনপ্পহুনা মান্নলা কুপপা লৈত্রবা মাঙোন্দগী পুম্নমকনি। অসুম ২ শামউনা চাউবনা ঐথোইনা চাওই পিকই হাইনরি ওমখৈ লৈতনা চাওপ্পবনা গীতান মহুত্তম সিয়ান হায় দিতী হাইবা অপুনবস্থ লৈত্রবা "অদিত্য" হাইবসিনি। অহুনা কুপপ্রবা নাদ স্বর শ্রুতি (অনারনিয়ান) পিকপ্পবাসিদগী

চাওগে হাইনা চাওনা হৌগে হাইনা হৌবা রাবা অদিত্য ( মহত্তম সিয়ান) বু দর্শন কংই ।

ভক্তি বাদের প্রভাব ( বৈষ্ণব মত )

ঈশৈশী মওংনা ভক্তি প্রকাশ তৌই কোংদোকই । ভগবা-গী মকমদা পুকনিং লুপশিল্লকই ঈশ্বরবু মরূপকুম্না লোইনবা সাথীগুম্না ঐবু শেমবিবা ইবুংঙো ওইনা "১বু ওইরবস্থ ২" জগৎ অসিনা লীলা ক্ষেত্র অহগা মীওইবনা লীলা রূপ অসিগুম্নবা লীলাসিগী মীওইবনা ওইরে ভগবানগী মন্দির মীওইবনা মত কয়া কয়া পুথোক্লরে মাতুগী মসুংদা রামা নুজগী অদ্বৈতবাদ ১মুং চৈতন্যগী অচিন্ত্য ভেদা ভেদ । বল্লভাচার্য্যগী শুদ্ধা দ্বৈত বাদ নিম্বার্কগী দ্বৈতা দ্বৈত বাদ অথংবনা ( গান বাদ্য ) নৃত্য নৃত্যগী মতেংনা তত্ত্ব পুম্নমক য়েংহনা' ভগবানগী মাইকৈ চংশিল্লকপা স্থূল যৌরে। মাংখিগদবা জগৎ ১মুং হকচাং অনিত্য ওইবা শীরব কামনা বাসনা মায়াগী পুকচেলসি থাদোরক্লুনা মীওইবগী পুকনিং অসি অরাংবা চেতনা জ্ঞানদা চিংশিল্লকই । সৃষ্টি অসিগী সৌন্দর্য্য ফজবা রোমদা পুরকই । মীওইবনা পুকনিংদা ভগবানবু মুংশিবা ওমলকই । জয়গান শকনিংলকই ভগবানবু মুংশিবা ওমলকই । জয়গান সকনিংলকই সকপা ওমনিংলকই মণ্ডন লৈবা-সিংবু মমুং থিংনা উনিংলকই। অমুম ওইরবা মৈতৈ জাতিগী হরিসঙ্কীর্ত্তণ মহাযজ্ঞা নট্ট পালা ভশেংব ভগবানগী নিংখিজপ্রবা রূপ মহাযজ্ঞঃ

অষ্ট কাল সেবা ( ভজন )

নোংমবু নিপালথোক্লা থারদোক্লগা হুমিৎ থোক- লকপদগীনা প্রাতঃ পূর্ব্বাহ্ন, মধ্যাহ্ন, অপরাহ্ন, সায়ং, প্রদোষ, মহানিশা, ১মুং নিশান্ত কৌই ॥

দণ্ড: নোংমদা ৬০ নি। মধ্যাহ্ন ১সুং মহানিশা মতম অনি অসিদি দণ্ড: ১২১২ না ওই অতৈ মতম ৬ ডি দণ্ড: ৬।৬ না ওই। ভারতবর্ষগী পুংকমদা মণিপুরবু পুং ৫ গা মিনিট ১৫ দা ঙুমিৎ থোকই। ঙুমিৎ তাই হাইনা লৌবা য়াই। মাচুগী মতুং-ইন্না ঙুমিৎ থোকপগীনা পুং ৭ কা মিনিট ৩৯ তাবা কাওববু প্রাত কৌয়ে মথংদা পুং ১০ গা মিনিট ৩ তাবা কাওববু পূর্ব্বাহ্ন কৌই। মথংদা ঙুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ২ গা মিনিট ৫১ তাবা কাওববু মধ্যাহ্ন কৌই। মথংদা ঙুমিৎ মশক উদবা কাওববু অপরাহ্ন কৌই। ঙুমিৎ মশক উদবা থোরাগমিচাক মশক উবদগীনা ঙুমিদাং পুং ১০ গা মিনিট ৩ তাবা কাওববু প্রদোষ কৌই। মথংদা নোংযাই মতুং পুং ২ অনিগা মিনিট ৫১ কাওববু মহানিশা কৌই। মথংদা ঙুমিৎ মশক উবা কাওববু নিশান্ত কৌই।

অষ্টকালগী ভজন হৌবদি নিশান্তদগী হৌগনি। নোংয়াই মতুং পুং ২ মিনিট ৫১ দগী হৌই॥ মতম অচুদা দন্তধাবন তৌডুনা ইরুবদি য়াদে মরমদি মতম অচুদা ইরুবদি শেংদে ব্রহ্মামুহুর্ত্ত যোরগা অমুক লুগদবনি। মরম অসিনা নিশান্তদা হৌগৎলগা পুং ৩ গা মিনিট ৪০ তাত্রিবা মথৈ ইরুজবা যাদে অমসু অযনগী খোংচৎনা পুং অসি চাওরাক্ত হাইবনি থাঙ্গৈশেংবদি চিংশ্খ ভনবা উত্রিবা মথৈ ইরুবা য়াদে অশুম্বা থংনগনি।

নোংপোক থংবা মাইকৈদা চিংথৈগী মণ্ডল উয়বদা মৈত্র অমসুং দন্ত ধাবন তৌরগা ঈশিংদা ইরুগনি। অচুগা শ্রীগুরুবু থুর-মলগা শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রীগুরু রূপা সখীগী নাক্তা ঐগী মঞ্জরিনা লৈচুনা নিশ স্ত লীলাদা শ্রীগুরুনা তাকপিবা প্রেম সেবাবু তৌগদবনি। সাধক

মেহনা মন্দিরদা মঙ্গলার্তি দর্শন ভোগদবনি পরম মহাভুক্ত ব শ্রীরূপ গোষামীনা অষ্ট কাল ৮ গী লীলাবু সুত্র ওইনা লেংলমই মাহুদি ॥

( শ্লোক )

কুণ্ড গোষ্ঠং ; নিশান্তে প্রবিশতি কুকতে দোহনান্ন শনাদঠাং প্রাপ্তঃ সায়ঙ্কলীলাং বিহরতি সখিভিঃ সঙ্গবে চারয়নগা ।

মধ্যাহ্নে চাথনক্তং বিলসতি বিপিনেরাধায়াদ্ধা পরাহ্নে গোষ্ঠং যান্তি প্রদোষে রময়ন্তি সুহৃদ যঃস কৃষ্ণোঽবতান্নঃ ॥

নিশান্তদা নিভৃত নিকুঞ্জগী ইবেমগা থাদোকনহনা নন্দগী য়ুমদা লেংগ প্রাতেঃ লমস্তুং সায়ংদনা সঙ্গোম সুমই অহুগা লুক চাঈ । পূর্ব্ব হ্নদানা সখ শিংগা লাইমহুনা মন, শেন্দুনা সানৈ মধ্যাহ্ন ১মুং হ্নানিশাদনা বনদা ইবেমগা লোইনহুনা সানৈ । অপরাহ্নদনা মন হোইহুনা নন্দগী য়ুম গোষ্ঠদাবন্দগী লেংই অসুম তোহুনা মতম নিপালমক্তা সানরিবা শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোইবু ঙাকপিসনু ॥

১। শ্রীরূপ গোষামী কুচাই কালিয স্মরন মঙ্গল স্তোত্রং শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নিশান্ত লীলাবু নিংসিংবা ॥ রাত্যন্তে এস্ত বৃন্দেরিত বহুবির বৈর্বোধিতৌ কীরসারী পদ্যৈহৃর্দ্যোরপি সুখ শয়না দুখিতৌ সখীভিঃ দৃষ্টৌহৃষ্টাতমা ত্বোদিতরতি ললিতৌ কক্খটীগী মশস্তৌ রাধা কৃষ্ণৌ সতৃষ্ণাবপি নিজ ধাম্ন্যা প্রতল্পৌ স্মরামি ॥

মুমীৎ থোক্কদবা দণ্ড ৬ রাৎলিতৈদা নিশান্তদা ইবেমা ইবুংগো অনিমক্কা সুংচাইনা রতি শয্যাদা চেপ্তুনা লৈরি, মতম অতুদা মুংশা থিরবী বৃন্দাসখীনা উচেকসিংদা ইনসন্দুনা উচেকসিংগী খোজেম্না ১মুং ইবেমা ইবুংগোমদি মুচাইতবা রাহৈ ওইহুনমু ফজরবা চোংঙা তেনরাগী পাদ্য পদ্য ওইবা রাহৈমা ইবুংগো ইবেম্মবু হৌদোকলে ।

মাচুগী তু'দা মুংঙাইনা চেপ্পদগী অনিমক্তা লেংখৎলি সখীপুৰবা অনিমকপু য়েংই অনিমকনা হুরাওই অমসুং মতম অদুদা থমোইদা খোরকপা রতী লীলানা অনিমক মুংঙাইবা ওই মতম অদুদা ককখটি বানর অমোম্না খোংবা তারগা জটিলা লান্নবা ওইনা চিংনথি অনিমক থাদোকননিংদ্রুনসু মহাক মহাক্কী মন্দিরদা লেংথ্রগা অদুগা মহাক মহাক্কী শয্যাদা চেপ্তুনা লৈরুবা শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণবু নিংশিংজৈ ॥ ১

২। অনিগুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রাতঃ লীলা নিংসংবা শ্রীরাধাস্নাত বিভূষিতাং ব্রজ পয়াহুতাং সখীভিঃ প্রগেত দেগহে বিহিতান্নপাক রচনাং কৃষ্ণাব শেষা শনাং কৃষ্ণং বুদ্ধ ববাপ্ত ধেনু সদনং নির্ব্যূঢ় গোদোহনং সুস্নাতং কৃত ভোজনং সহচরৈ স্তঞ্চাং তঞ্চ শ্রয়ে ॥ ভুমিং থোকপদগীনা দণ্ড ৬ ( অয়ুক পুং ৭কা মিনিট ৩৯ কাওবা ) প্রাতঃদা শ্রীমতি রাধানা ইবেমগী য়ুমদা চাইথরে লৈতেংলে যশোদানা কৌরে সখীশিংগা লোইনদুনা যশোদাগী গৃহদা লুক হোই অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মহাপ্রসাদবু হাঙ্গৈ, শ্রীকৃষ্ণনা চেপপদগী লেংখৎলগা সঙ্গোম সুমই চাইথৈ সখাসিংগা লোইনদুনা লুক হাঙ্গৈ অসিগুম্বা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিবু ঐনা নিংজৈ ॥ ২

৩। অহুমগুবা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী পূর্ব্বাহ্ন লীলা নিংশিংবা। পূর্ব্বাহ্নে ধেনুমিত্রে বিপিন মন্নুস্রিতং গোষ্ঠ লোকান যাতং, কৃষ্ণং রাধাপ্তি লোলং তদভি সৃতি কৃতে প্রাপ্ত তৎকুণ্ডতীরং রাধাঞ্চা লোক্য কৃষ্ণং কৃতগৃহগম নায়ার্কা চর্চ্চনা রৈ, দিষ্টাং কৃষ্ণ প্রবৃত্তৌ প্রহিত নিজসখী বর্ত্ম নেত্রাং স্মরমি।

প্রাতঃগী মথং দণ্ড ৬ ( অয়ুক পুং ৭ মিনিট ৩৯দগীনা পুং ১০ গা মিনিট ৩ কাওবা। পূর্ব্বাহ্নদা শ্রীকৃষ্ণনা গোষ্ঠগী মন সেনবগী মক

বনদা লেংই অহুগা শ্রীমতীবু অভিসার তোহনবগীদমক শ্রীরাধাকুণ্ড তাম্না লেংবা শ্রীরাধাদু কংখিংবা মকুনা পুকনিং লাংহনা তাহবা অমসুং শ্রীরাধানা নন্দগী ময়ুমদা লুক হারগা ইবেমগী য়ুমদা লেংবা জটিলানা সূর্য্য পূজা তৌবা চংলু হাইনা থোদারে অচগী তুংদা শ্রীকৃ-ষ্ণবু কংননবগীদমক পাও চৎহনবি সখীবু লাকপয়া থেংহনা ইবেমনা তাইহনা লৈ। অসিগুম্বা লীলা তৌবা শ্রীরাধা কৃষ্ণবু ঐনা নিংসিংই। ৩

৪। মরিহুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মধ্যাহ্ন লীলা নিংসিংবা, মধ্যা হ্নেহন্যোন্য সঙ্গালিত বিবিধবিকারাদি ভূষা প্রমুগ্ধৌ, বাম্যোৎ কণ্ঠ'ত লোলৌ স্মরমখ লালতান্যা লিনর্মাপ্ত শাতৌ দোলাবন্যাম্বু বংশীহৃতি রতিমধু পানার্ক পূজাদি লীলৌ, রাধা কৃষ্ণৌ সতৃষ্ণৌ পরি জনঘটয়া সেব্য মানৌ স্মরামি॥

পূর্ব্বাহ্নগী মথংদা দণ্ড ১২ ( অযুক পুং ১০ মিনিট অহুমগীবা হুংখিল পুং ২গা মিনিট ৫১ কাওবা ) মধ্যাহ্নদা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিমক উনরবদা অনিমকী শ্রীঅঙ্গদা প্রেমগী বিকার ময়াম্না থানমকপু লৈতেং-হনা অনিমক ওকুনা লৈ, অনিমকী ইবেমগী বাম্য রাদবা ইবুংঙোগী উকণ্ঠা থৌরাংবা অদি অহুন থোইদোকনা তথক তথকপা হুংশিনবগী প্রেম যজ্ঞদা ললিতানচিংবগী সখীসিংগী থোক হাইনবগী কুমৈ তৌবা-দোলদা সাম্বা বনদা চৎত্রুনা সান্নবা জলকেলী বংশী হবন রজীলালা মধুপান সূর্য্য পুজা অসিনচিংব লীলা তৌবা হুমিং চুপ্পা ইবেমা ইবুংঙো অনিমকী মথং মথং হেলগৎলকপা প্রেমগী থৌরাংবনা তিল্লিবা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিবু সখীশিংনা সেবা তৌববু ঐনা নিংশিংই॥

৫। মঙা শুবদা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী অপরাহ্ন লীলানিংশিংবা ॥

শ্রীরাধাং প্রপ্ত গেহাং নিজরমন কৃতে ক্লপ্তনা নোপ হারাংস স্নাতাং রম্য বেশাং প্রিয়মুখ কমলা লোক পুর্ন প্রমোদাং কৃষ্ণঞ্চৈবাপবাহ্নে ব্রজমনু চলিতং ধেনু বৃন্দৈ র্বয়স্যৈঃ শ্রীরাধা লোক তপ্তং পিতৃ মুখ-মিলিতং মাতৃ মৃষ্টং সমরামি ॥ মধ্যাহ্নগী মথংদা দণ্ড ৬ ( দুংখিল পুং ২ মিনিট ৫১ দগীনা নুমিৎ মশক উদবা ফাওবা ) অপবাহ্নদা ইবেমনা বনদা শ্রীকৃষ্ণগা সান্নবদগী সজাইদা লেংলকই অহুগা নৈবৃংঙোন্নীদমক খুদোল পোং মরাম শেমই অহুগা চাইথরে ফিজেৎ লৈতেংই অহুগা আট্টালিকা ( য়ুম অরাংবা মতোন ) দা কাথৎখুনা শ্রীকৃষ্ণগা বনদগী গোষ্ঠ তাম্না লেংলকপব্ যেংহনা ইবেমনা পেনখি শ্রীকৃষ্ণনু বননে সথানে জোইনহুনা বনদগী গোষ্ঠ তাম্না লেংথংলকলে আট্টলিকাদা লেংলিবী ইবেমাবু উহুনা লুংঙাইরে মথংদা শ্রীনন্দ যশোদা শ্রীকৃষ্ণগা উনরে লুংঙাইরে যশোদানা মচাবু বনদা চংলুবগী শ্রীঅঙ্গবু অমোৎ অকাইদগী লুনা শেংদোকপি অসিগুম্বা লীলা শান্নরিবা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ঐনা নিংশিংজৈ ॥ ৫

৬। তরুক শুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সায়ং লীলা নিংশিংজবা

সায়ং রাধাং স্বসখ্যা নিজরমন কৃতে প্রেষিতানেক ভোজ্যাং ; সখ্যানীতেশ শেষাশন মুদিতহৃদাং তাঞ্চ তঞ্চ ব্রজেন্দুং। সুস্নাতং রম্য বেশং গৃহমনুজননী লালিতং প্রাপ্ত গোষ্ঠং নির্ব্যূঢ় স্রালি দোহং স্বগৃহমনু পুর্নভুক্তবন্তং সমরামি। সাএং নুমিৎ মশক উদবদগীনা হুমিদাং দণ্ড ৬ ফাওবা হুমিদাং পুং ৭ কা মিনিট ৩৯ কাওবাদা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগীদমক সখীসীংবু অচা অথকনচিংবা পোৎ থিনহজি মাহুবু শ্রীকৃষ্ণন। হারগা নরেম্বব্ সখীনা পুরকলগা ইবেমদা হাহুনা

মুঙাই অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা গোষ্ঠ লৌরগা চাইথৈ বেযভূষন তৌই যশোদানা মচাবু লালন তৌই অদুগ সঙোম সুমই অদুগা মন্দিরদা লেংশনুব লুক হাট অসিগুবা শ্রীরাধা কৃষ্ণবু ঐনা নিংসিংজৈ ॥ ৬

৭। ভরেংসুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রদোষ লীলা নিংশি ব।
রাধাং সালীগনাং ভাবসিক্ত সিত নিশা যোগ্য বেশ্যাং প্রদোষে দত্যা বৃন্দোপদে শাদভি স্মৃত যমুনা তীর কল্প গ কুঞ্জাং। কৃষ্ণং গোপৈঃ সভায়াং বিটি ভগুনিকলা লোকনং স্নিগ্ধ মাত্রা যত্নাদ নীয় সংশায়িত মথ নিভৃতং প্রাপ্তে কুঞ্জং সমরামি॥ প্রদোষ দণ্ড ৬ কুমিদাং পুং ৭ মিনিত ৩৯ দগীনা পুং ১০ গা মিনিত ৩ কাওবা শ্রীরাধানা সখীসিংগা লোইনদুনা নিন্দুং অমম্বা অহিংগী অমুবা বেষ নত্রগ নিনমাং অচান-বদা থোনবা বেষ অতৌবা থোক্লি, মতিনা বৃন্দাগী পাওতাক লৌরগনা ইবেমনা অভিসার তৌদুনা মপানগী কুঞ্জ মদুংদ, শ্রীকৃষ্ণবু ও ই শ্রীকৃষ্ণনা নন্দালয়দা গোপ মরামবু মুঙাইহন্দুনা পুংথৈবা ঈশ শকং। যত্র খোংবনাচিংবগী কলা মরাম য়েংহনা তাদুনা মুঙাইনা থৈ মমা যশোদাবা মচাবু হুংশিনা শয্যাদা পুশন্দুনা সুমই অদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা নিভৃত নিকুঞ্জ তান্না লেংদুনা অভিসার তৌবা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ঐনা নিংশিংজৈ ॥ ৭

৮। নিপালস্নুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ মহানিশাগী লীলা নিংশিংজৈ ॥
তাবুৎকৌ লবধ সন্দৌ হুপন্নি চরনৈ বৃন্দয়া রাধ্য মানৌ, গানৈনর্ব প্রক্লেলী সুলপন নটনৈঃ রাস্যলাস্যাদি রঙ্গৈঃ পেষ্ঠালী ভিলসন্তৌ রতিগত মনসৌ মৃষ্ট মাধবী কপানৌ, ক্রীড়াচার্যৌ নিকুঞ্জে বিবিধরতির নৌদ্ধত্য বিস্তারিতানৌ। তাম্বুলৈ গন্ধ মাল্যৈর্ব্যজন হিমপয়ঃ পাদ সম্বাহনাষ্টৈঃ প্রেম্ন সংসেব্যমানৌ প্রনয়ী সহচরী

সঙ্করেনাপ্ত দতশাতৌবাচা কান্তৈরনা ভিনিভৃত রসৈঃ কুঞ্জ সপ্তালি সখ্যৌ রাধা কৃষ্ণৌনি শায়াং কুসুম শয়নে প্রাপ্তনিদ্রৌ সমরামি ॥

উকপ্পীচিত্ত ওইহুনা হুমিৎচুপ্পা খৌরাংবনা থাংগুমত্রবা ইবুংঙো ইবেমা অনিনা মহানিশা দণ্ড ১২ দা অহিং পুং ১০ গা মিনিট ৩ দগীবা পুং অনি গা মিনিট ৫১ কাওবাদা উনরে অনিবু সেবা থৌগল তৌবী খিবিকনা মরম ওইহুনা বৃন্দানা থৌগল তৌই মথংদা ঈশৈ শকপা নোঙ্ক হাইনহুনা সান্নবা জগোয় শাবা যন্ত্র খোংবা রৈবা তৌহনা সখীসিংগা সান্নৈ রত্তি যজ্ঞদমক পামলবা ইবেমা ইবুংঙো অনিনা নিংথিনা সেমলবা মধুপান তৌই কন্দর্পগী লীলাদা আশ্চর্য্য ওইবা অনিমক্তী মথল মথা য়ামলবা লীলা সন্দোক্তুনা সান্নৈ চাননবা সখীশিংনা অনিমক্তা শানা লৈচন্দন হুমাইনচিংবনা থৌগল তৌই শ্রীচরনবু নোইবনাচিংবা থৌগল তৌই সখী পুম্বনা মাগী মাগী কুঞ্জদা তুমগ্রবদ রত্তি শয্যাদা চেপ্'লবা ইবুংঙো ইবেমা অনিনা রত্তি লীলা-গী ওথুপ্পা রাতৈ কজবা ভাংহুনা লৈবা অহূপী তুংদা লৈপী শয্যাদা চেপগ্রবা অনিমকপু এৈনা নিংশিজৈ ॥ ৮

শ্রীরূপ গোস্বামীনা লেংবা অষ্ট কালগী নিত্য লীলানি ॥ বিশেষ এৈগী উরিবা মশক অসি সাধক দেহনি মাগুম্না অউবা মশক অসিনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভূগী থৌগল তৌরিবা শ্রীগুরুগী শ্রীমূর্ত্তিবু নিংসিং-গনি সিদ্ধ দেহনা শ্রীগুরুনা পিনবিবা মশকনা শ্রীগুরু রূপা সখীগী নাক্তা লৈহুনা হাইগ্রবা মতম মিপানগী লীলাবু শ্রীমহা প্রভুগী ভাবী ওইনা নিসংগনি।

মতম নিপালগী লীলা অসি নীতিগী ইকাই কাইদনা শ্রীরাধা-কৃষ্ণনা সান্নৈ অমুম্না নিংগনি। শ্রীকৃষ্ণ জন্ম ১সুং মতুং নোংমা

কোনবা নন্দ উৎসব থৌরানি জন্ম অমসুং মতুং নোংমা কোনবা বৃষ-ভানু উৎসব হাইগ্রবা নুমিৎ ৪ নি অসিদা অষ্ট কালগী লীলা অসি তৌদে মাহুম্না শ্রীপঞ্চমীদগীনা পূর্নিমা কাওবা নুমিৎ ১১ নি মাহুগী মথংদা লমদা ফাল্গুনগী নোংম পানবদগীনা পূর্নিমা কাওবা নুমিৎ ১৫ নি নুপনা নুমিৎ ২৬ নি মথক্কী নুমিৎ ৪গা নুমিৎ ৩০ অসি গোচারন লীলা শ্রীমতিগী সুর্য্য পুজা তৌদে অসুম্না গৌড়ীয় বৈষ্ণবসিংনা চৎনৈ।

## নাম তত্ত্ব ধর্ম্ম তত্ত্ব

সম্প্রদায় বিহীনা যে মন্ত্রস্তে বিফলা মতাঃ। অতঃ কলৌ ভবিষ্যন্তি চত্বারঃ সম্প্রদায়িনঃ। শ্রীঃ ব্রহ্ম রুদ্র সনকা বৈষ্ণবাঃ ক্ষিতি পাবনাঃ। চত্বারস্তে কলৌ ভাব্যাং হ্যুৎক লে পুরুষ উত্তমাৎ।

ইতি পদ্ম পুরান সম্প্রদায় নাইদবা মীনা (অথাৎ) শ্রীগুরু নাইদবা মীনা শ্রীকৃষ্ণ ফংবা ঙমদে। ১সুং মন্ত্র তন্ত্রনাচিংবা পাঠ পুজানচিংবগী মরমদসু করিস্নু ফল ওইদে। মরম অসিনা পুর্ব্বাচার্য্যশিংনা গুরু মথং মথং নাইরকপা তৎলক্কবনা হৌজিক কলি কাওবা সম্প্রদায় প্রনালী নাইনরি।

অহানবদা শ্রীকৃষ্ণদগী সম্প্রদায় গুরুগী মশক ওইবা মরি অসিনা দীক্ষা তৌখি। মখোই মরি অসিদগী সম্প্রদায় মরি থাইখরে মাহুদি ১। শ্রীবিষ্ণু শক্তি ওইবী লক্ষ্মী দেবী ২। ব্রহ্মা ৩ রুদ্র ৪। চতুসন মখোই মরি অসিদগী সম্প্রদায় মরি থোকখ্রে।

মাহুদি লক্ষ্মীনা রামানুজবু ১। ব্রহ্মানা মাধবাচার্য্যবু ২। শ্রীরুদ্রনা বিষ্ণু স্বামীবু ৩। চতুসন্না নিম্বার্কবুদীক্ষা পিবিখি (অর্থ্য) শিষ্য ওইনা লৌশিনবিখি। সম্প্রদায় মরি অসিগী মরক্তগী শ্রীরাধা

কৃষ্ণোপাসনা সম্প্রদায়গী গুরু পরম্পরা তৎলকতবনা চৌজিক কাওবা গুরু নাইনরি মাহুদি

শ্রীকৃষ্ণগী শিষ্য ব্রহ্মা

ব্রহ্মাগী শিষ্য নারদ নারদগী শিষ্য দেব ব্যাস ব্যাসগী শিষ্য মাধ্বাচার্য্য, মাধ্বাচার্য্যগী শিষ্য পদ্মনাভ, পদ্মনাভগী শিষ্য শ্রীনৃহরি শ্রীনৃহরিগী শিষ্য মাধব, মাধবকী শিষ্য অক্ষোভ, অক্ষোভগী শিষ্য জয় তীর্থ, জয়তীর্থগী শিষ্য জ্ঞান সিন্ধু, জ্ঞান সিন্ধুগী শিষ্য রাজেন্দ্র, রাজেন্দ্রগী শিষ্য জয় ধর্ম্ম, জয় ধর্ম্মগী শিষ্য পুরুশ ওোম, পুরুশ ওোমগী শিষ্য ব্রহ্মন্য, ব্রহ্মন্যগী শিষ্য ব্যাস তীর্থ, ব্যাস তীর্থগী শিষ্য লক্ষ্মী পতি, লক্ষ্মী পতিগী শিষ্য শ্রীমাধবেন্দ্র পুরী, শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীগী শিষ্য ঈশ্বরপুরী ১। শ্রীঅদ্বৈত আশচার্য্য ২। নিত্যানন্দ ৩সুং শ্রীচৈতন্য প্রভূনি, শ্রীচৈতন্য প্রভূদগী গোস্বামীগন পুন্নমক চৌজিক কাওবা মথং মথং গুরু প্রনালি কাইত্রি।

ম্রিয় মানো হর্ব নাম গৃনন পুত্রোপচারিতম। অজামিল গোহপ্য গাদ্ধাম কিং পুনঃ শ্রদ্ধয়া গৃনন। ইতি ভা: ৬।২।৫০।

অদুগা কলি কালগী অকন্বা মৈচাক কোক্লনবা কলিবু লাহোকনবা উপায়দি নামতনা ওইগনি অতৈনা কোকপ ভমলোই হাইবাসি ব্রহ্মানা নারদ ঋষদা তাকপিখি মাতুমক। কলি সন্ত রোপনিষদতা হাইরি )

দ্বাপুর যুগকী শেষদা নারদ ঋষিনা পৃথিবীদা কোইনা কোইনা চৎলুরগা মীওইবনী শবাব ময়াম অসি উরবদা য়েংবা ভমত্রুনা ব্রহ্মলোকতা লাক্লুনা মাহুগী কোক্লবা উপায় খন্দুনা মতৌ করম

তৌরগা হেঃ ব্রহ্মন কলিযু লাম্তোকপা ঙমগদগে ইরা য়াদনা হাইবসি ব্রহ্মাদা হংজখি।

লাইবক থিরবা কলিগী মীনা তৌবঙম্বা উপায় অমতং তাকপিয়ু হাইনা ব্রহ্মাদা হংজরবদা শ্রীব্রহ্মানা নারদ য়েংলহুনা হাইরকই ১সুং তাকপিখি। হেঃ নারদ মাহুগী য়া অহু নহাক পুকনিং চংনা তায়ো কলিদদি শ্রীকৃষ্ণগী নাম নত্তনা ১সু' শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোঙ্গবত্তনা কলিযু লাইনা লাম্তোকপা ঙমগদবনি। মাসি তারবদা অমুক হন্না নারদনা হংজে হেঃ ব্রহ্মন মাহু করম্বা নামনো হাইজরবদা ব্রহ্মানা মাহুগী বিশেষ ওইবা অহুমক তাকপিখি।

হেঃ নারদ দীক্ষা মন্ত্রদি য়াম্না মমুং থুপনা লৈরে হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ হাইবা বিশেষ ওইবা অহুমক তাকপিখি।

১সুং মীওইবনা শ্রীকৃষ্ণযু নিংত্রবা শ্রীকৃষ্ণ মূর্ত্তিযু থুরমত্রবা পূজা তৌত্রবা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোত্রবা ১সুং তানিংত্রবা মথোই অহুদি হিংনা হিংনা কর্ম্ম কারগী হাইবদি থুংনাইবগী মৈহম উপো- শুবনি মহাক মহাক অহুনা স্বর হোল্লিবদো শিবগা য়াংন্নে মথোই অহুযু জীবন মৃত্যু কৌই ১সুং নর পশু গাইনসু কৌনৈ অহুশুম্বা মথোই অহুদি শিবগা যমগী যাতনা কংই নরক হাইবহ্ মথোয় অহুগী ময়ম মকনি হাইবসি বেদ'শাস্ত্র পুম্নমক্কা লাওইনা লৈরে।

অহুগা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবদা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোইনরবদি মী অহুগী কংঙমদবা করি লৈবগে হাইবসি শ্রীশুকদেবনা পরিক্ষিৎতা শন্দোক্কা তাকখি মাহুগী অরুবা থংনিংবা পুম্নমক অহু শ্রীমদ্ভাগবত শ্রুতি অধ্যায় হাইবা অহুদা শ্লোক | ৫০ | তাকলি মাহুগী থরদং

শ্রীপরীক্ষিদুবাচঃ

ব্রহ্মন ব্রহ্মন্য নির্দ্দেশ্য নির্গুনে গুন বৃত্তয়ঃ কথং চরন্তি শ্রুতয়ঃ সাক্ষাৎ সদ সতঃ পরে। ১।

( অনুবাদ ) শ্রীপরীক্ষিৎ মহারাজনা হঙ্গৎচৈঃ হেঃ মহা মুনি ঈশ্বর হাইবসি কার্য্য কারনগী মশক ওইবা জগৎ অসিদগী ১সুং গুন অহমমক্তুগী তোঙানবনি হাইনবহুনা মরম ওইরগ্নুনা করিগুম্বা মশক অমতা ওইনা ইবুঙো মহাকপু তারুকম থংনদে মাসিদা গুন অহমতগী বিষয ওইবা বেদনা অভিধা বৃত্তি মরু ওইবা অর্থমক ওইন ঈশ্বরগী স্বরূপ সাকার ওইনা থোকহল্লিবনো, মাসি মনাই ঐঙোন্দা তাকপিযু হাইনা শ্রীশুকদেবগী মকমদা হঙ্গৎচৈ মাহুগী মূল তত্ত্ব থরদুং অহু মথাদা শ্লোক অনি অহুমদংগী বাখ্যা তৌরকলি।

শ্রীশুকদেবনা হাইখি।

বুদ্ধীন্দ্রিয় মন প্রানান জনানাং মসৃজৎ প্রভুঃ। মাত্রার্থঞ্চ ভাব র্থঞ্চ আত্মনেহ কল্পনায়চঃ।

( অনুবাদ )

জনানাং অসুম হাইবা রাহৈ অসিনা জীবগী মরমগীদমক ঈশ্বরনা সৃষ্টিনচিংবদা চংহ্নবনি হাইবসি থংহল্লি। প্রভূঃ হাইবা রাহৈ অসিনা ঈশ্বরগীদি দেহ্নচিংবা উপাধিনা খুহুম চন্দে নিত্য মুক্তমি হাইবনু থংহল্লি। হাইরিবা অসগী অভি প্রায়দি ঈশ্বর হাইবাসিদি মায়াগুমদা লৈরবসু মায়াগুম্না মাইথিবা পিবা ওমদে। পুরুমক থংবা শক্তি পুরুমকনা তিনবা পুরুমকপু রংরেনবা পুরুমকী নিংনকম কর্ম্ম পুরুমকী কল পিনবা মঙ্গলগী মশক ওইবা গুনগী ভুংনকম ওইবা অরেপ্পা অথংবা

হুংঙাইবা অসি থিবিকি মশক ওইবা ঐশ্বর্য্য তরুক্না তিনবা মশকনি হাইনা শ্রুতিনা থোকহনবনি হেঃ পরিক্ষিৎ।

শ্রীভগবাননা জীবশিং অসিগী রূপ রস গন্ধনাচিংবা ইন্দ্রিগী অসি লৌননবা জন্ম (অর্থাৎ) দেহ ফংনবা ১সুং কর্ম্মগী মপৈ অসি ফংননবা পরলোকী হুংঙাইবা অসি পুন্নমক ফংননবা হাইজুনা বুদ্ধি ইন্দ্রিয় মন প্রান অসিনাচিংবা উপাধি পুন্নমকপু ইহান কান্না শেম্বিখি।

অসিগুম্ববা ঈশ্বরবু মশক খংনবা তাকলিবী শ্রুতি হাইবসি শ্রীনারদনাচিংবা মুনিশিংগী মমাংদা হৌরবা সনক সনন্দন সনৎকুমার ১সুং সনাতন মুনিশিংনা শ্রুতিশিংনা স্তুতি তৌখিবা অথোইবা শ্রুতি অধ্যায় অসিনা মহেন্নে মরোইরে হংচুনা থম্মোইদা পুন্দুনা থমগ্র-বনি। হৌজক ঐখোয়না ফংলারবা অাসাদ শ্রাংগী মতাল খর খরদং ফংজবনি অসিমক্তবু কনাগুম্বা মীওং খাতুন খাজবগা লোইননা তাজ শকচরবদি মী অদো দেহদা ঐ'ন হাইনা নিংবা কৌবা অহংকার অহ্ম (অর্থাৎ) দেহ সম্বন্ধ অসি কোকচুনা অথোইবা পদবু শ্রীভগব-ৎকী মথোং থম্বালগী সেবা নাকনকপবু ফংগদবনি। পুকনিংদ করি অমতা চিংনরুরগমু হাইবনাচিংবা শ্রীভগবাননবু নশক তাকপা শ্রুতি অধ্যায়দা নিংখিনা শন্দোকখ্রে। মাসি ফাওবদা শ্রুতিগী শ্লোক অহুমনি অসিনাচিংবা শ্লোক ৫০ না লেংবা শ্রুতিগী অধ্যায় শ্রীমদ্ভা-গবত দশমস্কন্ধদা ৮৭ শুবা অধ্যায শ্রুতশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা স্তুতি তৌখিবা শ্রীব্যাস দেবনা লেংখ্রবা মাহুদন্ন কয়া কয়া তাকলি মাসি নত্তবা সার সংগ্রহ কৌবদা অমুকস্নু পণ্ডিতসিংনা ইরমনি মাহুদী খরদং লৌখৎচরি। জীবনা সংসার ওইবগী মরম খরদং।

মায়াগী অবিদ্যাগী মরম ঈশ্বরগী মাংদা মায়ানা লৈবা অদবগী মরম, মী ওইবনা ছিংবগী কান্নবা, জীবনা ময়া লান্নবগী মরম, তত্ত্ব মশক খংননবগী মরম, ব্রহ্ম তত্ত্ব অমসুং পরমাত্মা তত্ত্ব ভগবৎ তত্ত্ব শ্রীকৃষ্ণগী অরেপ্পা মশক অমসুং লৈকম বয়স, নিরাকার উপাসনা ব্রহ্মনা সিদ্ধ ওইরগা ফংবা মফম, ভক্তি য়াওদনা ব্রহ্ম উপাসনা মুক্তি ফংদবগী সিদ্ধান্ত। নিরাকার অমসুং সাকার উপাসনা অনিগী অখোই অহেন, অমসুং পরমাত্মা উপাসনাগী মরম, ভক্তিগী লক্ষন, ভক্তিতনা চিংশেংবগী মরম, বৈধি ভক্তি কৌবগী মরম, জ্ঞান মিশ্রা ভক্তিগী মরম, কেবলা শুদ্ধ প্রেম ভক্তিগী মরম, রাগ ভক্তি তৌজরিবা জীবগী মরিদা কাল চক্রনা চংদবগী মরম, অমসুং কান্ত প্রেমনা খাইদগী হেন্না থৌজান ফংবগী মরম ভুক্তি মুক্তি পামদবদি ভক্তিগী সুখ ফংদে হাইবগী মরম জীব হাইবসি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যদাসনি হাইবগী মরম, হরিনামগী মহিমা অমসুং হরি নাম শোনবদা প্রেম ফংবগী মরম শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী তত্ত্ব অসি পুয়মক শন্দোক্না তাকলি সার সংগ্রহ হাইবা লাইরিক অসি ধর্ম্ম গ্রন্থগী বেদ অমসুং মরু ওইবা শাস্ত্র পুয়মশিংগী মচি ওইবা পুয়মক লৌখত্লুনা শন্দোকনা তাকলি।

নিরা কারনি হাইরিবা শ্রুতি অদুদি "অহংবাহুস্যাং অপানি পাদ যবেন গ্রাহিতা" ঐ মরাম ওইরগে হাইবা বাহৈ অমসুং খুৎ পান্দে লৌই খোং পান্দে চৎলি অসুম হায়বা শ্রুতিগী প্রমান অসিনা হাই-বনি। মাসিদা প্রমান তৌরগা মতম অদুদদি প্রকৃতিগী ( মায়াগী ) অচম্বা মায় মিৎ খোং খুৎনাচিংবা পুয়মক অসি মায়াগী নত্তে অপাকৃত খুংশেম নত্তবানি হাইবনি অসুম হাইনা কলি কালদা অবতার ওইবা শ্রীভগবানগী চিন্ময় ওইবা শ্রীমুর্ত্তিবু অচম্বা মায়াগী দেহনি হাইজিন্দুনা

চিণ্ময় ওইবা বিগ্রহবু মানিন্নবদি পাষণ্ড কৌই হাইনম্নু শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা তাকপিথ্রে

তর্ক শাস্ত্রসু অরোয়বা লৈতে শ্রুতিসু ভিন্ন ভিন্ননি মথল মথা ওই মুনিসিংগী মতসু ভেদ ( খেন্নবা ) লৈতবা নত্তে। ধর্ম্মগী তত্ত্বদি গুহাদা হাপখ্রে হাইবদি য়াম্না থুপ্প লৈখ্রে মরম অসিনা পূর্ব্ব মহাজন সিংনা চংলবা লম্বি অদুনা ঐখোইগী চংকদবা লম্বিনি। হাইরিবা মহাজন হাইবসি ঐখোয়গী মত আসিগিদি জগত গুরু ওইবা শ্রীব্রহ্মা ভগবাননি অদুগুম্বা শ্রীভগবান ব্রহ্মা অহুমকনা শ্রীগোবিন্দবু ভজন তৌখি। মাহুগী মথং মথং গুরু পরম্পরা মতুংইন্না চংচরিবনা মহাজন্না চংলম্বা লম্বি ১সুং শাস্ত্রগী মতসু কাইদবা লম্বি চংপনি বাসিদা করিমত্তা চিংনিংঙাই লৈতে। ধর্ম্ম অসিগী মতুংইন্না নাম অসি শোনবদা নাপিদগী হেন্না তোন্না দৈন্যতাগা লোইননা শোন্নবতদা প্রেম কংই। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা তাকপিখ্রে মতম লৈবাখিবিক্তা শ্রীকৃষ্ণবু কীর্ত্তণ তৌগদবা ওই হাইনা। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমবু কংগে নিংঙিবা ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবদা অই তুকী ভক্তি নিবদগী হেনহুনা অতোপ্পা অমত্তা নিবা য়াদে হাইনম্নু তাকপিখ্রে। হে জগদীশ ননাই ঐবা লল, মী, ফজবী নুপী ১সুং কবিতা ওম্বা শক্তি, পুন্নমক অসিবু পামজদ্রে। ঐগী মপোক মপোক থুদিংদা ঈশ্বর ওইবা ইবুংঙোদা মহৈ নিবা লৈতবা ভক্তিতনা ওইরসনু।

অসুম তৌন কলিগী অবতার ওইবা ইবুংঙোবু সঙ্কীর্ত্তণনা প্রধান মজ্ঞং ওইনা পূজা তৌগনি হাইনা শ্রীমদ্ভাগবততা হাইখ্রে মাহুগী শ্লোক।

### শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী তত্ত্ব:

কৃষ্ণবর্নং ত্বিষ কৃষ্ণং সাঙ্গ উপ।ঙ্গাস্ত্রা পার্ষদম। যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তণ প্রায়ৈ র্যজন্তি হি সু মেধসঃ॥ শ্রীভাগবত | ১১ |

হন্দক শ্রীমদ্ভাগবত তা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুবু কলিগী ঈশ্বরনি হাইবসি মথাদা বিশেষণ পদ পুন্নক অসিন্না থংহনবনি রাহুগী থরদং লৌথংচরি।

১। সন্ন্যাস কৃৎ সমঃ শান্তো নিষ্ঠা শান্তি পরায়নঃ সুবর্ন বর্ন হেমাঙ্গো বজ্র শ্চন্দনাঙ্গদীঃ (ভারতে)

২। সুর্দ্ধা গৌরঃ সুদী ঘাঙ্গোস্ত্রি স্তোত্র স্তীর সম্ভবঃ। দয়ালু কীর্ত্তণ গ্রাহী ভবিষ্যামি কলৌ যুগে। বাযু পুরান

৩। অন্ত কৃষ্ণ বহি গৌরঃ সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র পার্ষদ:। শচী গর্ভে সমাপ্নুয়াং মাযা মানুষ কর্ম্মকৃৎ। স্কন্দ পুরান

৪। দিবিজা ভূবি জায়ধ্বং ভক্তরূপিনঃ। কলৌ সঙ্কীর্ত্তনা রম্ভে ভবিষ্যামি সচীসুতঃ। নাবদীয়

৫। কলৌ ঘোরতমচ্ছন্নান সর্ব্বানা চাব বর্জ্জিতান। শচী গর্ভেচ সংভূয় তার য়িষ্যামি নাবদ॥ শ্রীবামন পুরান।

৬। আনন্দ শ্রুকলা রোমহর্ষ পুর্নং তপে ধন। সর্ব্বে মাম্মেবত্রক্ষ্যান্তি কলৌ সন্ন্যাসী রূপিনঃ। শ্রীভবিষ্য পুরান

৭। কলৌ প্রথম সন্ধ্যাযাং লক্ষ্মী কান্তো ভবিষ্যতি। দারু ব্রহ্ম সমীপস্থ সন্না সী গৌড় বিগ্রহঃ। শ্রীগ ড়ুর পুরান।

৮। অহমেব দ্বিজ শ্রেষ্ঠ নিত্যং প্রচ্ছন্ন বিগ্রহঃ। ভগবদ্ভক্ত রূপেন লোকং রক্ষাসি সর্ব্বদা। শ্রীনারদীয়ে পুরান।

অসুম ভোনা পুরান পুন্নমক্লা ঈশ্বরনি হাইনা তাকলিবা শ্রীগৌ-রাঙ্গ প্রভূসে চুমগী অংশ কলানা অবতার ভোবা নত্তে স্বয়ং ব্রজ রাজ নন্দননি হাইনা ১সুং গোস্বামী কারিকা পুন্নমক্তা হাইরে মাহুগী-দমক খরদং লোথংলি।

৯। যদদ্বৈতং ব্রহ্মো পনিষদি তদ পাস্য তনুভা যঃ আত্মা ন্তর্যামী পুরুষ ইতি সোস্যাংশ বিভবঃ। ষড়ৈশ্বর্য্যঃ পুর্নো যইহ ভগবান সস্বয় সয়ং নঃ চৈতন্যাৎ কৃষ্ণাজ্জগতি পর তত্ত্ব পর মিহ॥ চৈঃ। আঃ পঃ ১। ৩

(অর্থ) উপনিষৎতা অদ্বৈত ব্রহ্ম হাইরিবা অহুনা মহাক্কী অঙ্গ কান্তি ওইরিবা অন্তর্যামী ওইবা পরমাত্মানা মহাক্কী অংশ বিভব ওই-রিবা ঐশ্বর্য্য তরুক্লা পুর্ন ওইবা ভগবান স্বয়ম ওইবা শ্রীচৈতন্য কৌবা কৃষ্ণদগী জগৎ অসিদা অথোইবা তত্ত্ব অমা লৈত্রে। "পুনশ্চ তত্রৈব অবতার কারনং"

১০ শ্রীরাধায়াঃ প্রনয় মহিমা কীদৃশো'বা নয়ৈবা স্বদো্া যেনাদ্ভুত মধুরিমা কীদৃশং বেতিলোভা, তদ্ভাব ঢ্যঃ সমজনি শচীগর্ভ সিন্ধৌ হবিন্দুঃ॥। তত্রৈব।

(অর্থ) শ্রীরাধিকাগী প্রেমগী মহিমা অসি করম ওইবিবা, অমসুং মাহুনা মরম ওইহুনা শ্রীরাধিকানা উরিবা শ্রীকৃষ্ণগী কৌবা ঐগী মুর্ত্তিগী ফজবা মধুরিমা অসিনা কয়ামুক নুঙাইহৃরিগনা অসুম হাইবা বজা অহম অসিবু পাম্বদগী ১সুং থংনিবদগী শ্রীরাধিকাগী ভাব লৌহুনা শচী গর্ভ সমক্রুদা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা থা ওইহুনা পোকপ্রবনি। অসিনাচিংবা শাস্ত্রগী বচন পুন্নমক্লা স্বয়ং ভগবান ব্রজ রাজ নন্দনন্না অবতার ভোরকলিবনি হাইনা লেপ্পরবা ১সু লেপলবা শ্রীগৌরাঙ্গ

মহাপ্রভুনা জীবনী প্রাননাথ কৌবদি শ্রীকৃষ্ণনা লোইরে হাইনা শ্রীমুখনা তাকপিরে।

১১। আশ্লিষ্যবা পাদরতাং পিনষ্ঠ মামদর্শ নাম্মর্ম্মহ নাম্মর্ম্মতাং করোতুবা। যথা তথাবা বিদধাতু লম্পটো মৎপ্রান নাকুস্ত সত্তর্বনা পরঃ। "শিক্ষাষ্টকে"।

(অর্থ) শ্রীকৃষ্ণনা মখোং থম্বান্দা চংজন্নিবা ঐবু আলিঙ্গন তৌবিহুনা অ।ত্মসাৎ তৌবিরসনু মাহুসু ফে। মাহ নত্তনা দর্শন পিনাবদহুনা অরাবা পিনরবনু কৈ, লম্পট ওইবা ইবুঙো মহাক্না তৌনিংবদো তৌজসনু ঐগী প্রান নাথ কৌবা অতুদি শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুংঙো মহাক্তনি অতৈ অমা লৈজদ্রে।

মথক্তা হাইগ্রবা শ্রীরাধা গোবিন্দগী প্রেম সেবাবু ১সুং ভক্ত পুন্নমক অসিবু কংনিংঙুবা থংনিংঙুবা ভক্তসিংনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী চরন্দা থাজবা ঙত্তুনা অ শ্রয় হাইবদি চংজকম ওইরবত্তদা থুনা সিদ্ধ ওইগদবনি নত্রবদি চরিত মৃতদা হাইরে কৃষ্ণদাস কবিরাজনা।

১২। কথঞ্চন স্মৃতে ছুস্করং ভবেৎ বিস্মৃতে বিপরীতং স্যাৎ শ্রীচৈতন্যং নমা মিতং। চৈঃ আঃ পঃ ১৪।

(অর্থ) করিগুম্বা অমা তৌহুনা নিংশংজবদা তৌঙমত্রবা অহবু লাইনা ঙমলিবা। অতুগা কাওবদা ওম্র তৈনবা ১সুং ওইরিবা অহু-ঙমলবা শ্রীচৈতন্য প্রভুবু খুবমজরি।

অসিনাচিংবা শাস্ত্রগী প্রমাননা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু কলিগী উপাস্য দেবতা'ন মহাক্কী কৃপা নত্তনা অহুঙম্বা ঐখোইনা কংগে তা'ম্লিবা প্রেম অহু ক'রগুম্বদা ফংবা ঙমদে। মরম অতুনা ইবুংঙো মাঙোন্দা অ'শ্রয় তৌদরি ১সুং চংজরি শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণতনা॥

"শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ"

"সাধন যজ্ঞঃ" (গান বাদ্য নৃত্য তগী) মতেং লৌহুনা ভগবানগী মাইকৈদা চংশিল্লকপা স্থূল মৌরে হাইনা শাস্ত্রগী প্রমান কয়ানা তাকলি।

পৃথিবীদা জাতি অমতনা তৌত্রবা মণিপুর মৈতৈ লৈপাক ঐখোয় পুম্নমক্কী অমতা ওইরবা ঈশ্বরদা থাজবা উৎপা ধর্ম্ম হরি সঙ্কীর্ত্তণ মহা যজ্ঞঃ অসি সম্পূর্ন গোলোকধামগী মপোৎনি। গোলোহাইনা রাহৈ অসি কোইরপ কোইবা পোৎসক অমনি লুপাদা পানদম লৌরবসু লুপা অমাগুম্বনি মাসি লুপা হাইবা অসি মমাই অনিমক লুপানি। অসিগুম্নহুনা ঐখোইগী সাধন যজ্ঞঃ ওইরিবা হরি সঙ্কীর্ত্তণ অসি সিদ্ধ কংননবা সাধননি পুম্নমক্কা য়ানরবা অরেপ্পা ওইরবা বেদ শাস্ত্র পুম্নমকসু চানরবা সত্যই স্বয়ং ভগবৎ সত্তা হরি সঙ্কীর্ত্তণ মহা যজ্ঞঃ কয়ামুক ফজথ্রবা হৌর্কফম সধন অসি পৃথিবীগী অয়াম্বা জাতি পুম্নমকনা শক খংপ্রে কয়া ফজবা কযাদা পুর্কনিং তুথ্রবা খম্বনিংঙাইনি লক্ষস্থানদা ১সুং মকম অয়াম্বদ মাসি শিনবা থুংনা শন্দোকলম্বিগনি হাইবসি ঐখোয় পুম্নমকন থাজকম খোকই। সাধন অসি তৌবদা ঐখোয়না তৌনিংবা তৌবা য়াই নিয়ম লৈত্তে ঐখোয়দগী কলাসি অঙম্বা শক্তি তৌগনি হাইবা অসি ঐখোয়গী অয়ানবা ওইগনি ১সুং পাপ লৈগনি হাইনা লৌই। হাইবদি সাধন হাইবসি সাধ্য তৌরগা সিদ্ধি ওই ১সুং বিজনি বীজদগী বৃক্ষ বৃক্ষদগী মশা, মনা, মপাল, মহৈ য়ামুকই এাজ অহূনদি মাসি অরেপ্পা সত্য ওইরবা সাধন যজ্ঞনি। মাসিগীদমক ভগবান ঈশ্বর মহাত্মা মতম মতমগী মীশক থারকুনা মিংচৎকী উরোং খিম্নরি য়েংবিয়ু কয়াদা

নিংখিজগ্রবা অতুগুম্নবা মীওইশিং অসিনা খারিবা বীজ অসিগীদমক য়েংশিনকম থোকই। মাইকৈ ১০ য়েংশিনবিহুনা মখোং শোম্বিরম-গদবনি ১সুং অচেৎপা য়াহৈ কয়ানা ঙাক শেলহল্লমগদবনি মাহুক্তদা বৃক্ষগী মহৈ য়ানবা ওমগদবনি ১সু শাস্ত্র ওইতুনা পৃথিবীদা মিংচৎ চাওগদবনি। মমাংঙৈদা মনিপুরগীদা ওইরিঙৈদদি অসুক য়ায়া য়াথল চংদবা য়াই হৌজিক্তি পৃথিবীগী ওইগ্রবনা মাসিগীদমক খন্থবা চংলে তৌনিংবা তৌবা য়াক্রে শাস্ত্র ওই হাইবসি নিংশিংকম থোকই। পনবা য়াই লুপাগী মমাই অনি পানবগুম অশেংবা মমাই অমদি ঐখোযগী লৈব তাই মাসি পুম্নমকসি সঙ্কীর্ত্তণগী সমাজনা লৈহনবিগ-দবনি। মাসিগী অর্থ লৈতবদা চৎগ্রবদি পৃথিবীনা লৈখা তারোই মনিপুর মৈতৈ জাতি ঐখোযগী অমাংবনি ১সুং লৈখা তাবনি হাই-বাস যাম্না খন্তনিংঙাই ওইবা য়াকমনি।

( সঙ্গীত প্রকাশ )

সঙ্গীত হাইব'স ব্রহ্মগী স্বরূপনি বাযু ব্যস্তি যোগগী অঙ্গ অমনি, অতুবু হৌজিক্কী মতম অসিদদি অর্থ য়াওদবগুম চুম্নগী পুকনিং হরাও তরাম্নবগী ওইবা লৌনরি। সঙ্গীত হাইবসি ধ্যান যোগগী অখোইবা আধারনি ঐখোয়গী মনিপুরনা সঙ্কীর্ত্তণ হৈবা খর খর য়াৎলকপা লৈরক্তবসি মরম অসিদগী ওইখনি নিংই। সঙ্গীত হাইবাসিদি শ্যাম বেদগী অঙ্গ ওওরিবনি অতুবু মতম অসিদদি লমচৎ নাইদবী নাইদবা বয না কাগি ক য়াংগুম লৌনবা তৌনরকই মাসিসু অওক-পনি। স্বরগী ধ্যান তৌরবোই তালগী র খলসু তৌররোই থংবসু থংলরোই মগুণ থংদ্রব'দি অঙাংবা মৈরি কিদবগুম থোকল-রগনি ১সুং দুঃখ পুর্ন ওইরবা সংসার অসিদা সঙ্গীত স্বর্গবাসনি।

সঙ্গীতকী আনন্দনা ইশ্বরগী স্বরূপনি সঙ্গীতকী অভ্যাস তৌরিবা মীশিং ১সুং মুনি ঋষিসিংনা তপদান যজ্ঞঃ. যোগনচিংবা তৌদুনা কংননবা হোৎনরিবা মোক্ষ: মার্গ অদু সঙ্গীতনা ইলাই লাইনা য়ৌবা ওমই যোগ ১সুং জ্ঞানগী অথোইবা আশ্চর্য্য যজ্ঞঃ বল্ক্য স্মৃতিদা হায় মাহুদি অসিনি।

( শ্লোক )

বীনা বাদন তত্ত্বজ্ঞঃ শ্রুতি জাতি বিশারদঃ তালজ্ঞশ্চ প্রযাসেন মোক্ষ মার্গ প্রেয়চ্ছতি। ( অসন )

সঙ্গীতকল হাইবসিদা ভাবকী ভাবনি মীংইবগী অত্মা মুক্ত ওইবা ওমই শকলিবা তারিবা আনমক্কী ভাব মঙ্গদ দ্বন্দ তেগী মতুংইন্না চৎলি থুংমিন্নে ১সুং যোনি এ। অইচ লশবাসি কযাদগী মৈতৈ মনিপুর জাতি ঐথোয়না ভাবকী সু গুনগী উপাসনা তৌরকপা হেল্লি মথক্কা হৌবিব। ও এ গুবাসংগী স্মরন তৌজবা অনুভব তৌজবদা নাপল তৌনরিব ন ধর্ম্মদা আধার ওইদুনা চুরবন্থু লালবন্থু মাগী ২ রুচি অপাম্বা কৈনবা অদুনা মবম ওইদুনা মথোয় মথোয়গী শিক্ষা ১সুং সংস্কৃত অদুগী মখা পোন্দুনা জাকুনা চৎলকপদগী মথল মথলগী সঙ্গীত থোকলকপনি। সংসাব অসি পরি বর্ত্তণ শিলনি তৌইগুম্বসু মুন্না খন্থুবদি সঙ্গীত নাদগী খোংকম অমতদগীনি মতমগী মতুং ইন্না মথং মথং হৌদোক্ররক্কুনা অসঙুমবা কলা অসি মথং মথং লাকপা হাইবসি মশাগী সঙ্গনি মশানা তাবনি। থরাই পানবা পুন্নমক্কী মীওইবনা অথোইবনি বিবেক যুক্তি বুদ্ধি হেনবনা মথল মথলগী ভাব রূপ রাগ কণ্ঠ স্বরদগী পুথোকপা ওমলকই। সঙ্গীতজ্ঞঃসিংনা আনন্দদা লুপশিন্দুনা লৈরগা

কল্পনা পুথোকই অমৌ অমৌবা মওং থেজলকই বল্ল তকপী মখোংদা ক্ষমলগা। চিন্দা ওাংখোক শন্দোবকলগা বল্লানিক জগৎ অসিদা উচ্চরাজা উপাধি কংনৈ হাইবিব অসি ইকোং ফোংদেক্লবা পুকনিং থমোইমুংদা চেৎনা পুশিন্দুন ব্রহ্মানন্দ মেক্ষ পদবী ফংবা ওমই হাই শাস্ত্রনা।

( মথাদা নাদগী মরম খন্দং )

নাদ র্বেবস্তু পরং পারং নঃ জানাতি সরস্বতী অদ্যাপী মর্জ্জন ভয়া তুম্বং বহতি বক্ষসি।

নাদগী উৎপত্তি নাদগী হৌরককম ব্রহ্মানং সৃষ্টি অসি তৌবগে হাইনা কেক পুকনিংদা নিংলক্পদা অহানমক আকাশ হাইবসি থোকলকই। আকাশপী গুনদি শব্দনি অদুগুমলবা শব্দ অসি সঙ্গীত শাস্ত্রনা নাদদগী তোঙাল তোংঙালবা পাগী পোৎকহনবনা সঙ্গীত পোকই হাইবসি মখামনা খংনরবনি। মসিগী মরিদা মন্ত্র স্মৃতিদা অমুম্না ইরি শিব মহেশ্বর গানবত গন নায়ক গন পতী বাদ্য রত রাগিনী মুর্ত্তি অস্ফুত প্রকাশিত।

শব্দ নাদ ব্রহ্ম অনি অসিবু জন্মগুম্না বুদ্ধনা শোকঙ্কবা ওমত্রবনি, শ্রুতি স্বর মুছর্না তাল রাগ পুম্নমক নাদ তত্ব বহ্মদগী মওং ওইরকপতনি মাগী রূপাত ধ্বনী।

শব্দ ধ্বনী যৌনি পারা জ্ঞেয়া ধ্বনী সর্ব্বস্য কারনম অক্রাস্তং ধ্বনী সর্ব্ব জগৎ স্থাবর জঙ্গম॥ নাদগী খ্যাসদগী কৃপ্পা মাশংনা ৬৬ নি হাইনা শাস্ত্রনা হাই অকুপ্পা ১।১ বু অন্ত হাই নাদগী থুপলবা রসবু নাদগী বিদ্যানা সিংথারকই। মাতুঙদ তত্ব খংলবা মহর্ষি সংনা স্বরগী দেবতা ঋষি গ্রহ লক্ষন ছন্দনচিংবা হাইরমজিবা অসি অরেম্বা

নত্তে গন্ধর্ব্ব বেদ হ ইবহু কনান পারিগবা মাতনদি মরিক খরদং খংলমগত্রা হৌনবী নিয়ম য়েংশিন্নুনা বিদ্যা পুম্বা অধ্যায়ন তৌরবতদা বিদ্যা পুম্বগী রহস্যবু খর খরদ খংনরিবনি পুন্নমক অসিগী মথক্তা নারদ ঋষিগী মকমদ ভগবানগী বানি নাহং তিষ্টামি বৈকুণ্ঠে যোগিনাং হৃদ য়েনঃ চঃ মদ্ভক্তা যত্র গায়ন্তি তত্র বসামি নারদ ঃ॥

মীওইবনা চহি কোটি কোটি য়েংনতুনা খন্নতুনা লাক্লবনি পরমাত্মাগী মরমদা ১সুং প্রকৃতীগী ধর্ম্মগী মবিদা হৌজিক ফাওবদা মত অমতদা লেপ্পবা ওমবত্রি ধর্ম্মশিং অসি মখল মখল পুথোকবৈ ধর্ম্ম মানে মানুষ্য অগ্নিগী আগ্নত পত ধর্ম্ম পশুত্ব বৈষ্ণব ধর্ম্মদা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা প্রেমগী স্থান যায়া র ংচ জ্ঞানগী স্থ ন শোল্লি। বৈষ্ণবশিংগী সাধরদি সতীত্রী ফুগীগী ১সুং মঞ্জুরীগী ভাবনি সতীগী লক্ষন অহুম হ্রিঁ ধীঁ শ্রীঁ অহুম অসিনি স যম সুবিবেচনা সৌন্দর্য্য রসের ভারে নম্রতা। রসনা তুংথতুনা নেল্লুকপা নমস্কার তৌবা জগৎ সংসার অসি পতী ব্রতা ওইবা পত্নু অদুগী সংসারনি শ্রীভগবান্না পুরুষনি সতী অদুন স্বামী অদুগী আরাবা কর্ম্ম অদুদা বাই চাইনা খল্লুদে। করিদগীনো স্বামী অদুগী মখমদা মাগী প্রেম অশেংবাদু লৈবনা পত্নীবু দাসী নত্তে দেবী হাইনা লৌই মাসিনি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মহত্ত্য। হরি মন্দিরদা শ্রীরাধা গোবিন্দনা মমুংদা হাপ্লি মাসিবু দর্শন হেক ফংজবদা ঐগী চিংনহা পুন্নমক কোকলে ঐগী দেহ লোলাং অসিসু শ্রীহরিগী মন্দিরনি

( শারিরং মাদ্যং খলু ধর্ম্ম সাধনমঃ )

অচুম্পা থিরিবা মথোয অদু থাক্লৌ ১সুং ফংলে হাইরিবা অদু চিংনৌ খুদিংমকপু চিংনৌ নশাবুদি চিংনগনু। ঐসু রাখল

খঞ্জরিবনি থিজরি কংজত্রি পাবিরিবাশিংগু ৎলর্ময়র্স প মত রিবর্দি রাহং হংবনি পাওখুম পিব। নংচদে।

( সঙ্কীর্ত্তণগী মহাত্মম )

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী চৎনা চংজর্রি প্রভুনা নিজ পারিসাদ হাইবদি মহাকী লোইনব ভক্তসিংগা লোইননা বঙ্গা অহুম হাইবদি থংনিংবা অহুম থংগে ১সুং মীওইবা পুন্নমক্তা তমবিগে থংশনগে হাইবদীদমক নবদ্বীপ্তা শচী গর্ভদা জন্ম গ্রহন লৌখি ১সুং পোকখি।

কুম্ভ রাশি পুর্নিমা নুমিৎ অশ্বিনী নক্ষত্র মাহেন্দ্র দণ্ডঃ সন্ধ্যাগী মতম নিংথৌকাবা দুমিন্তা ভুমিস্ত ওইখি প্রভুনা পোকপদা শ্রীকৃষ্ণগী পঞ্চরসবু ভাম্হোকখি মকম মতাদা হাইবদি মন বুদ্ধি চিৎ ইন্দ্র প্রান মন্তা অ সনি। শ্রীঅদ্বৈত প্রভুদা বুদ্ধিগা লোইননা পুং মৈব, শ্রীবাসদা মনগা লোইননা ঈশৈ শকপা, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদা চিৎকা লোইননা ভাবক মকোক, প্রভুগী হকচাং পুন্নমক্তা লোইননা মুডারীদা বাইল ওইরি, প্রভুগী প্রানগ লোইননা মুকুন্দনা দোহার ওইরি। অদ্বৈতনা হুঁঙ্কার তৌগনা শ্রীগৌরাঙ্গবু আকর্ষন তৌদুনা শ্রীমুর্ত্তি লিংখৎলি, শ্রীগৌরাঙ্গগী শ্রীমুখনা ওঁঙ্কার প্রনব রাগ অলাপ তৌরি। যন্ত্রগী খোঞ্জেন খোম্হোক্তা ঝঙ্কার তৌরি ওঙ্কারনা তাল মাত্র ওইরি শব্দ কার পুন্নমবী খোম্হোক ধ্বনী ১সুং পঞ্চরস হাইনসু থংনৈ। সপ্ত স্বর তা রি ত না রি রি রি রিং ময়েক্ত তা আ রি ই নতনা শিবগী মাই (৫) অনি অমদি শক্তিনি শিবগ শক্তিগা ভিন্নরগা রাগ সপ্ত স্বর থোকখি। রাগ পুন্নমকী মশক থংনা শ্রীঅঙ্গ লিংখৎকনি তা শব্দদগী বক্ষ স্থল রি শব্দ থাংনা শব্দ থোং অনি তা শব্দ খুৎ অনি রি শব্দ হকচাংগী মুত, তা শব্দ মীৎ অনি রি শব্দ

নাকোং অনিবা শব্দ নত্তোন ব্রহ্ম অনি মত্তো অশুম ত্তৌনা মূর্ত্তি লিংখৎকনি মাসিমা লোইনবা পুংশিস্থু খুৎলোন চাপর টুকা মশিং কাইদন শ্রীমূর্ত্তি ১সুং সঞ্চার ঠৈগনি। ঊশৈ শকপন তুমিৎ মশক খংনা রাগ মচু ১সুং কিজেৎ পুকনিং মূর্ত্তি বাহননচিংবা নিংশিংচনা রাগ হৌগনি। মসিগী মনুংদা হন্নকী রা, গ, অনি অসি ত্তত্ত্ব মশক খংকম থোকই ১সুং তুমিৎ ৭ নিগী রাগ রাগিনী মশক মচু কুল চন্দন মচু বাহন মশক খংনা রাগ হৌগদবা ওই মতম খংনা। মাইকৈ নিপাল্দ কুঞ্জ নিপাল সখিস্থু নিপাল মাসিগীদমক্তি যোগ পিঠ থোংবা ত্তাই। পঁচ্ছমদ্বারদা মনি মণ্ডির লৈ মত্তাং অসিরাইসি খব কুম্মা লৈগ্রে রাগ পুরুষ ৬ তুমিৎনা ৭ সাখনা ৮ মঞ্জু বিমা ৯ মাইকৈনা ১০ অসি খমবিত্তাই লৈ।

লোংমাইজিং তুমিত্তা বাগগী যচু ১সুং চন্দনগী মচু নিল বন মচুনি।

নিং.থৌকাবগী রাগ মচু কুল চন্দন মচু শ্যামবন মচুনি।

লৈপাকপোকপগী রাগ মচু ১সুং যুগ চন্দন মচু পীত বর্ন মচুনি।

যুমশকৈশগী রাগ মচু ১সুং কুল চন্দন মচু শ্বেত বর্ন মচুনি।

শগোলশেন তুমিৎকী রাগ মচু ১সুং ফুল চন্দন মচু তাম্রবর্ন মচুনি।

ইবাই তুমিৎকী রাগ মচু ১সুং চন্দন মচুদি কাঞ্চন বর্ন মচুনি।

থাংজ তুমিৎকি বাগ মচু ১সুং ফুল চন্দন মচুদি কালা বর্ন মচুনি। মাসি খংনা রাগ হৌগদবা ওই সেবাস্থু মসি খংনা তৌগদবা ওই।

সুমিৎ ৭ নি অসিগী মচু পুম্নমকসি লৌদুনা রাগ রাগিনী আলাপ তৌগনি। মথি নিপালগী কুঞ্জ নিপালগী চংজকম মশক থংগদবনি। সুমিৎ অতুগী কুঞ্জ অদুগী আশ্রয় লৌদুনা মচু মশক থংনা বার্ত্তণগী থবক চৎথগনি।

বার্ত্তন হাইবসি মথল অহুম শুই নিমন্ত্রন ১সুং বার্ত্তন আমন্ত্রন অহুম অসিনি। কর্ম্মগী মমাং ওইনা চৎলিবা বার্ত্তনবু আমন্ত্রন কৌই। কর্ম্ম ময়েংনি হাইবগী বার্ত্তনবু নিমন্ত্রন কৌই। ওসিমক্কী তৌবা বার্ত্তনবু বার্ত্তন কৌই। ১সুং কর্ম্ম তৌগদৌরিবা ইমুং অমুবু যাবট গ্রামনি শ্রীমতি ইবেমনা লৈ হাইনা নিংগনি। বার্ত্তন কংলিবা মী অতুগীনা নন্দগ্রামনি হাইনা লৌগনি। শ্রীকৃষ্ণনা বার্ত্তন লৌগনি বার্ত্তন লৌরগা করিগুম্বদা চৎত্রবদি কীর্ত্তন অতুগী অচংবা খোঃচ্চ হনগদবনি। বার্ত্তন চৎপা মী অনি ওইগনি বৃন্দা ১সুং তুলসি অনিগী মশকনি। শ্রীমতি ইবেমাগী শ্রীহস্তগী সন্দেশনি হাইনা নিংগনি অহানবা বার্ত্তন চৎত্রিরৈদা দেবতা লাই মাপল হাইবদি পৃথিমী, আকাশ, বায়ু, বহ্নি, জল, হেমন্ত, বসন্ত, চন্দ্র, সুর্য্য লাই মাপল অসিনি। (লাই মাপল) হাম্না বার্ত্তন তৌরগা মতুংদা অতৈ পুম্নমক্কী বার্ত্তন তৌগনি। বার্ত্তনগী মরমদা কনাগুম্বনা হংলক্লবসু কদাইদগী লাকপনো, যাবট গ্রামদগী লাকপনি। শ্রীমতি ইবেম্মগী শ্রীহস্তগী সন্দেশনি হাইনা খুমগনি, খোংকম কয়ানো স্বর কয়ানো হংলক্লবদি স্বর অনি খোংকম অনি সম্ভোকনি হাইনা খুমগনি। বার্ত্তন লৌরক্লু সুমিৎ সুমিৎ অতুগী মতুং ইম্না ফুল চন্দন ১সুং কুঞ্জ মশক থংনা বার্ত্তন অরোৌবম্নু খুম্বসু খুমলমগনি ফুল চন্দন কুঞ্জ মশক থংনা। শ্রীমতি ইবেমগী শ্রীহস্তগী সন্দেশনি হাইনা লৌগনি বার্ত্তন পিরিবাসিসু

শ্রীকৃষ্ণগী মশকনি হাইনা নিংগনি। মতুংদা বার্ত্তন চংলকপা অমি অহুনা মুমবু অহুদা নিংথৌনা সমাচার পুরমক চংলুরিবা থবক অদুগী বার্তা শিররমগনি।

( মণ্ডবকী মরম )

মাণ্ডব মখোং নিপাল ময়াইগী মখোংগা মাপলনি ময়াইনা কল্প বৃক্ষনি। মাণ্ডবগী মখোং ৮ কুন্ড ৮ মাণ্ডবকী মাইকৈ মরি দেবতা মরি ( ঘট স্থাপন ) ঘট মরি হৈরুক পানা ভাঙ্গা ধুপ দ্বীপ ফুল চন্দন চেং খোইদিং তুলসি পত্রনচিংবা য়াওনা পুজা কংকনি। চারি দেবত ঈশান গনেশ দেবতা, অগ্নি কোনা মহেশ্বর দেবতা নৈঋত কোনা কেশব দেবতা, বায়ু কোনা অনন্ত দেবতা লাই মরি অসি পুজা কংকনি ফুল চন্দন য়াওনা। মাইকৈ মরিগী দেবতা মরি মশক থংনা মুর্ত্তি নিংশিংদুনা পুং মরি ঈশৈ শকলবদি ভাল কাইবা হোনদে ১সুং পাপ চংলোই। বার্ত্তন কংবা ভাবুক লাকপদা পদ ধৌত তৌগনি খোংহামকম থাগান রাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ড ওইগনি। মথক্তা লমু ভংথাই অনি থাগনি মাহুদা খোং থমলগা ভাবুক্কী খোং শেংগনি কয়বা আসন অমা থাগনি। খুদৈ ১ থমগনি মাহুক্কী সেবা অদুবু কালিদাস পণ্ডিত তনি হাইনা লৌই মকম অদুদা শ্রীগোপেশ্বর মহাদেবগী আসন থাগনি ঘট স্থাপন তৌগনি ধুপ থাংমৈ হৈরুক পানা ১সুং দক্ষিনা কংকনি

কর্ম্মগী মাণ্ডপ অদুগী সথাশা অদু বিরঞ্চি ব্রহ্মাগী মুর্ত্তিনি কর্ম্মগী মাণ্ডপ অমা লৈরবদা সথাশা য়াওদবা য়াদে। মাণ্ডবগী ময়াই অদু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুনা কল্প বৃক্ষ ওইরি নোংচুপ থংবা

তাবুক অহু শ্রীমতি রাধিকাগী শক্তি লৌহুনা শ্রীমাধেন্দ্রপুরিনা মকোক পুরি। মথা থংবগী মাওর মকোক শ্রীসঙ্কর্ষন অবতার নিত্যানন্দ প্রভুনা মকোক পুরি। মরাং থংবা ভাবুক মকোকনা শ্রীনারদ ঋষিনা পুরি। নোংপেকী ভাবুক মকোক্না শ্রীহনুমান অবতার শ্রীমুকুন্দনা পুরি হাইরিবা অসি সাধকনি সঙ্কীর্ত্তনগী মুর্ত্তিদি জ্যোতির্ময় স্বরূপনি। মাসি পুম্নমক অসি বেদ শাস্ত্রগা চানবনি।

( সঙ্কীর্ত্তণ ধ্বনী )

পঞ্চম ধ্বনী মৃদঙ্গ, পুং করতাল, শঙ্খ, রাগ ধ্বনী লোম্খোক কাংশি ধ্বনী মতম অসিদদি কাংশি ধ্বনীদ য়াওনজে। কীর্ত্তণ হৌরমদাইদা ভাবুক লেপথংকনি মাসিগু মগুব মপুদ লেপথংলগা চংনরে। মথক্তা হাইগ্রিবা শিরম পুম্নমক অসিদি নিংশংগনি মাঘ শোনগদৌরিবা মকোক ওইবা মী মঙা অহু হৌগত্নুনা শ্রীগৌরাঙ্গ কল্প বৃক্ষ খুরনগনি ভাবুক মকোক পুম্নমক কুপা কুপি দণ্ডবৎ প্রনাম তৌনা আশীর্বাদ লৌগনি। কর্ম্মগী ভাণ্ডারী লক্ষ্মী দেবী অমসুং কুবেরবু খুরনগনি আশীর্বাদ লৌগনি মথং ( শ্রীবৃন্দাবোনগিদি বৃন্দা ঠাকুরানিনি। মতুংদা সঙ্কীর্ত্তণগী শাজ ফিজেৎ লৈতেংহুনা অহানবদা সাথগী রূপ ওইরমদদো শ্রীগৌরাঙ্গগী সেবা য়াববা ত্রিকশ্চ ফি অহুম কৈজম খাং য়েং অহুম অসিদগী সাজ তৌগনি ত্রিকশ্চ ফিজেৎ নাথৈ মতোন গুঞ্জ মতোন খাং য়েং মতোন ফিনা অহুম অসিনি নাথৈ লৈগ ন ফির চিংথংকনি মরমদি ইন্দ্রি খুহুম চনগনি কামবু জয় তৌগনি। মতুংদা স্বয় পুংকম য়েংহুনা সঙ্কীর্ত্তণ মূহ মন্ত্র শান্দুন অমসুং হরিনাম মহা মন্ত্রবু স্মরণ তৌগনি মগুব মচুং চংলগনি ঐনী ঐনী ওঝ বু স্মরন তৌরগনি। কুপা কুপি কোর

পাইনবা তৌরগনি সঙ্কীর্ত্তণগী কীর্ত্তনীয়া সিংনা রাধা ভাব কান্তি ওইগনি যুগলনা রাধা ভাব লৌগনি। অমসুং ভক্তিগী মূর্ত্তি ওইগনি।

সঙ্কীর্ত্তণগী মরুংদা অরাংকম সেবাগী লোইনবা যুগলনা চংহনা পঞ্চ তত্ত্ব পঞ্চরস পঞ্চগব্য পঞ্চ বস্ত্র নৈপরেং গন্ধ চন্দন পান। অমসুং ফিরোংচৈ ধুপ দ্বীপ পুম্নমকশুনা শেমলগা ব'হন্নুন পঞ্চ তত্ত্ব শেমগনি। মহা যজ্ঞঃ অসি তৌবদা সঙ্কীর্ত্তনীয়াসিংনা মকম হোংদোক্না হেংকিন য়াত্রে কাইবসি ইশা ইশানা খংগদবনি মাসিগী মরুপগী ভাব নৈবনা মাগী অর্থ শমজপ্পা নমতং নিংথৌনা অমসুং গুরুদেবনা অমদি ইপানা ওঝানসুং সঙ্কীর্ত্তনদা চংহনা ভক্তি বংশ অসি পুম্নমক ইশানা খংগদবনি অসিগী তুংদা পুম্নমক লোইবদা সঙ্কীর্ত্তণগী থোংগী মরাইদা মণ্ডব মপুনা চংহনা য়াথং তৌগনি অমসুং শ্রীরাধা কৃষ্ণ প্রেমিক আনন্দে হাইবা ধ্বনী অসিগী মতুং ইন্না সঙ্কীর্ত্তণ হৌরগনি।

শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনা হুঁঙ্কার তৌরনা শ্রীচৈতন্যবু জ্যোতি মহ কপ্পু আকর্ষন তৌরনা শ্রীমূর্ত্তি শিংথংকনি অচানবদা নৈবক্ষস্থল, মথংদা খোং অনি, অদুগী মথংদা খুং অনি, অদুগী মথংদ চকলমদগী শিররোক, মূর্ত্তি লিংখংকনি। মূর্ত্তি নিরূপন তৌগনি অহানবগী হকচাংনা অষ্ট নাম থোলোগনি অহানবগী হকচাংনা অষ্ট নাম থোলো অক্ষর মথংদা চারি অক্ষর অষ্ট নাম, মতুংদা তিন অক্ষর দুই নাম, মথ একনাম দুই অক্ষর গুরু ঘাট অসিনী। ইতি ষোল নাম মহামন্ত্র।

অহানবমক শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ শ্রীগোবিন্দ শ্রীগোবিন্দ ইহ সঙ্কীর্ত্তণ স্থানেত্তাং আগচ্ছ আগচ্ছ হাইনা আবাহন মতুংদা গুরু ঘাট য়োরকপদা অয়াবা পুম্নমক কোক নোনগনি। গুরু ঘাট লোইবদা পালা সম্প্রদায় পুম্নমক গুরুগদক কমথহনা মকম অহুম শোকনা

শ্রীমূর্ত্তিবু থুরমগনি। অসিদগী হৌগংলগা মথংদ পঞ্চ প্রান মঙা একাদশ ইন্দ্রি নবদ্বার দেহগী মচাক পুম্নমক শাগত্তুনা ব্রহ্মদগী স্বরূপ থংলক্লুনা ঈশৈ হনবদা শিনগনি মতাং অসিদু ঈশৈগী রাগ হৌবা হাইনা থংনগনি। ঈশৈ হনবন চুমিং চুমিং অচুগী রাগ মূর্ত্তি ফিজেৎ অলঙ্কার বাহননচিংব শাগৎকনি মথংদা পুংঈশ্ব সঞ্চার লৈগনি শ্রীগৌরাঙ্গবু আবহন তৌদুনা ফিজেৎ লৈতেং নিংথিনা শেমদুনা সঙ্কীর্ত্তনগী গৌর ভগবানদু সেবা চংজগনি। সঙ্কীর্ত্তনগী মকোই মকয় পুম্নমক্না দেবতা লাই কুটি কুষ্মাণ্ডলোই যক্ষ রক্ষ নচিংবা পুম্নমক রেঙ্গগী মশক ওইনা ১দি সঙ্কীর্ত্তনবু তারি দেবতা সিংনা স্তুতি তৌরি। 'হংচা য়াইতম্বাসং পুম্নমক্না সঙ্কীর্ত্তনবু যৈথাং থিনগাইবদগী লাক্লরি মাসিগীদমক দেব গেন পতি কার্ত্তিকপু নিংশিংদুনা কার্ত্তিক সঞ্চার হাইবদু মৈদুনা সঙ্কীর্ত্তনবু ভাকলি। মাসিদগী রাগ ঘোর হঞ্জিন্দুনা লোইশিল্লগা মথংদ। শ্রী গৌরাঙ্গ অবতার ১সুং রূপ গুন কয়াবু লৈশিং লৈখোক্লুনা মথং তনতাল মৈদুনা লোইশিনগনি শ্রীরাধা ভাব কান্তি ওইরিবা শ্রীমতি ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণবু নজনা করি উদে জগৎ আস কৃষ্ণ মগনি শ্রীবৃন্দাবনগী মচুংদা পুং ২৪ চুপ্পা নিত্য লীলা। প্রেম স হত্যন মতমগী মতুং ইন্না নর লীলাদা গান বাদ্য নৃত্যগী মত্তেং লৌদুনা সাধন তৌবস অগ্লাইবা থবক থোক্কে। যুগল রূপ্পা মাত্র অসি সমর্পন তৌরিবা মসিনি মৈতৈ লৈপাক্কী বেদগন্থ চানব শাস্ত্র পুম্নমক্কী মতম্থ কাইদবা। অমদি গুরু জনসিংনা চৎথবা লম্বেলস্থ ওইবা শংথবা পাপ য়াওদ্রবা শ্রীরাধা ভাব কান্তি ওইবা মহা যজ্ঞঃ ধর্ম্মগিস্তু রা প্রব। লম্বি অসিবু হেনবা করম্বা লম্বি সাধন অতৈ লৈগদগে হাইবসি রাখল তৌকম অমনি।

মীওইবা জীব পুম্নমক্না সংসার থাদোক্তুনা সন্যাসি ওইদুনা ১মুং যোগ সাধন তৌদুনা যোগীসিংনা চহি মশিং কক্তুনা অমদি কনান দানতনা সংসার জীব পেলহলদুনা ধর্ম্মগী লম্বেল তাল্লি কনান জীব হাত্তুনা জীবগী ঈনা বলিদান তৌদুনা ঈশ্বরবু উপাসনা তৌরি মাসি মতুংবা অসিংবাসিংনা সংসারগী মতুংদা লৈরগা ইরা রাদন ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু গান বাদ্য নৃত্যগী মতেং লৌদুনা সাধনতনা মীকুপ মীকুপ্তা শ্রীকৃষ্ণবু প্রেম সেবা কংলি। অসিবু হেনবা সাধন অমা লৈরমখিদরা হাইবসি য়াম্না থম্নকম থোকপ্রা অসিদগী হেনবা অরাইবা অতৈ সাধন অমা লৈবমগনি হাইবসি খনবদা য়ানা থোকই।

( ঈশৈ )

মহা যজ্ঞঃ অসিগী ভাবুক মখল অহুম ওইগনি মাহুদি ভাব, ভবুক শ্রবন, অহুম অসিমী সঙ্কীর্ত্তনীয়াসিংনা আশীর্বাদ ১মুং অদু মত লৌগনি। সংসারগী মরা, ১মুং কাল মতমগী অনা মৃত্ত জীবগী মরম অমা অহুম অসি য়েংদুন নাম শোর্নাবগনি। ১। ভাব ভাবুকী মরম্না অতৈ করি থন্দনা নামনি হাইদুনা তারিবা মী অদু ভাব কৌবা ভাবুক অহুনি। ২। শুবদা ভাবুক হাইবদি কিজেং লৈতেংদুনা ১দি আস্সূর্য্য ঐনি হাইনা থম্নদুনা নাম তারিবা মী অহুবু ভাবুক কৌই।

৩। শুবনা শ্রবনিয়া মতমগী চাং য়েংদুনা নাম তারিবা মী অহুবু শ্রবনীয়া ভবুক হাইনা কৌই। হাইরিবা নাম যজ্ঞঃ অসি তৌবদা ভাবুকী দরকার ওই ভাবুক য়াওদবা য়াদে ভাবুক য়াওব্রবদি যজ্ঞঃগী সফল ওইদে ঈশৈ শকলিবা গায়নসিংন রসগী মশক থংনা নিয়ম চুম্ন ধর্ম্মগী মরি লৈননা মশক থংনা ঈশৈ শেমগনি। রাগ রাগিনী ছন্দ স্বর চুম্ন ১দি রাগগী বাহন মুর্ত্তি কিজেং পুকনিং

থংনা আলাপ তৌগনি। অতোপ্পা রাগ অমগী রাগিনী লাল্লিনা রাগ অলাপ তৌরোইদবনি অপরাধি দোষ লৈ। রাগগী খোম্থাং ৭ শুনা চৌবা রাগবু সম্পূর্ন রাগ কৌই মহাদেবগী মাই মঙানি অনি অমনা শক্তিনি তিম্নবগা সপ্ত স্বর ওই। আ তা ন ঋ মরি অসি আলাপনি অতৈ অকুপ্পা মরম পুম্নমক্কি মথক্কী নাদ তত্ত্বগী লাকাইদা য়েংবা কানগনি। মরুদি ঈশৈ শকলিবা নাম শোল্লিবা কীর্ত্তনশিংনা শ্রীগৌরাঙ্গ ১স্থং শ্রীরাধা কৃষ্ণবু হান্ন মশক থংগদবনি মশক থংহনবদি প্রেম মুর্ত্তি ভগবান লোমদ ওম্ন তৈনবা সাহিত্যরোমদা চংথগ্নবদি অপরাধ ওইকম খোকই। মাসি ধর্ম্মগী রাংগ্রব থাক্কী প্রেমগী সাধননি হাইবসি মথক্কী গোস্বামীসিংনা শস্ত্র কয়দা লাওরি। মরম অসিদগী গোস্বামী পদ ভনিতা যাওবা ঈশৈসিংবু বৈষ্ণবসিংনা রাখান তৌনৈ কবিসিংনু পূকনং মান্নদে ধর্ম্মদ বিরুদ্ধ ওইবা কবি ষং ওই মরম অসিদগী কবিসিং ১স্থং গুরুজনসিংনা লোথংলবা মশক থংলবা ঈশৈবু অখোইবা ওইনরি অসিনাচংবা থরদং ঈশৈ শকপগী মরমদা লোথংচরি অসিগী মথাদা পুংগীদমক থরদং মথাদা ইজরি।

( পুং )

পুং হাইবসি ঈশৈগী থরাহান ১স্থং মিহুননি তাল) ১স্থং মতৈ দেশ কয়াদা ধর্ম্ম লাইনিং তিম্নদবনা তৌবকপা থবকস্নু তিম্নদে মত খেৎনৈ। অতৈ দেশ পুম্নমক ঈশৈনা হাম্না রাগ আলাপ লাওরগা মাগী তাল মশক থংলগা পুংনা কোম্ন তাল থিহনা বৈরকই। ঐখো-য়গী মৈতৈ লৈবাক্কদি পুংনা হাম্না চৌই ১স্থং পুংনা কোম্ন লোইশিল্লি ঈশৈনা মতুংদা রাগ রাগিনী তাহুনা শকই মাস ঐখোয়গী লৈপাকনা

ধর্ম্মদা উফম ওইবননী। মাসি :বদনসু সাকার ১সুং নিরাকার অনি অসি য়াবৈ। মাসিগী মসুংগী তত্ত্ব লৈবন সঙ্কীর্ত্তণগী ভগবানবু অহানবা পুংনা মুর্ত্তি শাগৎলি অসিগুম্নবা ঈশ্বরগী মুর্ত্তিশাগৎপদা পোৎচং ৬ তরুক্সা ঈশ্বরগী মুর্ত্তি ওইররি। মাগুদি রাগ, সঞ্চার, তিন তাল, মেল, তানচপ, মেনকুপ অসিনি অতৈ তাল কয়া শৈশক কয়ানা অলঙ্কারনি লৈতেংনি। পোৎ পুম্নমক অলঙ্কার লৈতেংনা কজহল্লি মাসি পুম্নমক অসি তৌবদা মৈতৈ লৈপাক মনিপুরদদি পুংনা লোই-শিল্লি। ঈশৈগী থরাঈসু পুংনা ওইরি মাসিগী মরুদি (তাল) তাল হাইবা ঈশ্বর অসি য়াওদ্রবদা করিগুম্বা থবক অমদা থুদোংচাবা পাংথোকপা ওইদে ভগবানগী লীলাদা রসগী মশক। তিল্লবা সঙ্কীর্ত্তণ গী পুং হাইবাসিনা ঈশৈগিসু থরাই ১সুং শ্রীগৌরাঙ্গগী পুন

(আগন) পুংনি মাশিগী থরদং শচী মতা ১সুং ভক্তসিংগী মাংদা শ্রীগৌরাঙ্গনা পুং থমলগা মথা তানা বারি পুম্নমক লিখিরমই। মাচু মফম অসিদা ইজক্রে মথক্কী ওঝাসিং গুরুজনসিংনা পুংগী মিংবু গৌরজনি হাইনা পুজা তৌরি মসুংগী রসদি য়াম্না কুপ্না লৈপ্রে। মরম অসিদগী পুংগীদমক ওঝা গুরুসিংনা মাসি মখৈ চৎনবা য়াই য়াদে হাঈনা তাকপিরমলবা সিদ্ধ ওইরবা রাটৈহসিং। ১সুং পুংগী মরোম্না চিংবা থনমলিবা পুম্নমক অসি সিদ্ধনি, পুং তৌরিব ঐখোয় পুম্নমকক্কী শির থক্ষনী মন্ত্রনি লংঘন তৌরেংঙদবনি।

শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশী 'রন্দ্র' মথল ৭ নি

ঈশৈগী রাগ স্বরসু মথল ৭ নি

পুংগী থোন্থোক শব্দসু মথল ৭ নি

মরুদা অহুম মানাওদা মরি অসিনা মরু ওইবা মন্ত্রনি। যন্ত্র মন্ত্র তন্ত্র যন্ত্রগী মওং লৈ তন্ত্রগী কিরেপকম অরোম্বা লৈ। মন্ত্রগী অর্থদি শ্রীভগবনা মাতনা খংগনি, মন্ত্রগী স্থানদি যাবট গ্রামনি। আনন্দগী মশকনি শ্রীভগবানগী মুর্ত্তিনী অসিনচিংবা খরুদং মথংদা দোহারগী।

দোহার

পূং ঈশৈ জগোয় অহুম অসি পুল্লগা সঙ্গীত ওই হাইবসি পুন্নমক্কা খংমরি। অঙ্গীত অভিনয় হাইবসি লৈবদগী দোহারবু চোলো-ম চলন ১নুং মৈতৈনা দোহার হাইনরি। ঈশৈগী রস থিবিকপু মত ং চাবদা দোহারনা শাওং কিহুপ কয়ানা। অভিনয় হাইবদি জগোয় পুকনিংগী রাথলবু মপান্দা উত্তুনা ভাবুক্ত' খংহল্লি মাসিমক্কুনু দোহারগী মওন অমনি? মরম অসি লৈবনা দোহার হাইবসি অমনা হেক ওইবা য়াদে ঈশৈ শকপদি মী অমত্তমা শকপা য়াই। পুংয়েবসু অনিতনা য়ৈ দোহারদি মী ১০ | ২০ গী শক্তি পূহনা শিজিন্নহনা অভিনয় মত জগোয় কোংদোকই। পুংয়েবা মুর্ত্তি পিকলবসু খুৎতা তাঙ্গা করগা পুং য়েবা হাইবা য়াই। ঈশৈ শকপা হাইবা য়াই। দোহার হাইবাসিদি মখোলসু কবা তালসু চাবা মুর্ত্তিসু কজবা চাও সাংব অভিনয় জগোয় ককবা ইরাংসু থংবা অসি পুন্নমক সুদবা য়াদে। মরম অসিদগী মনিপুরদা দোহার চৎপদা পংয়াম য়ায়। চোংথোক্করক্তে লৈবদি য়াম্না লৈ অমা অনি অহুম হায়দগী হেন্না মরি হাইবদা লুনা থোকই। দোহারগী চলন চালন অসি মহুংগী অর্থসু য়াম্না লৈ ধর্ম্মগসু য়াম্না মরি লৈরৈ। মরম অসিনা কা হেন্না থবক তৌবদা অথিংবা লৈ শাখেক কিহুপ অহুম অঙ্গ অহুম

শো'ক্লা অর্থদা। অম'দি কিত্থ্রপ অহুম অজ অহুম শোক্লা করতালনা থুংখং "মকম ২" ত'বুকী পুকনিংদা কাওর্হ'ল্ল। মরুদি মাইখোং থবাক খ্যাং অহুম অসিনা পুন্নগা প্রেম সাহিত্য ওইবা অরাইবা থবক নত্তে সঙ্কীর্ত্তণ। অভিনয় খোংলোন শাথেক কয়া অসি মুন্না যেংলগা মৈতৈ ঐখোয়গী অহানবা থেঙ্গোরোল থাংগী টাগী খো'লোন থুংলোন কয়াদগীস্সু লৌরম্বা য়াই। রসনা বীর রসনি য়'মনা ত'ংনা থোকলবা হরি সঙ্কীর্ত্তণগী মুত্তিনী মাসিগী মুম্ন অকুপ্পা মরাম অসি থিজিনবিবা থংজিনবিবদি অমুক হেন্না অযব ওইগনি। ১সুং নট পালা হাইবসি ভগোযবুস্সু নট হাইবা য়াই নট হাইবা য়াইহে অসি পানিনী সূত্রদস্সু নিংখিন কা দোকই। বাম্মার্ভা'ও পুরানদস্সু নটকী মরম ইরি মাচু করিগুম্বা পোংশক অমগী মওং মতৌবু তম্বা তম্ববুস্সু লৌবাবুস্সু নট হাইনা কৌনৈ। নট নটবর বেশ বন বেশবুস্সু হার ভক্তি বিলাসদা নিংথিনা শন্দো'ক্লা তাকই ধর্ম্মগী ভাগবত ভক্তসিংগী মতনা শ্রীরাধা গোবিন্দগী রাস লীলাগী মওংদা সাধক সিদ্ধকুগী নট পালা হাইনৈ। অহৌবা মকস্সু শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শ্রীগোবিন্দগী রাস লীলাগী সঙ্কীর্ত্তণ পুং খোন্দুনা নট পালা হাইনা হোদোকখি। সঙ্গীত বিদ্যা হাইবা অসি অর'ইবা থবক নত্তে লম্হেল লাল্লবদি ওয়না চংথিবা য়াই শ্রীভগবানগা য়াম্না নক্লনা লৈরবনি। পুং য়েবা ঈশৈ হনবা দোহার অহুম অসি পুন্নগা সঙ্গীত সঙ্কীর্ত্তণ ওইরিবনি অসি পুম্নমক মৈতৈ লৈশাকীদি ধর্ম'দা উকম ওইবনা ভৌনিংবা থবকক্লা হেন্না তৌবা য়াদে। নিয়ম অমগী মথাদা লৈবনিনা মমাংগী ওঝা গুরুশিংনা নিয়ম কেণ্ডুনা থম্মিয়মলে। ঐখোয়গী লাইবক কবনা মাসি পুম্নবক য়াম্না মুম্না থজিনবা দরকার ওই হাইবসি অনৌবা য়াহৈ

নত্তে য়াম্না মৈনকমনি। সখি নিপাল কুঞ্জ নিপাল মাইকৈনা' তরা ফুমিংনা তরেং রাগ পুরুষনা ৬ তনি ঋত্তুসু ছব ঋত্তু খোংনা মাপল নোংচুপ খোংদা মন মন্দির লৈ। মাসিগী মতুং মমুংগী মরম পুরষক অসিদি গুরুগী স্থানদা কংবিগনি যোগ পীঠ বংবা তায়। সঙ্কীর্ত্তণ অরোইবদা যুগল রূপ্তা আত্মা সমর্পন তৌরগা প্রার্থনা তৌরনা লালসা ১মুং মন শিক্ষ তাত্নরা শ্রীগোড নিত্যার অনিগী রূপ প্রার্থনা তাতনা ছয় গোষায়দা অমুক চংজত্নরা অরোইবদা চেতন্য নিত্যায়দা সঙ্কীর্ত্তণ সাঙ্গ ওইগনি। সঙ্কীর্ত্তণ মুর্ত্তিগী মমুংদা ছুই মেল হাইবদি রাজ মেল ১মুং মেলকুপ অনিনা পুনবা মেলবু (ধ্রু) ছুই মেল কৌই। অরোইবদা নিত্যায় অদ্বৈত হাইনা সঙ্কীর্ত্তন লোইশিনগনি মাসিসু ঐখোয়গী মৈতৈ লৈপাক্কদি চৈতন্য নিত্যায় হ ইনা লোই-শিল্লি। মাসিগী মমুংদা থয়দং লৈবা তাই যজ্ঞঃ দি দক্ষিনা হেক লোইবদা যজ্ঞঃ সাঙ্গ ওইরে।

হাইরিবা ভজন পণ্ঠ অসি শ্রীরঘুনাথ দাসগী হস্তাক্ষরনি ইতি।

( জিজ্ঞাসা তত্ত্ব )

১। শ্রীচৈতন্য কোন স্বরূপ নাম স্বরূপ

২। বৈষ্ণব গোষাঞি কোন স্বরূপ চৈতন্য স্বরূপ

৩। হরিনাম কোন স্বরূপ শ্রীরাধিকা স্বরূপ

৪। বীজ কোন স্বরূপ শ্রীকৃষ্ণ স্বরূপ

৫। চরনামৃত কোন স্বরূপ হরিনাম স্বরূপ

৬। অধরামৃত কোন স্বরূপ মন্ত্র স্বরূপ

৭। পদ ধুলি কোন স্বরূপ বীজ ভাব স্বরূপ

৮। কৃষ্ণ'জ কোন স্বরূপ সম্বন্ধ বন্ধু সখিদাস স্বরূপ

৯। গুরু সঙ্গে কোন সবন্ধ সেবক দাস সম্বন্ধ

১০। কৃষ্ণ কোন রাগি মাধুর্য্য রতি

১১। গুরু কোন রতি নিস্থা রতি

১২। বৈষ্ণব কোন রতি আনন্দ রতি

১৩। হরিনাম কোন বর্ন চম্পক বর্ন

১৪। অধরা মৃত কোন বর্ন হরি তাল বর্ন

১৫। বীজ কোন বর্ন বিদ্যুৎ বর্ন

১৬। চরনা মৃত কোন স্বরূপ শ্রীরাধিকা স্বরূপ

১৭। মন্ত্রের কোন স্থান যাবট গ্রাম

১৮। হরিনাম কোনস্থান নন্দ গ্রাম

১৯। মালা কোন স্বরূপ গুরু স্বরূপ

২০। চন্দন কোন বর্ন (স্বরূপ)

২১। ললাতে বৈষ্ণব স্বরূপ

২২। বিন্দু কোন স্বরূপ নাশিকা বৈষ্ণব স্বরূপ

২৩। বিন্দু কোন স্বরূপ নাশিকা গুরু স্বরূপ

ইতি জিজ্ঞাসা তত্ত্ব সমাপ্তং

"ধ্রুমেন"

শ্রীযুক্ত মহারাজ ভগ্যেচন্দ্র সিংহগী মহা ধ্রুমেনগী শবলপ্পা বারি খরদং ॥

শ্রীশ্রী রাধা কৃষ্ণ নিংবা লাইনিং ১সুং মৈতৈগী ধর্ম্ম লাইনিং লাই হরাওবা লম্বি অনি অসিনা অমতা ওইনা তিনশিনবা তুই মিল, ছুমেন "ধ্রু" (ধ্রুমেন) শ্রীগোবিন্দজীউগী মংতাক

১। মনাই ভাগ্যচন্দ্রদা থংহনবা বেদনা ঈশ্বরবু সাকারসু য়াই নিরাকারসু য়াই সঙ্কীর্ত্তণগী স্বরূপসু জ্যোতির্ময় স্বরূপনি ক্ষুদ্র ব্রহ্মাণ্ড, ১সুং বৃহৎ ব্রহ্মাণ্ড, চৌদ্ধ মাদন চৌদ্ধ ভুবন সপ্ত স্বর্গ সপ্ত পাতাল ১সুং সঞ্চার ১৪ তয়ামরি অসিনা শন্দোকপা থুংনা। অনি চংপা সংসারনি অনি সুদবা লৈতে মরম অসিদগী লাইনিং অনি অসি অমত্তনি হাইত্নুনা তিন সিনত্নুনা অমতা ওইখিববু ক্রমেন কৌখি মহা হাইবা উপাধি অসি হাপ্তুনা। ক্রু।

অহানবা মৈতৈগী লাইনিং লম্বিদি ঈশিংদগী কোনয ই থাদত্নুনা লং অহিংবা তিংত্নুনা অমাইবা মাইবিনা চফুদা ঈশিং শোকথংত্নুনা তাইরেল মনা লাংথে মতোননচিংবা পোৎলম কয়ানা য়াওনা লাই লৌথংলি। মতুংদা লাইসু মাংদা চুথেক মরি চুক মরি থাত্নুনা লাই শাগৎপা মাসিদা তৌরিবা লোনচৎ পূন্নমক অসি অয়ানবা অমত্তা নত্তে মাসিসু সঙ্কীর্ত্তণনী য়ুম্না থাঞ্জনবিয়ু

২। অনিশুবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম রাধা কৃষ্ণনিংবা লাইনিং লম্বি হরি সঙ্কীর্ত্তন বৈষ্ণব ধর্ম্ম।

(শ্রীকৃষ্ণগী পঞ্চ প্রান মঙা) শ্রীঅদ্বৈতনা হুঁঙ্কার তৌত্নুনা জ্যোতির্ময় স্বরূপ কলিগী ঈশ্বর গৌরঅঙ্গ শ্রীগৌর ভগবানবু শ্রীশ্রী গৌর গোবিন্দবু পুংগী ধ্বনী পুংলোয়া মন্ত্রগী মথক ওইত্নুনা শ্রীমুর্ত্তি নির্ম্মান লিংথংলি। অহানবা বৈষ্ণস্থন হক্চাং অনিশুবা চয়ন অনি অহুমশুবা শ্রীহস্ত অরি মরিশুবা শ্রীগণ্ডদগী মাইথোং শুক্ল ঘাট তাত্রিহৈদা সুরা মরি অসি লোইরকপদা। ক্রু। মৈতৈগী ধর্ম্ম লাই লৌথংপা লাই শাগৎপা চুক মরি অসিগা অমত্তা ওইনা ক্রু-

মেনগী মুৱা মরি হাইনা লৈব্রে মাসিবু বঙ্গদেশ পালাগিনা লাইগী ফঙ্কার হাইনা লৈব্রে। নট পালাগিনা মুৱা মরি হাইনা লৈ মাসিগী মথাদা চৌদ্দ মাদন চৌদ্দ ভুবন, সপ্ত পাতাল বৃহৎ ব্রহ্মাণ্ড ক্ষুদ্র ব্রহ্মাণ্ড হকচাংগী খ্বাংদগী কোক কাওবা সপ্ত স্বর্গ খ্বাংদগী খোংফাওবা সপ্ত পাতাল ( শরীর মাদ্যং খলু ধর্ম্ম সাধনম ) সঙ্কার ১৪ তরামরি শন্দোকলি। সঙ্কার ৬ তরুক শুরকপদগী ব্র হ্মান ১০ ব্র হ্মান দেউতি পাইবা ৮ ধুপ কবোক পাই ১ চফু প ইবা অমা অমুকনা চংলকনবা তৈয়ারি তৌহনা লৈরগা দেউতি পাইবা মরি চফু পাইবা ১ ধুপকাপ্প পাইবা অমা মঙ্গলগী মৈদ কবোক ধুপনচিংবা লৈসু য়াওনা চাইবা অসিনাচিংবা মাহুদা য়াওরিবা তাইরেল মশাগী মচুট হৈনৌ মনা মশানা শিনবা লাইথৈগী মচুৎ তুলাস পত্রনা শিনবা অহানবগী ধর্ম্ম অকোনবগী ধর্ম্ম অনি অসি অমতনি য়ানরে তিনাশিন্নে দেউতি চুথেক মরি মঙ্গল ওক্তুনা শ্রীশ্রী গৌবাঙ্গগী সঙ্কীর্ত্তণ অহানবা হৌদোকপা ঈশৈ অছু ব্রাহ্মন ময়ামা শক্তুনা 'হরি হরয়ে নম'' হাই ঈশৈ অছু শক্তুনা চুথেক মরি মঙ্গল তৌহুনা কোইরগা অরোইবদা সঙ্কীর্ত্তণ ময়াই চংলক্তুনা দেউতি থাদরে চফু অছু থুগাইবে সম্প্রদায় পুন্নমক থুংনা হৈনৌ মনানা মষ্টি তৌহুনা লোইশিল্লি। লৈপ কী থৌরম ওইবনা নিংথৌ ঐনা মতেং পাঙ্গনি নিংথৌ ঐগী শরুকনি হাইবিখি ১সুং য়াবিখি। মতাং অসিদা সঙ্কার ৭ তরেৎশুবদা ওইগ-দবনি সঙ্কার ১৪ তরামরি সপ্ত সর্গ মথংদা সপ্ত পাতাল ক্ষুদ্র ব্রহ্মাণ্ড সঙ্কীর্ত্তণা ঈশ্বরগী মূর্ত্তি লিংখৎলি ১সুং শাগৎলি। মাশিদগী চুক মরি মাইকৈ মরি সঙ্কীর্ত্তন সম্প্রদায়না ( দুই মেল ) অনিনা চুক মরি লৈহুনা মেন্না কোইরগা মকম মকম য়োরগা ক্ষমথহুনা মেক্তুপ্তা

জগোয় শাহনবা হয়াওবা কোংদোকই। দুই মেল 'ধ্রু" ধ্রুমেন রাধা কৃষ্ণ, চৈতন্য নিত্যায়, শিব দুর্গা, পুরুষ প্রকৃতি মে ঈশিং তুমিং থা, অনি অনি চংপা সংসারনি। মেন মেনকুপ মাসিগী রসদি থাইনা খংবিরি ইরুবগী কান্নদে ধর্ম্ম অনি ভিন শনবা মাস লোই-রগা মথংদা গুরু ঘাট তাহনা রাগ অচৌবগী নিয়ম কাইদনা চংথ-খিগনি ১সুং অধিবাসগিদি সঙ্কীর্ত্তণ লোইত্রিবনা সম্প্রদায় জগোয়দি অকোনবদা শাগনি। মৈতৈগীসু অচুম্বা লাইনিংনি হাইনা খংলহনা মতুংদা লাইরেল মথেক চংশুনা জগোয় কয়ান' হয়াওবা ফেংদো-কই মতুংদা চৈতন্য নিত্যায়দা অমুক হন্দোরক্নুনা সঙ্কীর্ত্তন সাঙ্গ ওইহ্নি অসিনাচিংবা মহাধ্রুমেনগী মরম থুরদং শমলপ্পা ইঙ্গার

মৈতৈগী লাই হয়াওবা অকোনবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম হরি সঙ্কীর্ত্তন, অনি অসি অমতনি মৈতৈগী লাইনিংনি। অঙানবগী সাহিত্যমা অকোনবদা প্রেম সাহিত্য ওনবা অসি অরায়বা থবক ওইদে। মরম অসিদগী মনুংগী মচাক মমাম অসি নিংথিনা খংজিনফম থোকই হায়বনি মশানা ভারবনি। মসিগী মরুবু খঙ্হনমত্রবদি মতমগী সাহিত্যগী ভাব ওইশ্রবদি প্রেম ফংবা ঋানা থোকনি মাসিগী মরমদা শ্রীগৌয়াঙ্গনা য়াথং তোরমই।

( ভাষা ) হৃদয়ে প্রেরন কর জিম্ভাকে কহোবানি কি যেবলি ভালমন্দন জানিয়া কলি কালে বহু লোক, লোক দেখাইয়া নাচিয়া গাহিয়া নরকের পথে যাবে॥ শ্রী.গৌয়াঙ্গগী ভক্তি।

শ্রীমুর্ত্তিমক শাগংলি শ্রীগোবিন্দগী স্না মাংদা, শ্রী.গাবিন্দমক লৈরবদা বেদনা কাবগী ঘটস্থাপন লিংখংলি শ্রীগোবিন্দগী স্না মাংদা করমা সঙ্কীর্ত্তন জ্যোতির্ম্ময় স্বরূপ লিংখংলি। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা

শ্রীক্ষেত্রদা জগবন্ধুদা করম্না তিল্লী। ১সুং বেদনা সাকারসু নিরা কারসু অসি যাই মাসি যাম্না খস্থনিংঙাই ওই

মূর্ত্তি লৈত্রবদি ফজবগী মগুন মঙাল মশক ১সুং আনন্দ করম্না পোকনি। মশক লৈত্রবদি কনাদা সেবা ওইগনি করম্না হুংশিবা ঙমগনি মূর্ত্তি লৈবনা মঙাল লৈরিবনি নিংখিজবা রূপশুন থোকলি-সেবানচিংবা থোকলকলিবা অসি শ্রীমূর্ত্তি লৈবদগী থোকলকলিবনি। অসি পুম্নক অমুক হম্ন নৈনবগী কান্নদে ইশ্বাইনা লোইনা খংবিবি। ঈশ্বরদি প্রেমগী মূর্ত্তিনি শ্রীজগনাথক্ষেত্রদা প্রভুনা চহি ২৪ চুম্না প্রেমগী মৈচাক খাংখি। মনাই ভক্তসংদা প্রেমগী সাধন তখিরমই সাধন য়াওদনা শ্রীকৃষ্ণ ফংদে। সাধন পুম্নমক্তী মরুদি শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন মহাযজ্ঞ: প্রেমগী সাধন অসিবু হেনবা অমা লৈত্রে লৈত্রে লৈত্র।

অহানবগী মহাক্রমেনগা থোইনা থেনদে মহাক্রমেনদা মুরা মরি শুবহু গৌরক্রমেনদা মুরা অনিতনা ওংবনি মাসিতনি থেম্নবা মাসিগী মরমদি অমম্বা অঙানবা ) রাধাকৃষ্ণ স্নামহি পাখংবা, গৌর-নিত্যায়, মৈতৈগী হান্নগী ধর্ম্ম অকোনবগী ধর্ম্ম ঈশ্বর হাইবসি অনি শুদে লীলাগী কারনগীদমক অনি সুবদনি থোকপঙনি পুরুষ প্রকৃতি শিব, শক্তি, অসিনা চিংবগী মরম লৈবনা চন্দক্তী গৌরক্রমেন্দা মুরা সঞ্চার অসি অনিদমক লৈরে। অতৈদি মঙুংগী মরম পুম্নমক অমতান পুংলোন শারন থেম্নবতনি পুংলোন হাইবা অনি মন্ত্রান মন্ত্রগী স্থানদি যাবটগ্রাম য'বটগ্রামদদি কনা লৈ শ্রীমতি ইবেমনা লৈ শ্রীকৃষ্ণগী সেবা গীদমক। ইবেমগী পুকনিং জগৎ সংসার অসি শ্রীকৃষ্ণময়নি, যাবট হাইবদি জীবনা হিংংনা লৈরিবৈ মতমবু যাবট কৌই। জীবগী

পুকনিংদা শ্রীকৃষ্ণবু কাওদবা ভক্তিগী মূর্ত্তি অহুবু আরাধয়তি র'ধা ওইরি, অসি পুন্নমক ইবেমাগী শ্রীস্বপ্নদগী ঙাংথোকলকপা। র'হৈনা শ্রীগুরুগী মশক ওই, ইবেমাগী সুচরিত নোলুকপগী মশদ্দা সাধুগী মশক ওই, ইবেমাগী শ্রীকৃষ্ণগী বিশেদদ অৱাবা কোংদোকপগী মশকনা বৈষ্ণবগী মশক ওই। পুকনিং পূন্নমক অসিতনা হরি সঙ্কীর্ত্তন মহাযজ্ঞঃ অসি ওইর্বনি পু' ২৪ চুপনা অহিং মু'থিল অনিমক্তা সংসারগী স'হিত্যন' ওন্থে ক্রুনা প্রেমগী সাহিত্য ওইবতনি, শ্রীকৃষ্ণগী লীলা পুন্নমক্তগী নরলীলা অথোইবনি। স'স বগী মায়গী মনু দা ইবুংঙো মহাকপু লৈরবনি, মাযা ঙাক্তা ওইবনা ঈশ্বরগী মবমদা করম্না খন্নগনি, অচুম্বদি হবু'ঙো মহাক্তনি মাঙোল্দা চংজবা কপচবতনা জীবগী উপ'য়নি, ভ'ক্তগা লোইননা। ঈশ্বরাদ আনন্দগী মশকনি হন্নাওনা নুংঙাইনা মগী মগুন শেনবা মৈতৈগী চংনবী কষ্টমগী মনুংদা ঙাক্তুতনা মাঙোল্দ চ জবা।

ঈশ্বৰব পরমব্রহ্ম শচীদানন্দবিগ্রহ অনাদি আদি শ্রী.গাবিন্দ সবব কারন কারনম।

নিত্যায়ক্রমেন মারজিত মহারাজ

শ্রীরাধা গোবিন্দগী নিত্য লীলা লোইরবদা সাধক দেহনা ঈশ্বরগী মরমদ ঈশ্বর শাহবসি অমতসি অনি মুদে লীলা কারনগীদমক অনিথোকলুবতনি। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড ক্ষুদ্র ব্রহ্মাণ্ড শ্রীবৃন্দাবন হৃদি বৃন্দাবন সপ্ত সর্গ সপ্তপ তাল চৌদ্দরদন চৌদ্দমাহন সপ্ত সর্গ সপ্ত পাতাল সঞ্চর ১৪। মথক্তি নিয়ম পুন্নবক'তি চপমায়ৈ সঞ্চারদা মুন্না সঞ্চার য়া'ওদবদনি। মৈতৈগী হায়গী লাইনিং অকোনবগী বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি অ'সি তিন'শিনবা উৎপা সঞ্চার তরেৎ ৭ ডা হদ্ধি

মঙ্গল তৌবা চুকুথুপাইবা মরম অসি মায়ৈ সঙ্কার ১২ দা অগোম সারিবা ১সুং দেবতা ১২ বৃন্দাবন দ্বাদশবন ক্ষুদ্র বৃন্দাবন বৃহৎ বৃন্দাবন থাম্নু ১২ হকচাংগী মফমসু ১২ পুম্নমক অমুরক হম্ন শন্দোক্না কোংদোক্নুনা জীবগী চংজকম ঈশ্বরদা আত্মা সমর্পন তৌদুনা পুক্নিংগী হরাওবা কোংদোক্লুনা ধর্ম্মঅনি অসি তিনশিনবগী ফুংগাইবা উত্তুনা নিত্যানন্দ নিতৌগী ফুংগাইবগী মখক নিত্যায় ঞ্রুমেন হাইদুনা চৈতন্য অনিগী চরন্দা চংজবা নিত্যায় নত্তনা লানবিনবা অতৈ লৈতে (হেন নিত্যায় বিনে রাধা কৃষ্ণ পাই তেনা) মরম অসিদগী নিত্যায় ঞ্রুমেন থোকখি।

ঞ্রুমেন অসি শ্রীগোবিন্দনা মনিপুরদা লৈতনা কৎখিবদগী নিংথৌগী ওইখিদে প্রজাগী ওইখি।

দেবি ঞ্রুমেন চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ। মাসিদি থোইনা কুপ্তে চাওরাকপা অমদি হরি সঙ্কীর্ত্তন জ্যোতির্ময় স্বরুপ্তা দেবিগী শক্তি মণ্ডা তিনশিনবজনি। সঙ্কার মণ্ডাদান অন্তবু মকুংগী রস মথাম লৈবনা মহাক-পুম্ন ঞ্রু শব্দ ঞ্রুমিন পঞ্চশক্তি শক্তিমণ্ডামৈ ঈশিং ফুংশিং পৃথিবি অকাশ ১সুং শক্তি মণ্ডা লৈরিবা পুম্নমক দেবগী শক্তি ওাকনি মাগী শক্তিতনা সংসার ওইরিবনি শক্তি মখল কয়ামরুমদি ইরুবগী থোইনা কায়দে অসিনাচিংবা শমলপ্পা ঞ্রুমেনগী মরমদা খরদং ইথোকচর্বনি মথাদা রাজ মেন ১২ তিন তাল ১২ তিন তাল মচা ১সুং অচৌবগী মরম থাইনা শন্দোকচরকনি। থা ১২ বৈগণবা শক্কদবা অসিগী নিয়ম, ইতি রাগ পুরুষ ৬নি রাগ ১গী রাগিনী ৬। ৬ নি রাগিনী ১গী আলাপ ৬। ৬ নি মতুং ইনবা থা ১২গী থা ২। ২ না ঋতু অমমম ওইরি। ঋতু ৬। কী অহানবা বসন্ত ঋতু রাজ চৈত্র বৈশা

খ, থা অনি অসি বসন্ত রাগ পুরুষ সঞ্চার বসন্ত সঞ্চার রাজমেল বসন্ত রাজমেল কৌই অহানবা রাজমেলবু। অনিসুবা রাজমেল বৈশাখ মাস রাগ বসন্ত পুংদি সঞ্চার কার্ত্তিক সঞ্চারনি রাজ মেলদি কার্ত্তিক রাজ মেল কৌই মতৌ অসুব তৌনা চৎকনি নিয়ম'ন।

মতুং কালেন ইঙা থা অনিদা চৎকদবা নিয়ম, মণিপুর রাজ দেশ রাগ মল্লার রাগ রাজ, রাগ পুরুষনি কালেন থাগী পুংদি বৈষ্ণব সঞ্চার রাজ মেলদি অহুমশুবা রাজ মেলবু বৈষ্ণব রাজ মেল কৌই গ্রীষ্ম ঋতুনি ওলাং থানি॥ ইঙা থাগী রাগ মল্লারনা হৌগনি সঞ্চার রাধা যুগল সঞ্চারনা য়ৈগনি মরিশুবা রাজ মেলবু রাধা যোগল রাজ মেল কৌই। ইঙেন থা অনি আসনা রাগ মাল্লব পুং ব্রহ্ম সঞ্চারনি রাজ মেলদি ব্রহ্ম রাজ মেল কৌই। মঙাসুবা রাজ মেলবু। থোবাল থাগী মাল্লব রাগ পুংদি জীব সঞ্চার রাজ মেল তরুক শুবাবু জীব রাজ মেল কৌই বর্ষা নোংজুখানি।

লাংবন মেরা থা অনি অসিনা শ্রীরাগনা হৌগনি সঞ্চার গৌর সঞ্চার রাজ মেল ৭ সুবা গৌর রাজ মেল কৌই। মেরা থাদা শরৎ ঋতু থা ১২ না তিন্দুনা থোকপা থানি রাগদি পুংদি পঞ্চমী সঞ্চার মেলদি ৮সুবা রাজ মেলবু পঞ্চমী রাজ মেল কৌই।

হিয়াঙৈ পোইন্থু থা অনি অসিনা হিন্দোল রাগ হৌগনি পুংদি নিত্যায় সঞ্চারনি মাপলসুবা রাজ মেলবু নিত্যায় রাজ মেল কৌই। পোইন্থু থাদি রাগহি লোল পুংদি অাদ্বৈত সঞ্চার রাজ মেলদি ১০সুবা রাজ মেলবু অাদ্বৈত রাজ মেল কৌই ঋতু ওহবা থানি। নিংথমথা।

মতুং রাকচিং কৈবেল থা অনি অসিনা রাগ কর্ণাতক পুংদি পাপ মোচন সঞ্চারনি রাজ মেল ১১সুবৰু পাপ মোচন রাজ মেল কৌই। কৈবেল থাদা শিশির ঋতু রাগ কর্ণাতক পুংদি গৌড় নিত্যার সঞ্চার রাজ মেলদি ১২ সুবা মেলবু গৌরনিত্যার রাজ মেল কৌই॥

মতৌ অসুম তৌনা থা ১২ গী মৈগদবা দ্ব দশ রাজ মেল দ্বাদশ ঘাট দ্বাদশ সেতু ঘাটনচিংবা চহি অমগী ওইনা ইরি। মেলকুপসু ১২ নি অদুবু মমিংদি পল্লমত্রে রাজ মেলনা ওইরিবা অসিগুম্বা মেলকুপসু ওইগনি ঘাট সেতুনচিংবা মায়গনি। প্রয়োগ য়েংঙনা কাইহন্দনা রাগ হৌগনি পুংসু হাইরিবা নিয়ম অসি মশক থংনা শোনগনি ১সুং নিয়ম অসি কাইদনা চংলি মী, মহাক অচুবু ওবা কৌই।

মরম অমনা গৌর সঞ্চার হাইবসি য়ুমনাম ওঝাগী সঞ্চারনি অতৈ সঞ্চার ১১৮০ সুই অতোপ্পা ধ্রুমেলগী সঞ্চার য়াওদনা। দেবী ধ্রুমেলগী সঞ্চার য়াওদনা। দেবী ধ্রুমেলদি সঞ্চার মতাদনি মতুংদা সঞ্চার মৈবদি অতৈগী অতোপ্পা সঞ্চার লৌশিন্নুনা মৈগনি। ব্রহ্ম দেশদগী চোংথাম ওঝানা নদীয়া চম্পূ পুরকই অমা সত্য ত্রেতা দ্বাপুর কলি য়ুগমরি অসিগী সঞ্চার লোইনরি।

সত্যদা নট রাগ সঞ্চার ত্রেতাদা রামায়ন সঞ্চার দ্বাপুরদা ছুতিলা রাগ ছুতিলা সঞ্চার কলিয়ুগতা নদীয়া রাগ নদীয়া সঞ্চার মাসি থংনা নাম শোল্লিবা মা মহাক অচুবু ওবা কৌই ভক্তিগী অথেংবনি।

মাসিগী মতুংদা মথক্কী ক্রমেল মরিগী রাবম থরদং। কার্ত্তা মহারাজনা পাথংবা সিদ্ধিদগী মহা ক্রমেল কংই। মাবজিৎ মহারাজনা নিত্যায় প্রভুগী কৃপাদগী অমসুং শ্রীগোবিন্দগী কৃপাদগী নিত্যায় ক্রমেল কংই। নরসিংহ মহারাজন স্নাংহ সিদ্ধিদগী গৌর ক্রমেল কংই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা দেবীগী সিদ্ধিদগী দেবী ক্রমেল কংই। দেবী ক্রমেলদি সঞ্চার মঙাদনি অতৈদি লৌশিন্দুনা লৈগনি। তিন তাল হাইবা অসি তত্ত্বনি অ স্বাদন তৌ শ্রীশ্রী আদ্বৈত প্রভুগী মন্দিরদা ভক্ত পুম্নমক তিন্নি। পুম্নমক অসি তিন তালদগী থোকখিবা ভাক্তনি আস্বাদন তৌ। তিনতাল অচৌবসু ১২ তিনতাল মচাসু ১২ শ্রীগৌরাঙ্গায় নমঃ নমঃ।

রাজমেলগী ছন্দগী মতুংদা ছন্দ মঙানি রাজমেল ১২ গী ছন্দ ১। অহানবা সাদা মেল ২। আ ডমেল উলতা মেল ৩। কাট ভুষনা মেল ৫। অসিনি মাসি নত্তবা রাজ মেল ৬৪ সু লৈরি অচোইবা রাজ মেলদি মশিং থংদনা লৈ। হাইরিবা অসি নত্তবা মেল গোর ১সুং মেল কিশি হাইবা অমসুং লৈরি। রাজ মেল তাল চপ হাইবা রাজ মেল মতেক, হ ইবা তিন তাল মেল, মেল ভাঙ্গা হাইবা ভূষনা মেল, চালি মেল, ঝবি মেল, দুই তাল মেল, অসিনাচিংবা মপাল নাইদনা লৈরে ১সুং রাজ মেল হাইরবদি চৌদ্দ মাত্রা ওইগনি অমা রাজ মেল হাইবা তাস্থা অসি মিরৈবাকনা লোকা হাইনা কৌবে। তালচপ ১সুং তালচপসু হাই মতুংগী অর্থ অমা লৈব তাই তালচপ মাত্র ১৬ মাত্র ৮ মাত্র ৪ অসিনাচিংবা তালচপকী জাৎ অসিগী মথাদা মেলকুপ তাহনা রাজ মেলদা লৈবতম লৈগনি মেলকুপকী পুংলোন কয় না লৈহনা মেলকুপ থাগনি

রাজ মেলদা তৌবশুম নত্রবদি সঙ্কীর্ত্তণগীসকল ওইবে মসুংগী রস লৈবনা। রাজ মেল ১সুং মেলকুপ অসিনা পুনশনববু সঙ্কীর্ত্তন ১সুং। ঞ্চ। অসিনা পুন্দ্রবদি সঙ্কীর্ত্তন সমপুর্ন ওইদে অনি অসিনা হেক পুনবদা সঙ্কীর্ত্তন সাঙ্গ ওইবা যাগ।

"মথংদ"

শ্রীযুক্ত স্নাথ্বা যুমজাও স্নাগী গোর মণ্ডল গ্রন্থ হাইবা লাইরিক অমদা মথাদা ইরবা থরদং অসি কংই।

শ্রীশান্তিপুর অদ্বৈত মন্দিরে ভক্ত সঙ্গে বসিয়াছে। নিত্যায় রহে প্রভুর সঙ্কেতখন নিত্যায় জিজ্ঞাসে কীর্ত্তনেবকথা। প্রভু চারি যুগের কথা সংক্ষেপে কহিল যুগে যুগে ধর্ম্ম রাগ সঙ্ক রের কথা। নিত্যায় শুনাইল, চারি যুগের একে একে ভেদ জানিবা প্রথম সত্য যুগ নবসিংহ অবতার বাগ নট রাগ। রাগিনী ধবল বর্ণ ধবল বাগ রাগিনি এইছে প্রকার। ১ নঃ ত্রেতা যুগ শ্রীরাম অবতাব বামারণ রাগিনি পীত বর্ণ রাগ পঞ্চা রাগিনী এইছে প্রকার ২ নঃ। দ্বাপুর যুগে শ্রীকৃষ্ণ অবতার ধ্রমেল রাগিনী ছুতিলা রাগিনী শ্যাম বর্ণ এইছে প্রকার। ৩ নঃ। কলি যুগে শ্রীগৌরাঙ্গ অবতার নদীয়া রাগ আদ্বৈত রাগিনী গৌরবর্ণ এইছে প্রাকার এই। ৪ নঃ। অষ্টম ৮ রাগ এক কালে হয়াছে এবং জীবজানঃ শঙ্করের কথা কহিতেছু। চৈতন্য সঞ্চার বাজাইবে এইছে তত্ত্ব (শ্রীগুরু চৈতন্য চরণ সমর্পয়েৎ)

মথাদা ভাষৎ থরদং।

শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ ইবুংঙোশী ভুরিয়া সপ্রদা শ্রীগোবিন্দ

জীউ ইবুঙোনা তাকপিরম্বা মতুং ইন্না হবি সঙ্কীর্ত্তনগী র'গ অচৌবা শ্রীমুর্ত্তি নিরুপন তৌবগী মবম পুম্নমক ইরি। অহানবদা রাগ হৌবা অতৈনা কৃপা ওইনা তাকপিরমই হাইবা শ্রীযুক্ত মুমায় ওঝা বহু নাথগী য়াথংনি।

শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ওঝা প্রেমানন্দবু পুংগী হঞ্জবা হাপ্তুনা শ্রীগোবিন্দ জীউগী থৌগল পুহনখি হৌনবী নিয়ম পুম্নমক তাক্কনা। রাগ হাইবা রাহৈ অ'স সর্গবাসনি ১স্থং শ্রীবৃন্দাবন বাসনি অমনা ঐগী ঐগী ধর্ম্মগী মতু' ইন্ন চংজবনি। রাগ অচৌবগী চৈতন্য নিত্য য়শী মথাদা মুন্না অহানবা অসিনা প্রেম-ভর ছন্দনা হৌগনি। মরমদি পালা সম্প্রদায় পুম্নমক হকচাংদগী সিদ্ধ দেহেবু নিরুপন তৌবনি। মগাকপূ নিরূপন ঐখোয়গী হকচাং পঞ্চ ভূত পঞ্চ তত্ত্বগী হকচাং অসিনা সঙ্কীর্ত্তন সেবা চংবা য়াদে। মরম অসিদগী সিদ্ধ দেহেবু ভাবনা পুখোক্তুনা পুক-নিংনা সিদ্ধদেহ নিরূপন তৌগনি। শ্রীমুর্ত্তি গৌরাঙ্গ প্রভুবু পুংনা হুঙ্কার তৌদুনা অহানবা শ্রীঅঙ্গ নিরুপন পুখোকনি ১স্থং শ্রীমুর্ত্তি শিংথংলকনি। নামদি অষ্টনাম ষোল আক্ষরনি। অনি-সুবা মুয়াদা শ্রীচরন অনি শিংথংকমি নামনা চতুরনাম অষ্টা-ক্ষরনি। অহুমসুবা মুয়াদা শ্রীহস্ত অনি শিংথংকনি নম্না তিন নাম ছয় আক্ষরনি। মরি সুবা মুয়াদ শির কোক কাওবা নিরুপন তৌবা নামদি এক নামছু আক্ষর।

মথংদা শুরু ঘাট পুম্নমক কোক নোনগনি মাসি কাওবা অসি পুংগী ছন্দনা মেঘ ছন্দনা য়ৈগনি। লৈদুংদা খোংলগা লূম্না নোং হৌরকপগী মতৌ অহুঙুম্না ওইগনি। মবমদি শ্রীরাধা

গোবিন্দগী সেবা চংলে হাইনা আত্মা নিবেদন তৌবনি। মরম অছনা গুরু ঘাট হেক য়ৌবদা মপান্দদি তুপীগী মশক মঞ্জুবী ওহরম্বা মহুং চংগ্রগা নিপা ওইনা শ্রীগৌবচন্দ্রগী সেবাগী থৌরাং তৌখি। মরম অসি লৈবনা অহানবদগী মথং তুবা মরি অসি মেঘছন্দনা হৌগদবা ওই। মসিগী মখাগী খুরমলগা হৌগৎলগা হৌরিবা পুংলোন অছনা ঝরাৎথি ছন্দনা হৌগনি মরমদি মন্দির মাজ্জনি। মাসিদ পুংলোন য়ৌবা খুংলোনশিংহ অহ্ ঈশৈগী রাগ ভাবা ফাওবগী মহুং অহু পঞ্চপ্রান নবদ্বাব একাদশ ইন্দ্রি মরু ওইবা মফমনি। মসিদগী ব্রহ্মাদগী স্বর পুথোক্কুনা ঈশৈ ফনবদা শিন্নবা মতাং অসি ভ্রব ছন্দনা হৈগনি ঈশৈশু ভ্রমর ছন্দ ওইগনি। মরমদি উ চখোয়ন্দা মিঃ অসিববু মচেৎ মচেৎ চিকথাইছনা মছম মহুংবা হাপচিল্লগা মথুম মেনশিন্দুনা মথক্তা ভোংলগা ওঁ কার প্রনপ তেবগ মিঃ অসিবা অছ হিংছনা মচা ওই। মাহুগী পান্দমগুন সিদ্ধ দেহেন সখিগী রূপ লৌহুনা হৌরিবা রাগনি ভ্রমর ছন্দনা য়ৈগবদি হৌনদে। শ্রীগোরচন্দ্রগী শ্রীঅঙ্গ নিরুপন তৌবদা অঙ্গ ভঙ্গ ওই মরম অসি লৈবন ভ্রমর ছন্দনা য়ৈগনি ১মুং হৌগনি। মখাগী সঞ্চার মরি বড় সঞ্চার কাওবা অছ মন্দ্র বজ্র ছন্দনা য়ৈগনি। মরমদি শ্রীগৌর চন্দ্রগী অঙ্গ কায়াৎনাচিংবা মপুং ফানবা নিরুপন তৌবদা অপোনবা অনৌবা হাপ্পা হৌনদে মচা মগুন্দা চুকংই মরম অসি লৈবনা ইন্দ্র ব্রজ ছন্দনা য়ৈগদবা ওই হাইবসি ভাকপিরমই মখাগী মপুং অছনা মৃত বায়ু ছন্দনা য়ৈগনি। শ্রীগৌরচন্দ্রগী চরনার বৃন্দনা প্রার্থনা তৌজগী নোঞ্জবা ১মুং উ অচৌবা মনা পুংবা হুংশিংনা

রি রি শিংপা হুমবগী শান্দমগুম্বা প্রার্থনা তৌজবা। মথংদা কার্ত্তিক সঙ্কারনা কাম্য চন্দনা মৈরগনি, শ্রীগৌরচন্দ্রগী বেশ ভুষন নিংথিজবা কিজেংনা লৈতেংগনি। সঙ্কীর্ত্তনগী ব্যস মুর্ত্তিবু মৈথাই থিনগাইবা তৌদনবা দেব সেন পতো কার্ত্তিক। ওাক'দা হাইবসি শ্রীযুক্ত যুমনাম ওঝা পুরেলগী য়াথংনি মথং মথং লৈহোৎনা সখ্বা য়াইস্কুল লাকপ ১মুং সাথ্বা চন্দ্রহাস মথংদা থিংবাইজম ওঝাদগী মৈতৈ চেদা ইবা থূংইদগী শিল্লোকচৈ।

অসিগী মতুংদা রাগ অচৌবা হৌবগী কিরেপ রাগ পুন্নমক হৌবদা মিং পাংবসু য়াদে মিং উইশিনবসু য়াদে মাংওইনরপ যেংহুনা ভজন তৌগদবা ঈশ্বর অতগী মুর্ত্তিবু গুরু ঘট কাওবগী মন্ত্র দা নিরুপন তৌগদবা ওই হাইবসি ইথিরমই।

মথাগী য়াহৈ খর অসি তাবিরমই।

ক্লীঁ দেবহং শ্লাঁ শুদহং ক্লীঁ প্রণহং স্বাহা।

( মন্ত্র অসি )

নাম সঙ্কীর্ত্তন তিন বার।

হরি সঙ্কীর্ত্তন পঞ্চ বার।

শ্রীরাধা কৃষ্ণ অলঙ্কাবাদি মণ্ডলি

মধ্য স্থাপয়েৎ হৃদয়ে। হ্রিং লং ক্লীঁ॥

তাং ২৪ | ১০ | ৬৯ ইংদা ইখিবা লোইবা

হরি নাম দীপিকা নিত্যলীলা

একদা কৃষ্ণ বিরহাদ্ধ্যায়তী প্রিয় সঙ্গমং।

মনো বাস্পুনিরা সার্থং জল্পতীদং মহ মুহুঃ।

১। পূর্ব্ব রাগ—১। হরে স্বমাধুর্য্যেৎন প্রথমং মচ্চে তোহ। পহরসি।

( তত্র হেতু )

২। রাগ চেষ্টা ২। কৃষ্ণ কৃষ্ণ শব্দ স্তত্র সন্তার্থ নশ্চা নন্দার্থ স্বরূপক ইতি সর্ব্বাধিকা পরম লোভন। ইতি ভাব

৩। অনুরাগ ৩। হরে মদ্বৈর্য্য লর্জ্জা গুরু ভয়াদি কমপি হরসি।

৪। অভিসার ৪। কৃষ্ণ গৃহতো মাং কর্ষসি।

৫। পথরুদ্ধ ৫। বৃষ্ণ ভতশ্চ বনং প্রবিষ্টায়া মৈ কঞ্চুকং সহ সৈবাগত্য কর্ষসি।

৬। সংক্ষিপ্ত ৬। বৃষ্ণ ভতশ্চ মৎকুচং কর্ষসি নখৈ বাহ্বরসি।

৭। বাসক ৭। হরে ততশ্চ স্ববাহু ভ্যাং নিবন্ধাং মাং পুষ্প শয্যাং প্রাপযসি।

৮। সম্ভোগ ৮। হরে ভতশ্চ তত্র নিবেশি তায়া মে হস্ত-রিয় বসনং অপিবনৎ কর্ষায়িত্বা হরসি

৯। রসলাপ ৯। হরে অন্তরীয় বসনং হরন মিষেন অন্ত বিবহ পীড়াং সর্ব্বামেব হরসি।

১০। সম্পূর্ন সম্ভোগ ১০। রাম স্বর্চ্ছন্দং মায় রমরসি।

১১। রসোদগার ১১। হরে মদ বশিষ্ট কিঞ্চিদেব বাম্যাং অদপিত্বং হরসি।

১২। বেশ নির্ম্মান প্রার্থনা ১২। রাম মাংরম রসি স্বস্মিন পুরুষায়ত্বা করোসি।

১৩। স্বাধিন ১৩। রাম ততশ্চ রমনীর চূড়ামনে তদন্তে রময়সি যস্য তবরূপং ময়য়না ত্যামা স্বাদ্য দ্যতে ইতি ভাব

১৪। চুম্বন ১৪। রাম কেবল রমন রূপেন রর কস্তারে বত্বং রমন প্রয়জক কিন্তু তদ্ভাব রূপা রতি মুর্ত্তিরেবত্বং ভবসি ইতি ভাব।

১৫। আত্মা সমর্পন ১৫। হরে ততশ্চ মেৎ চেতনাং মৃগী মিব হরসি আনন্দ মুচ্ছাং প্রাপয়সি ইতি ভাব।

১৬। স্তুতি ১৬। হরে যতো সিংহ রূপ তদাপি রতি কর্ম্মবি প্রকটিত মহা প্রাবল্য ইতি ভাব।

এবভুক্তেন ত্বয় বিমুক্তা তব প্রেযসি ক্ষন মপি কল্প কোটিমিব কথং প্রাপ্তং প্রভবা ম ইতি স্বয় মেব বিচারয় ইতি ষোড়শ নাম কস্যাভি প্রায়

নামভি স্বৈক শ্রীকৃষ্ণ কৃষ্ণায় স নামভি চুম কৈরীব স্বশাখং গোপ্যানীবতে ইতি জ্ঞেয়ং

তৎ সঙ্গীপনেয তন্তু'ব সাধকানাং নাম যশী নামপি তদ্ভাব বাঞ্ছাং পুরযতী ভিজ্ঞের মিত শ্রীহরি নামার্থ দীপিকা সম্পুর্নং।

হরে কৃষ্ণ নিশান্ত লীলা হরে কৃষ্ণ প্রাপ্ত লীলা কৃষ্ণ কৃষ্ণ পূর্ব্বা-হ্ন লীলা হরে হরে নক্ত লীলা।

হরে রাম। অপরাহ্ন লীলা হরে রাম সায়াহ্ন লীলা রাম রাম প্রদোষ লীলা। হরে হরে নক্ত লীলা।

নাম গুরু শ্রী অদ্বৈত শান্তি পুরবাস। মন্ত্র গুরু শ্রীচৈতন্য চন্দ্র নবদ্বীপ বাস। ভাবের গুরু শ্রীবিশাখা ব শাদিনি। প্রেমগুরু শ্রীমতি রাধিকা শ্রীবৃন্দাবন বাসিনি।

"ভেকাশ্রয়"

১। হরে কৃষ্ণ ডোবি রূপা ললিতা। ২। হরে কৃষ্ণ কৌপিন রূপা বিশাখা। কৃষ্ণ কৃষ্ণ বহি র্বাস চিত্রা। ৪। হরে হরে দণ্ড রূপা চম্পক লতা। ৫। হরে রাম ছত্র রূপা তুঙ্গবীদ্যা। ৬। হরে রাম কাঠারি রূপা ইন্দুরেখা। ৭। রাম রাম ঝুলি রূপা রঙ্গ দেবী। ৮। হরে হরে ভিক্ষা রূপা সুদেবী।

ডে রি কৃষ্ণ ক্লীঁ রাধা প্রেম। রাধা ক্লীঁ কৃষ্ণ প্রেম বস্ত্রং চন্দ্র রঞ্জনা কৃত্ব শ্রীমতি রাধিকা জে নি আকীর্ত্তি হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ স্বাহা ইতি কৌপিন মন্ত্র।

১। ডোরি লজ্জা পরি হব

২। কৌপীন উৎবর্টিতা

৩। বহি র্বাস আকৃত ( আকীর্ত্তি ) ( ব্রিপ )

৪। দণ্ড কৃষ্ণ অদর্শনে দুঃখ রক্ষা

৫। ছত্র ৬। কর্থারি ৭। ঝুলি ৮ ভিক্ষা ( ইতি সমাপ্ত )

বৈষ্ণব ধর্ম্ম বৈরাগ্য বেষ নির্ণয়

১। বন্দে সন্দো নিরু পমগুনো ভক্ত বাৎসল্য পুর্নো। প্রেমা নন্দো সহ নিজগনো ভাব ভূষা প্রমুগ্ধো। মন্দা ক্রান্তে সুরত নিপুনো রত্ন সিংহা সন স্তো। বাঞ্ছা লুব্ধো স্মিত সুবদনো রাধিকা কৃষ্ণ চন্দ্রো। স্বাধিন ভত্রিকা অরোইবা রস

ভেকনির্ণয় কথ্যতে।

রাম। ওঃ ভক্তপ্রেম—দোপাঙ্গ—কুণ্ডলিনী—হ্রীঁ কৌপীন।

হরে। ঃ ঈ কার—নায়িকা—রাধাশ্রীঁ—শারি।

কৃষ্ণ। ক—কার—নায়ক—কৃষ্ণ ক্লীঁ—ডরি অসিগী অর্ন্ন।

পোং মশক অহুম অসিনা অমত্তা ওইনা পুনপ তিনশিনখিবমু ভেক বেম কৌই। স্ত্রি লিঙ্গ পুংলিঙ্গ অসিনা অমত্তা ওইবদা ক্লীব লিঙ্গ নপুংষক কৌই। প্রকট লীলাগী মতমদা মমা মপা লৈত্তে হাইবাহুনি। অসিবু "কাচিৎ" কনাগুম্বি গোপী হাইনা কৌই। বেশ অসিগী অধিকার মপূদি শ্রীমতি রাধিকানি। ইবেমনা পিবিহুনা ওই-বদি শ্রীমতি রাধকাদগী নিজহুনা গুরু রূপা মঞ্জুরিনা শেংশিবন। বেম অসিবু শেংলবদি মহা ভাবকী অহুগা ওইরবনি। অধিরুঢ মহা-ভাব হাইবাহুনি। মাসিগী ছুম ঋতু বিগ্রহদশ সাকার বিশুদ্ধা মঞ্জরী হাইবহুনি। অমসুং সেবা ওইগদবা মকমাদ ছয় ঋতুমা খোগল্লবা ৎপাং হ ইবা লৈতবা হ্রুং হাইবা লৈতবা ডসি নোংমত্তা ওইবা মুমংলা খামা খোকপা তাবা লৈতবা পুনিমা তরানাথাইনা তিন্দুনা খোকপা মকমনি। মাহুমু পুষপ মর্য্যাদা শ্রীমতি ইবেম্মনা চেপদা মংদা উখিবা নবিন সন্যাস বশনি। মরম অহুমা বেশ অসিগী অধিকারদি শ্রীমতি ইবেমতনা ওইগদবনি। ইরেমগী কৃপানা কংজগ-দবানি। বেশ অসিগী অচেৎপা নামগা মূর্ত্তিগা ভাবকা ১সুং বেশপা লোইনবা মরোং তোপ্পা তেপ্পা খাইদোক্লুবা মথাঃ ইজার।

১। শ্রীরাঃ খ্বাং গোই শ্রীকৃঃ খ্বাজোই নিবির রাধে কৃষ্ণ ভ রি হরে কৃষ্ণ রূপ মঞ্জুরী ললিতা সখী খণ্ডিতা নায়িকা রস।

২। রাধা অঙাংবা কি কৃষ্ণ গুঞ্জাগা। অমৃত কুণ্ড রাধে কৃষ্ণ কৌ পীম হরে কৃষ্ণ। মঞ্জুলালি বিশাখা সখী স্বাধিন ভর্তৃকা রস

৩। রাধা শারিগা কৃষ্ণগী ফিগেগা। শারি কৃষ্ণ কৃষ্ণ বহি-বাস কৃষ্ণ কৃষ্ণ। রন মঞ্জুরী চিত্রা সখী অভি সারিকা রস

৪। রাধা খাখুম কৃষ্ণ ওইগী খারম কঞ্চুলিকা রাধে রাধে ঝুলি হরে হরে রতি মঞ্জুরী ইন্দু রেখা প্রোষিত ভর্তৃকা নায়িকা রস

৫। রাধা চামর কৃষ্ণ বাঁশী লীলা পদ্ম রাধে শ্যাম দণ্ড হরে রাম গুন মঞ্জুরী চম্পক লতা বাসক শর্য্যা রস

৬। রাধা স্বর্ন ঝারি কৃষ্ণ য়েংকী খাওন স্বর্ন ঝারি রাধে শ্যাম কমণ্ডলু হরে রাম বিলাস মঞ্জুরী রঙ্গ দেবী বিপ্রলব্ধা নায়িকা রস

৭। রাধা মুকুট কৃষ্ণ মুকুট শমজিচক শ্যাম তুলী রাম রাম লবঙ্গ মঞ্জুরী সুদেবী সখী খণ্ডিতা নায়িক রস

৮। রাধা বেনীগা কৃষ্ণ চুড়াগা শমজিখেৎ রাধে রাধে ছত্রগা হরে হরে কস্তুরী সুদেবী সখী কলহন্তরিতা।

বেশ অসি শেৎলগা শ্রীরাধ গোবিন্দগী সেবাদ রাগ তৌবা অসিবু পদ্ম রাগ, মাধুর্য্য ভক্তি গোপী ভাব বেশ ভুষন কৌই। প্রবর্ত্তক সাধক দেহদা শেৎলিবা বেশ অসি রায়া মুন্না বিচার তৌরবদি নামগী বেশ অসি ঐখোয়গী ক্ষুদ্র ব্রহ্মাণ্ডগী মহুংদমু মৈ হাইনা খনগদবান। মহুনা ঐ হ ইবা আত্ম মঞ্জুরীনা সাধক দেহ অসি খাদোক্তুনা মূঁতু ওইহনা চংখিবা মতমদা শেৎপা বেশদি নামগী বেশ অসিনা অরেপ্পনি হাইবা লৌগদবনি।

হিরম অসিবু খাজনবা সিদ্ধ গুরুজনসিংগী মকমদা ভক্তি তৌনা হংজগনি। সঞ্জ্ঞ অচার্য্য মুনিনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম করন তৌবা মতমদা হোৎপা চৈথৈ হাইবা পাইরিক্ত বাখল তৌরগা পুকনিংদা খাজবা ওমগানি। খাজবদু মৈরবদি গুরুগী মূর্ত্তি কংলে ললোন্থুনা লল তানবদা অতেংবা লোইরে। ঐগী ইপোৎপু চিংথদনা পুরমক পুহনা

চৎলবনি হাইনা খংগনি। মকমদি ঐ হাইবা জীবগী মহৌশাগী ওইবা ইমাগী মকমদনি মকম অহুবু শ্রীরাধ পদ্ম বৃন্দাবন হাইবনি, ইমাগী মমিংদি শ্রীবৃন্দাবনেশ্বরী কৌই ইমাগী মনাক্তা য়োম্রবদি অমুক থাদো-কপিত্রে অহুমক থম্বিখরে। অহুগুম্রবা বৃন্দাবন অহুবু দিবা ত্রিশিদা অতৎপা লৈতনা নিংজগনি অতোপ্পা মকমদদি য়াগ তৌফয়োই। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নামবু ভক্তনা যপ তৌজগদবনি মীওইবগী মপোক অসি কংলিহৈদো। মতুংদা অমুক কংলকখিগনি হাইবা অয়েম্প খংবা ভমবা কমান্ন লৈতে খংবস্থ লৈত্তে ভমদে। মীওইবগী মপোক অসি অকবনি অহেনবনি ব্রহ্মামহুস্থ কংব ভমত্রিবনি অস্নুম্না শাস্ত্রনা হাই। অতৎপা লৈতনা নিংজবা ১মুং শোংগবু পামজনা শ্রীগুরুদেবগী অনুগা ওইনা চংজরি॥

হরে কৃষ্ণ রাম হরি হরি ( হ র স )

১। শ্রীগোবিন্দ প্রানধন হাহা প্রানেশ্বরী রাধে।

২। তুয়া দুহা শ্রীচরনে সমর্পিলু পঞ্চ প্রান।

৩। নিজদাসি জানিয়া যুগল চরন সেবা দেহ নাসারিহ মৃপাময়।

৪। করুনা সাগরেত্তে প্রেম সেবা দেহমরে। মরন কালে কেশে ধরি তানি রাখ শ্রীচরনে।

৫। এই ভিক্ষা মাগিয়া প্রেম সেবা দেহ মরে।

৬। প্রতি জন্মো স্তরে প্রেম সেবা দেহ মরে

৭। দীন হিন ভাগ্যচন্দ্র দাস।

## ওঝাসিং লাইসিংনা শেম্বিরম্বা ইসৈ।

ইসৈশ সেম্বিরম্বা পোৎশংবম ওঝা খোকুল মচা ইবুংঙো ওঝা ইবুংঙো মচানা তাকপিরকপা।

১। রাগ কন্দর্প অপরূপ শ্রীবৃন্দাবন শোভা।

২ সঙ্গাৎ দর্শন। প্রিয় সজনী পীরিতি মুকতি অধি দেখা।

৩। পথারম্ভ রাই করে ধরি কাহ্নু বলবীর।

৪ রূপ অভিসার রাই রূপ শোভা হরি আনন্দের ভরা।

৫ সাজন আজু সাজিত সুন্দরী রাই ২।

৬ সাজন। সখী হে কৃষ্ণ বিনু এতই সাজকি।

৭। সাজন। ধনী রাই বিনোদীনি মনে ২ গুনি।

৮ অভিসর হের ২ প্রিয়ে বৃন্দাবন শোভা

৯ সম্বাদ। হা ২ বিধু মুখী রাধে তেজ বিলম্ব।

১০। সম্বাদ। শুন ২ সুবদনী রাধে তুয়া প্রেমানন্দে।

১১। সম্বাদ শুন রাধে রাজারবি।

১২। অনুরগ। দহতি মদ নানলে।

১৩। অনুরাগ হাই প্রিয় সজনী ২ প্রাননা থবিনে।

১৪। অনুরাগ হাইরেবিধি বিধি নিদারুন।

১৫। অনুরাগ প্রান প্রিয় সখীরে বন্ধু প্রেমানন্দে।

১৬। অনুরাগ কিং বদৈ সতি কিং বরৈ সতি।

১৭। স্তুতি। সুন্দরী শাঙ্কী সতী ত্বাং মিহ কিশরী।

১৮ অনুরাগ। হরি দিয় হানলে মতিদ হনং।

